# য়েনিং খাগী চীঙশাং

অইবা :

লাইশ্রমচা তোতো

[illegible]

[illegible] :

এন, বিরেন

# ৱাহৈ খরদং

"য়েনিং থাগী চৌওশাং" মিংথোনবা লাইরিক মচা অসিগী মপুও ওইবা ৱারী অসি শেমজিন-শাজিনবনি। কনাগুম্বা অমত্তগীগা মরী লৈনদে। মরুওইনা ইরোলদা, লাইওইগ্রবা অহলশিংনা থম্বীরম্বা পাউরো অমদি চংন-ৱাহৈশিংদা তাংজত্নুনা ইজবা ৱারীনি। মসিগী মরমদি—নৌনা তমথংলক্লিবা মহৈরোয়শিংনা পাউরৌশিং অমস্তুং চংন-ৱাহৈশিং শিজিন্নবা অমদি মমুৎ তানা খওজিনবদা খরদংদা ওইরবস্থু তেংবাংজবা ওমগত্রা থন্দুনা ইজরুবনি। ৱাংলবা ৱাথল্লোন চেনবা অহলশিংনা শিজিন্নবীরম্বা পাউরৌশিং অমদি চংন-ৱাহৈশিং শিজিন্ন-জবদা অরান-অহুই কয়া শোইদনা য়াওরমগনি। মহুশিংহু শোয়খিবা নত্তে। তশেংনা খিজিন-খওজিনবা ৱাংপদগীনি লৌজৈ।

কয়ারক হয়া তাকপী-তিকপীবগী মতিক চেল্লবা ইরৈচা, অথও-অহৈশিংনা তাকপীরকপা অশোয়-অতাম খিবিক হরাওনা লৌজগনি। লোয়ননা চুমথোকচনবগী খুদোংচাবনি থজগনি।

লাইরিক মচা অসিনা নৌরিবা মহৈরোয়শিংদা মতেং খজিক্কুং পাংবা ওমজরবদি হোৎনজরুবগী মহৈ য়াল্লে ফুংতাইজগনি।

—অইবা

১

# অঙাংদি নিঙথাদা খঙই

চীঙশাং'ছুগী নাপোমদা পাক-শন্না তারিবা খুলগী পীক্তকপা য়ুমগী ফুঙ্গাদা মীয়াম চল্লরুবা মপা-মমা অনি ৱাংম-ৱাংম কমছুনা ইমুঙ-ময়ুঙগী লৈত লাইর ৱারী শানরী। অয়ুক চাকঙন চাহুনা পামদা থবক শুবা চীঙগী চংনবীনি। পামদগী য়েনশাং-নাপী, মহৈ-মরোংনচিংবা ময়ুমদা পুরকুনা পৈশিল্লগা মপুঙ কারবা মঙমদা অমুক অমুক কৈযেলদা পুথুনা য়োম্লে। য়াম্না ৱানা শেল তানবনা শেল মমল ৱাংনা অমসুং লিক্লা শিঞ্জিল্লে। মচানুপা অহল সিমথর মথোং কয়া চাদে। লাইরিকসু নিংথিনা তম্মু ৱাদে। মমা-মপাগী মতেং পাংবরা হায়বসু নত্তে। মমা-মপাশিংনা মচানুপা পোকপগী হৱাওজবা অতু মথোয়'নিদদি মচা অহল অতু নারক্ত থোকপা থাবলগা চপ মাল্লম্লে। মানা থোকপা অমা তৌথুনা পংলৈদা লৈ। চৈ থাংই হায়বগী কান্নবা ইলৈ-লৈতে। শামু মথুন্দা পেনা থোংবা হায়বছুনি।

অঙাংদি নিঙথাদা খঙই হায়নবগুম মচানুপা নিংথর, ময়াম্বছুগা ইমান মান্নদে। পীক্লিক্তৈদগী ৱাহৌ য়াম্না ঙল্লি। চীঙগীদি য়েনথোং অহানবদা হৌগৎতুনা মুপীশিংনা কৌ শুই হেক লোইবগা ফুঙ্গা মৈ হৌগৎলম্লগা ঈশিং শোকপা চংনৈ। মুমিৎ থোক্লকপদা চাকচা তোক-রগা মাগী মাগী থবক চংনৈ। নিংথর মমাগী থবক ইনথাংদা ইম্নাওদ

য়াওশিল্লি। অয়াম্বা মতমদা ফৌ শুবা য়াওই ; ঈশিং শোকপা চংলি। মপানা পায়রিবা শায়রোং অতুদগী থর পীকথবা অমা শারগা উচেক কাপ্পী। তেন শাহুনা কাপ্পী। মথুংস্থু য়াম্না চুম্মী। চেন-চোংবা, শায়-থোংনবা, মমায়বশিংদগী থর থোইদোক-হেন্দোকপা অমা ইয়োয়-লোয়নরকই। মপানা খঙ্গে—মচাহু ইচম-চম্বা অমদি ওইরোই।

চৌঙগীদি অয়াং-অশেং হায়বহু লৈতবনিনা ফুঙ্গা অতুদা ইকোয় কোয়না ময়াম অতুম কম্মী। মুপীশিংনা চাক য়েনশাংস্থু অতুম থোংই। ইঙেন অমস্থুং থরান থাগী মতমদদি ফুঙ্গাদা কম্বা য়াম্না মুংঙাই। চুগজাক অনৌবা ঙাম্দুনা চানবা মতম্নি। মুমথোং খুদিংগীনি। পাথঙ-লৈশা-বীশিং পংকোয় কোয়হুনা চুগজাক চাহুনা কাগী জোগায় য়ারী শানহুনা য়া য়া নোকই। কনানস্থু অশাওবা য়ারৌবা লৈনদে। অয়ুক-মুংখিল থবক-ইনথাং শুবদা য়াক্নরবস্থু য়াম্না চন্না ইরা য়ারুদবশুম্না হিংমিন্নে। থা অনী অসি চৌঙগীদি, অমরোমদা ফৌ-চেংগী অনী-অনৌ শিন্নরম-দাইগী য়াম্না য়ানবা মতম্নি। অতুবু চুগজাক্তা চায়বস্থু হিংবগীদি অতুক লুনা থোক্কে।

অঙাং ওইরিবা নিংথরগী মপুক্নিঙদা য়াম্না পেন্দবা, ইমুং-মুংঙাইতবা অমদি লৈ। মহু মাগী মপানা মুমিৎ খুদিং মতেক-মতেক লীবা য়ারীদা মচলমুপী, নিংথরগী মনে অমগী মরমদা হেক হেক য়াম্না মুংঙাইজনা শোনবহুনি। ময়াম্বহুদি নোংমক্তা মথোয়গা পুন্না ফম্মিন্ন-হুনা য়ারী য়াতাই শানবা যংদে। চাক চাবা মতমদা লাকপা, চাক হেক তোকপগা মানা থোকপা অমা অতুম তৌবা মাগী হৌনশানি। অমত্তা ঙায়রবী মচলমুপী নিঙম্না, মোং হাদবী মুপী মচানি। মচিন মৌপ,া য়াম্না মুংশিননা লোয়রৈ। অস্থুম্না, মুমিৎ-থা অমস্থুং চহিনা ভাক্লমদনা অস্থুম চংখিহুনা নিংথর চহি তরারোম শুরক্নে। মথোয়গী খুলগী স্কুল অহুদা লাইব্রিক তম্বা লোইরে। মমা মপা অনিহু মচাবু লাইরিক-লাইশু য়াম্না তমহল্লিঙই। অতুবু কম্বায়ম্না তমহনগদগে হায়বসিনা মরনি। ইস্কাল্লদা তমহনবদি য়াম্না কম্লি থম্নে। অতুবু ইমুঙগী

ওইরিবা শেহ্নবী থিবম অরোমবনা মচানুপা নিংথৌনা হুমা লৈতনবা মুম শুজীনবা কাঙবা লৈতনবগী মনাংপা মুমনু থরৈ। থরম্নু ওমহন্নুবঙমন্নু তৌ, মহৈ চাবা মংবনা মররাম মাঙখ্রা। কাংখ খাও খুজাই কায় হান্নবনু তাখরা মাইকে। ময়া-মপা অনিথু মচাগী মপুক্রিঙ অহু মেংলুরগদি মখোয়না রাখা হোংনজবগী মহৈহ্নি মান-পনি নিঙকৈ।

নিঙবু নিঙলবদি থোক্লবা অমদি লাকই। মখোয় অনিনা ইম্ফালদা পোংংচৈ য়োনবা চংপা খুদিং থুংকম ওইবা ইমুঙ অমদি লৈ। মখোয়গা লেজা ওইনা তৌই। মপুক মপাওমু য়াম্না কৈ। মপা অহুদি লোয়শঙদা থবক তৌই। মচানুপা অমা অমমুং মচানুপী অমা লৈ। মকমহুদা মচানুপা নিংথর লৈহল্লগা মহৈ তমজনবা থম্নরে। মরক মরক্ত নিংথরমু য়ুমহুদা অনৌ অপেন থিনবা চংপহুনা শকখঙ মায়খঙনৈ। ইমুঙহুনমু মাবু লুনা তৌবী। নোংমা নিংথর মপানা চংতুনা রাকমহু হোদোকলুরে। য়াম্না হরাওনা য়ারক্লে। মমা হুনা হরাওজরিবদি অমতা ওায়রবা মচানুপা অহু নিংথরগী মতৌ উরগা মশা মউ ফবা থিঙ-থিঙ লাউবা নুপামচা অমা ওইনিঙলকনি হায়-বসিনি। ইরুজনিঙবগা থোঙ্গা তেকপগা মাইৗ হায়বহু থোক্লবদা নিংথর মপাহু হয়াও হরাওনা ময়ুম পাংলক্লে।

মপানা য়াম্না নুংঙাইতনা হেক হেক শোনবা মনে অহুগী মরমদা হংনিঙবা অমদি নিংথরগী মপুক্রিঙদা কাওই। লাইরিক তম্বা চংকদবা নোংমা নিনিদা ক্লায়রক্লবা মতম অহুদা মপাদা হংই। মপানা য়ারী জীহুনা তাহল্লে—"ঐখোয়গী হোরককমদি লৈরিবা থুঙং অসি নত্তে। মফম অসিদগী য়াম্না লাপ্পা থুঙং অমনি। নুংকোয় কোবা থুল অহুদা ঐখোয়গী শাগৈ নাতৈ থুল পান্দুনা লৈবনি। ইমা ইপানা নঙগী নবেগা ঐখোয় অনিদা পোকপনি। ঐনা নঙগা চাউবা মতমদা ইচল নুপী নিঙশিংবাদি পীক্লি। মীনা শীনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়রল্লুনি। থুলগী মীশিংসা থুল অহুগী অংকোয়বদা হৈংনা

শাগী মরাং কায়রবা থাহুনা শেহ্যোক লৈনবা থরে। থবক অদু লোইগদবসু য়ামরবনি। অহিং অহিংদা ঐখোয়না খুল পান্নিবা চীঙশাং অদু খোংবগুম-ভংবগুম হেক হেক তায়। ইতং তংতনা খুলগী মীশিং খুন্নাকপগী য়ুমদা কমহুনা মতৌহু কন্নিনো থরে। অশেংবদি কনানসু হায়বা ঙমদে। অদুবু অহলশিংনা লাইদা ইরাং থৌনি তৌই। নোংমা, সুমিদাংরাইরমদা চাউর শাংলবা লিন ওইগন্না নত্রগা লাইরেন ওইগত্র হায়কম খঙদবা অমা অঙস্বা চীঙদগী খুলগী লম্পাক্তা চেন্থরকই। মরাম লাউনহুনা চেন্থোরকই। অশাংবা উখোঙ অহুম মরিনা পৌ নমহুনা ফারে, মহা মথৈনা চাখোকসি হায়নরক্তুনা য়ুমখোং খুদিং য়েন্নহুনা চাখোক্লে।

নিংথরনা হংই—লিন অমনবু খুলগী য়ুম মরাম য়েনবা থুংব্রনে ইপা ?

মপানা মথা তারকই—"চাউগ্রবনি। পাখঙ অমগী লম মঙা শাংবা অহুগা রায় মরিনা কোনবনি। খুলগী অহলশিংনা খুলহুদা করি থোক্লগত্রা থন্নবসি সুমিং খুদিংগীনি। নোংমা, সুংথিল মীশিংনা মাগী মাগী পামদা থবক শুনরিডৈ থঙহৌদনা, খুলগী নাকল্দা রাং-থংতুনা লৈরিবা চীঙ অদু মখোল হোনা খোংলক্লে। ঐখোয়গী খুল অদু থক থক নিক্লকপগুম তৌরক্লে। সুমিংতু ঐদি ইচল মুপীহুগা য়ুম শঙহুনা লৈ। চাউর-চাউরবা মুঙশিং ওন্থরকপা উরে। মরক মরক্তা খুলগী খুন্নক্তা ওন্থরক্তুনা য়ুম-কৈ থুগায়বসু য়াওরক্লে। অঙাংশিং কপ্প-লাউনহুনা কোয়চেন চেন্নরক্লে। ঐসু ইচলমুপীহু কন্না পোশিল্লগা তৌকমদি থঙদ লেপতুনা কোয়েং য়েংই। ইপাতোল (খুরা) গা, ইমাতোন (ইন্দোল) গা অঙাং অমমম পোরহুনা য়ুম তন্না চেল্লকই। ইপাতোন্না ঐবু খুং পান্নহুনা চিংহুনা পুবীয়ে। অঙস্বা চান-থক্লবা পোং চৈ থর পুরগা খুল অদু থাদোক্তুনা চেল্লে। লোকচাও অমা লাম্থোক্লগা থর রাংবা মকম অমদা ঐখোয় মরাম লৈহল্লে। মানা কন্না লাউহুনা চেন্নরিবা মীশিংহু মকম অহুদা কৌথংলে। অন্নাম্বনা খুজাং ভাক্তনি। সুমিং তারক্লবা কাওবা চীঙ নিংথায়রবগী মখোল তাবা লেপত্রি। ঐদি ইপাগা ইমাগা

করি তৌরমগদগে থনবদা নৈকম থঙজ্রে। ইপাজোম্না হায়বগুম্না, ঐখোয় ময়াম য়ানা য়ানা ওম্বা অরুংবা, অদংবা থিরদা উ কতুনা হোঙ্জিল্লগা পৈরে। মৈজাও থারে। মফম অদুদা ইপা পাখংনরবা খুলগী মীশিংচু চেম্নরকই। অশোক অপন কয়া য়াওনৈ। খুলগী অহল মুপা-মুপী য়াম্না হল্লক্লে। উরগা মখোয়গী মতৌচু ইপাগা ইমাগগী থল্লুবদা মিত্তগী পি চহুম চহুম তারক্লে। তুমফম-চাফম থঙদনা অহিংতুমা য়ানা লেপ্লে। লেপ্পা নৈতনা ওস্থরিবা মুঙশিংনা উ-রা অমদি য়ুমদা য়ৈবগী খোঞ্জেল তারি।

নোং ঙাল্লকপদদি নিঙথারবগী মখোল থরদি লংখ্রে। খুলগী মীশিংগী কপ্পা-লাউনবগী খোঞ্জেলনা পুক্নিঙ অসি নৈতাহন্দে। মাগী মাগী মী থিবা চংনগদবচু পাক হেক চংপা ওম্নদনা নৈনরি। অয়ুক্কী চাক থর থর চারগা ইপাতোন ঐখোয় অনিস্তু ইপা-ইমা অনিচু থিবা চংলে। ঐখোয় ময়াম মাগী মাগী পাম য়পা য়েং-য়েংচুনা চংনরে। অহিংবদি ইথেং থেংনজ্রে। কপ্প লাউনবগী খোঞ্জোলনা চীঙমায়চু পুম্নিল নিল্লি। ঐখোয় অনিস্তু তুংশা থৌনা কোইথি থিরি। হকচাংসে হুমাংনা পুমচোং চোংলে। মিংতগী চেম্থরকপা পি তৈথোক তৈথোক্লা নিঙথায়থিবগী মুঙচাক-লৈচাক মরকুদা চেনচং চংতুনা কোয়েং য়েংই। ইরাপ লাপ্তুনা ঐগী মাঙচুদা মখোয় অনিচু ইলাপ লাপ্পদনা তাচুনা লৈবা উরক্লে। মুঙনা থোম্বা-তকথিবগী মায় মিং থঙদনা কায়রবা ঋিবমচু হেক উবদা ফাথবা ওমজ্রবা পুক্নিঙলি থুক লাউবগা লোয়ননা খোঞ্জেল থোক্লা কপথোকখ্রে। ইপাতোন চেনশিল্লক্তুনা মখোয় অনিবু কোন কোন্দুনা খোঞ্জেল হৌনা কপ্লক্লে। ঐখোয়না ফনা কপ লাও-জরবস্তু মখোয় অনিদি করিস্তু তাবিদনা, নিঙায়দনা অচুম্মক মতম চুপ্পগী ওইনা তুমখ্রে।

মৈ চাকপা মতুংদা পুখ্রি তৌবা অচুগা হুরানবা মতুংদা মৈরিংবা মীওইবগী হৌনলানি। খুরোংথৌবা থোদোক কয়ানা মীওইবদা অনৌবা রাখল-জোম্শিং কয়া লাকহল্লি। পাউ অচু তানবদা অনকপা-অরাম্না

খুনৈ কৱাকপী থৌরম থৌরম্বা তৌন্‌-চাক পুন্নরদুনা ঐখোয়গী লৈকায় থৌরা লাক্লে। মাগী-মাগী মরী-মতা কয়াগু য়াওরকই। মরাক-পুন্না কয়দুনা থেতুংদা অমুক অদুগুম্বা থুংদোংবীবা নংঙনবা-মখম অমা লৈরকনা। পুক্কিনবা লৈখ্রে। মীওইবা হায়বসি থোংনঙ্গিবমথৈ থওগন্দে। অয়া-অক, থৌদোক-থাথোক কয়া থেংন-থেংনরগা মথাবু কক্কনবগী থৌয়াং লৈরা তৌরকই। য়ুম অমত্তুং ফৌগী কৈ পুন্নমক য়ুওনা পুনাম্নখিদুনা নিংখিং-থুংন্ডাইনা পোৎ-চৈ অমত্ত লৌবা য়াত্রে। থম থম থোমখিক-তাখিন্দুনা ফৌ থর হোঙ্ঙিল্লে। থুজা পুন্নমক অরাবা মামোক্লগদৌখি খরদুনা চাননবা মন্ত্র-মরাং থানবা হোৎনৈ। ইপাত্তোনগী মচাম্নুপী অমত্তা য়াওদে। অদুনা ইচল মুপীদু মথোয়না য়াম্না লুনা তৌই।

য়ানা য়ানা থা কয়া হৌগ্রে। অহল অনি অদুগী অয়াবা উয়গা ঐগী পুক্কিওসি লৈতাদে। অমরোমক ইমা ইপাগী থম্মোই লোকপা মতৌদু নিওশিংদুনত্তা লৈরে। য়াথকসি পোৎথাকম ইথত্ত থওদে। লৈংম অমুক অদু ঐনা চাক থোংই। অহল অনিদু পামকী পোৎ-চৈ থর লৌবা চংখি। অত্তাংশিং অদুগা চাক চাখিররে। অত্তাওবতম ঐ লমদ পংচৎত চংনিওবা ফাওবসি ফনা ফুইরবনি। য়ুমিংতুমদি কয়িনো থওদে, চয়োম অমা য়োমশিল্লে। খাত্ত অমা পায়রগা অদুম মুথলগী থোরক্লে। হুইতম্না চেনচং চংলি। মাইকৈ থওদে। য়ুমিংনা কোত্তোন লোবা মত্তম অদুদদি ঐ থর য়াবা কাওরে। অয়াম-থৌয়াং পোক্লক্লে। অদুবু অমকপদা ঈশিংদি উদে। য়াথল থম্না থম্না চৎপদি লৈপত্তে।

লোকী ঈয়াওথোলদি তারে। অদুবু উবদি ফংদে। ঈয়াওথোল থংদু তম্না চংলি। ঐনা চৎশিবা চাঁওচেপ অদুদগী লাপত্রা লোক অদু উরক্লে। চুমক্রিংনা মদু তম্না কুমথরে। শুক্রবা উমং-য়াময়না পুমকোয় কোয়শিল্লি। মুওপাক অমদা কয়দুনা চক্তোমদু চারে। 'ঈশিং খুজোক থর থককচিল্লে। থাইহাক কয়দুনা কয়োম্নবা চৎলিপে থরি।' থক্ত-ওই, হা-ওই লকৌবা 'খোক্কেন 'অমা ইথত্ত থোক্কহৌদনা' লাউথাংখোকখেত্নর

তার। থওদ্রেক থওনা ঐ কুক হৌগৎতুনা লোতুপী মতুইরা কুমথরে। কনা শাংবা চৎলবা মাওবদা থুল থানবগী থুদম অমমা উরে। লোতুং ইমা লেপ্তনা চৎলি। হৌরবা ঈরাওথোলগা মোয়রম্বা লোত্তু ওনাঈশিংগাইবী ওইনা-তাদ্রে। কুমথবগী পাইবি লৈদ্রে।

থর অমুক কাথৎলদ্রগা ঈশিংচাইবীহু থৈগৎতুনা চৎলে। মুমিংতি তারকদোরে। অহুবু থুল অমা কাওবা উবা থৈরে। মুমিংনা নোংচুপ চীঙদোম অহুম নকশিন্নকপগা লোয়ননা পুক্রিডসি মিপাইবা মহুম লেপৎলরে। মুমিংকী মথক লোইশিন্নকপা মকমহুদা ইরাপ মাপুনা উতোন্দা মৈথু কাওগৎলকপা মকম অমদি উরক্রে। মকম অহু তম্বা চেনচৎ চৎলে। মন্নি মন্নি তৌরকপদা থাংপোক থর থেংনরে। অহুবু অৱাবদি লৈরম্বিবা মথোরহু ঐগা লোন কাওনরমদ্রে। থাংপোকশিংহু ওাইহনকী পম্ননবা শাবা মান্নি। থকল ওইরপ তৌবা অমগা ঐথোর অনি মায়া রানা ইশিং তৌনহুনা কোওয়োকরে। মাগীদা অহিংহুমা মায়া রাবা তুম্বাই তুমদকোই লেপ্লে। অমুক পাম্বা চাক থর চামিররে। মামা চযোম মচা অমা পী। ইশিং তৌম্নগা ঐ অমুক চৎপা হৌরে। চৎপদি লেপ্লে, পম্ন্নে থওদে।

অঙাও কৌণ্ড চরা নোংথরৈ, হায়বহুনি। মুমিং তারমদাই অহুদা উ মানবগী থোম্বাং মৈবা মথোল অমদি তাবগুম তৌই। থর চৎলগদি ইরোই মরাম চৎপগী থোঙ্গল থেংনরে। থুল অমদি শোই-দনা লৈরম্নগনি থনবদা হুংডাইবা কাওই। উথোঙ চিংবা ইরোই অমা হোইহুনা চৎলম্বা মীয়ায় চল্লক্রবা অহল অমা থেংনরে। ঐথোয়গী লোন্দা রারী শাগে তৌই। লোন ফাওনদে। মরামা থওনবা লোন্দা হংলুবদদি মাম্ন লোন্দুদা থুরক্রে। মহাক্তু থুল অহুগী থুম্লাকপা ওই-রক্লে। মাগীদা থুংলে। মুমিদাংদা রারী নিংথিনা শানরে। ঐগী রারী অহু তারগা মচাম্নুপী অমথক্রগী হেম্না মমিংত মচাম্নুপা অমা ফনওবা উবা কাংকত্রবা অহল অনি অহু কশি। মথোর অনিমা ঐবু মচাওমা রাকপীরে। রঙবু পোক্পী নমা অদি থুম্লাকপগী মচাম্নুপী

অহেন্নি। থওগী য়ামা অসিদি খাইনখংবা পোকপনি। অসুক শাংঅবা মতম অসিদা ইচলসুপী অহুগী খোজল লীবা তমদবসিদা ঐ য়ায়া মুংঙাইতে।"

"অহু—ইপা!" নিংথয়না হায়—"ইনে অতুগী মমিংদি করি কৌই?" "নিঙশিংলা কৌবনি"—মপানা খুমই। নিংথরগী মপুক্রিঙদা মশাগী নিঙবা পুংনবা মনে অহু থিবা অমুক্তংদি চৎকে লেপ্লে। মপা-মচা অহলশিংনা চৌঙদা চৎপগী য়ারী য়াভায় কয়া শানৈ। খঙনিঙবা কয়া মচানা হুই। মপানা মঙোন্দা মী অমা ওইনবা কয়া হোৎননবা পাউতাক কয়া পী।

মৈ চঙল চঙলগা সন্নানা মচু থোকই, হায়রৈ অশেংবসুনি—মৈদা ইরু ইরুগা সনাগী মচু শেমই। মতৌ অহুগুম, মখৌনা লৈবা, অখাও কনবা, হোৎনবা লেপতবা, নিঙহন্নবা লৈতবা, উইন কনবা অসিনচিংবগী মতিক চেনবা মীদি অরাবা খুদোংথীবা থেংন থেংনরগা হেয়া হেয়া মতিং লৈরকই। নিংথর চহি অমা-অনিহি ইন্ফালদা লৈবহু য়ায়া য়ানা থোকই। মরমদি মাগী খুলদদি অশেংবা মুংশিং অমসুং অচম্বা পুন্সিশিংগী মরক্তা হিংবনি। অতুবু মফম অসিদদি শেংদবা অমোংপা মুংশিং অমসুং অমগা অমগা য়ায়া চাংদয়না হিংবা পুন্সি মহিংনি। মীশিংগী য়াথল অমসুং পুন্সি মহিং য়ায়া থেয়প্লে। অতুমওইনমক মাগীদি পুক্রিঙগী অনিঙবা অমগা লোয়ননা হোৎনগদবা পুন্সিগী চাংয়েংনি। হিরম কয়ামুক্ত অহোংবা লৈজরবসু অঙাং ওই-রিভৈদগী মাগী হৈনবী লীচৎ শাজৎ থাদোক্তে। অশাংবা ছুটি মতমদা মাগী খুলদা চৎতুনা মপা-মমাগী মতেং পাংই। অনৌ-অপেন, য়েনশাং-নাপী পুদুনা হল্লকই। মশাগী থাজবা মাঙহন্দবা হায়বসি মাগী লাইনিঙনি। করিগুম্বা থবক অমা চৎলমদাইদা ইমুঙগী অরৈবা মী অমদা তাক্লয়া হায়বসি মাগী মহৌশানি।

অঙাংদি নিংথাদা থঙই হায়নবগুম মফম অসিদা লৈরকপা চহি অহুম-মরি কারকপা মতমদদি ইনথংলকপা মতমগা ওইবনে চুক কিয়াল

চারবা ফিবমছু উবদা য়োকচবী মমাতু মোমোন নোকচৈ'' মাগী শাক্তং-লীচং, হৈনবী অমদি চেল্লিবা রাখল্লোন অহূবা কন্দিজবা অমকপা থবক অমত্ত তৌরকনি থাজদে শোইদনা মপুঙ মরৈ কাবা মী অমা ওইগনি হায়রবসি চেংনা থাজবৈ। শিঙ থাররিবা মচা'হু য়েংলগা মমানা হায়—

—হৈ! নিংথর! তোকও-তোকও রাররনি। ইমাগা রারী অমছুম শাসি লাও।

—ইমাগী রারীদি লায়রিবনি ইমাদা ঙসিদি ঐনা র' অমা হায়-গদবা লৈ'

—করি রানোনে? ইচানা হায়নিঙবছু ইমাদা হায়য়ো।

মথুং ওইনা শিঙজং পায়রহুনা য়েংনা হুমাং তৈথোক-তৈথোক্লা চঙশিল্লগা মমাগী মনাক্তা ফম্মী। হায়রকই—

—ঐনা হায়জবসি ইমানা য়াবিরবদি ঐ য়াম্না ফুংঙাইগনি।

—য়াবা য়াদবা. নঙগী রাহুদা হায়না অমুক্ত হায়থোনে।

—রিক্সো অমত্ত লৈসিনে ইমা!

—কৈদৌননবা?

—ইমা! ঐ রিক্সো থৌবদি হৈহে। রিক্সো থৌহুনা শেল থর থর তাম্নিঙই।

—করিগী রিক্সো থৌবা—হা—? নঙ লাইরিক তম্বা তোক্লগে হায়রা?

—নত্তে ইমা!

—অহুদি—?

—ইমা! চীঙদা থবক শুহুনা শেন তানবা য়াম্না রাগ্রবজাংবনি। ইমাম্বা অমা লৈবহুদি থবক· শুবীবা মী নত্তে। ইমা ইপা অহুগা পীক্লিবী ইচলহুপীহুলনা রানা থবক শুহুনা তানবা পৈশা অহুনা ঐনা 'সিদা ফুংঙাইনা লাইরিক তম্বসে থল্লুবদা—ইমা! ঐ তোক্লমিরা থল্লে।

—হু! অঙাওয়া! মচাশিদমক অমা-মপানা য়োৎনবা হায়বসি হৌনশানি। নঙদনে অরুবা ওইহু। মখোয় করিসু বাবোই। মখোয়না পীবা পৈশানা ইচাগী মিঙবা থুংক্রবসু নঙগী বাবাগা ঐগনা পীগনি। য়িঙ্গো থৌবা য়াদেকো।

—ইমা! শাওবদি শাওবীগনু। ঐনা হায়বসে ইমাদা মরৈ য়েংপা নত্তে। মখোয়দগী পৈশা ভানবগী শরুক ঐনা অঙবা মখোয়দা পীনিঙই। ইমানা থঙদনা ভৌবনি, মখোয় য়ায়া য়ায়মগনি।

—ফরে! ফরে! নঙগী বাবা লাক্লগা ভানথিগে।

—হাইস! ইমা! য়াববদি ইমানা পামজবা য়েনশাং মুম্বিং থুদিং লৈবীগনি।

—হোয়নে! হোয়নে! নচলমুপীগা চরা থর য়াম্থোকলুরো। শিঙসু য়ামেনথৈ থায়দোক্লে। ইচা য়ায়মগনি। চংলো চংলো।

হায়রৈ—অমাংবা মরক্তগীসু সনাবুদি থুন্নি চীঙখুংদগী হৌ-রক্লগসু মাগী ফজবা শাজৎ-লীচৎ অমসুং অচম্বা য়াথলোন অতুদা ইমুঙগী মীপুম ভিংনা ইপেন্দ পেয়রৈজে। ভগীশিংগী মরক্তা লাইনিঙগী চংনবীনা অমাং-অশেংগী ঈচেল অমা চেপ্ররবসু ইমুঙ অসিদদি চংনবীতু মাঙগ্রে। থেম্নবগী য়াথল লৈত্রে। মপা বোরাজাও শায় খোংনবদা মথরায় য়ায়া য়াওজবা মীনি। মচানুপা নোংলেনবু শায়রোয় অমা ওইহল্লিঙবনি। অতুবু ইল্লি চত্ত, চিংই লাক্তবা মচামুপাতুগীদমক ফনা কয়া হোৎনজরবসু মুঙদা ঈশিং চাইব'গুম থোকপ্রে। পাম্বৈ লৈত্রহুনা মথবাক্তা থুতুম্না শুবগা থাঙই হায়বতু য়োরে। থর কেথোক-মৌথোক্লা য়োকপা অঙাংগী হৌনশা ভাংন-শানবা ইয়া য়াদে। মপা-মমানা ফনা কয়া হোৎনরৈজ হায়বতুমঙায় নোংলেন্দদি ভৌক ভৌরুবতু য়োংনা ভিম্থ্রোক পায়বগা চপ মারৈ। য়েংবা মুংঙাইবা, চুশিন্নবা নিংথরবু পুপুহনা শায়হল্লি। নোকুনা মীমাঙদা লেয়জরিবনি।

শায়ু মথুন্দা পেয়া থোংবা হায়বতুনি। নিংথরগী মঙং-মকৌ উরপা থর হৈনিঙ-শিংমিঙলকত্রা থন্দুনা হোৎনজবদি মযায়া। [illegible]

করা হায়, তাবীদে। কোংন করা চৈ-থাংই, লৌবীদে। হোংনগদবা মানা হোংনরকত্রবদা করিদি তৌরনি ? নোংলেন্দা হায়রবা য়া মাঙহ-নত্তা তোকই। উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপগা চপ মান্নথ্রে। মমানা হোংনজবগী মহৈ ইকং ফংদে। অহুবু মমা অমা ওইনা মচাবু কইয়িঙ-বদগী হোংনজবদি লেপতে।

নোংয়াই মতুং পুঙ অমদা হৌগংলগা লাইরিক পাবা, পুঙ অহুম-দগী মরি মথায় ফাওবদা মশাগী শাক্তেনশিং তৌবা অমসুং অয়ুক পুঙ নিপাল ফাওবা রিক্সো থৌবা, নিংথরগী মুমিং খুদিংগী ওইবা অয়ুকী মথৌনি। মরক্তা মমাগী অমদি মচলগী মতেং পাংবা য়াবা পাংবী। মুংথিলগী পুঙ মরিদগী মুমিদাং পুঙ তরেৎ ফাওবা রিক্সো থৌবা মুংথিলগী থবক্নি। মুমিং খুদিংগী ওইনা তৌরবা, মশাদা হৈনরবা থবক ওইরবনা থোইদোক্লা রাবগী মমি তাত্রে।

শামুনা ময়া থিনগংলকপা মঙ্গে থেঙুনা য়ৈশিনবা য়াদে। নিংথর, মানা তৌরু তৌরুবা থবক্লা মাগী পামজবা অনিঙবা অমা হেক্ক থুংই। কংফুগী ওজা অমগী পীক্লিবা মচাস্থুপা অমা লাইরিক তম্বা চৎপগী থিন-দোক থিজিন তৌই। অঙাং অহু মুমদগী লৌবা চৎপা মুমিং খুদিং ওাইহাক ওাইহাক শান্নবহু য়েংবগী খুদোংচাবা ফংই। মাগী য়াম্না পামজবা মতৌহু ওজাহুনা থঙই। নিংথরগী রারীদগী মসিমসু ওজা-হুনা থঙই—পামজরবসু তমজনবগী মাগী মতম লৈজদে। মতৌহুদা মুংশিহুনা ওজাহুনা অঙাং থিজ্রিতৈ মমাঙ পুঙথায় অমগী খুদোংচাবা পীহুনা শান্নহল্লি।

উগা তিম্নরবদি য়োংপীনা ঈশিংদা তাওই। নোংমা নিংথরনা স্কুলদগী হল্লকপদা ময়াম্বা নোংলেন্দু অহুরাইগী ঙাওশিন্নবা, পাখঙমচা থরনা ফুবিগদবগী তৌরম্বহু থেংনরুরে। মখোয়হু নত্তবা হিদাক শিজিন্নবা, অক-কত্ত থম্ববা ঙমজত্রবা, হিদাক্তা লায়চুরবা ঙাক্তনি। নোংলেনগী ফুরিংথাউদা য়াউরিবা পৈশাহু মখোয়দা পীত্রবদি ফুগনি হায়হুনা কিহল্লি। নিংথরনা পরপ পরপ চঙশিন্দুনা ময়াম্বহু মশা

শোনবা মীনি। মাবু কুবিকনবা কয়া হায়রে। লমহেনবশিং অহুনা ভাবিদে। মথোয়না মচিন-মনাও অমিহু লাক লাকুনা ইনবী। পৈশা পীরবদি কুপনি হায়হুনা শেম শায়' অচং-অওকশিংনমু খাম্মী য়াদে। অমনা নিংথৌরগী কুরিং পায়হুনা চিংই। কুরিংতু য়াম্না থীনা শেপায়রে, নিংথর শাওনিঙলক্লে। মরাম্দা লাইরিক থাউ পী। কাউবগা-থিনবগা তৌহুনা মথোয়হু হৌগংপা ওমদবমথৈ কুরে। অহুয়ায়দা লৈরমশিংহু তৌরিবহু উবদা কল্লক পেন্নরে। মচিন মনাও য়ুমদা পরপ পরপ হল্লক্লে। নিংথরনা তৌথিবহু মমিংতু শংশং উরিবা নোংলেম্না মমাদা শিংশিংবা থোকখিবহু ভমী। মহাকমু নিংথরগুম্না হৈ-শিং-নিঙব অমদি মশা-মউ কনিঙবগী য়াথল অমা ফাওরকপগী মমি উবদা মমাহু খুংঙাইজবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। নিংথরনা হায়বগী মতুংইন্না মহাক্তী ওজা অহুদা নোংলেনমু ভন্না হৌরে। য়ুমদা শায়মিন্নবা লৈর-বহুদা নিংথর য়াম্না খুংঙাইজরে।

হায়নবা লৈ—করি উনা শাবা তরেংনো শিঙ্গংদনা শিনকাউই; অমনা অতনবনা খুংগু-খুলায়গা থংনৈ। পুক্লিঙ চঙদনা তৌবা থবক অকবা থক ওইদে। মহৈরোয় অমনা তন্দে-মান্দে পাবা পায়া খঙ-হৈবা ওমদে। পায়া ফাবা ওমজগা শাওহুনা লাইরিক্তা তাইনৈ। তন্দে-মান্দেননা থবক অমা গুরিবা অতনবা কনানা অশোয়বা হেক য়াওবগা মানা পায়রিবা খুংলায়দা শাওহুনা তাইনৈ। তশেংবদি, মহু থবকুদা পুক্লিঙ চঙবা য়াংপদগী থবক অহুদা মথৌ ভারিবা হকচাংগী কয়াংশিং নিংথিনা শরুক য়ারক্তবদগীনি। অতনবা হায়বসি পুক্লিঙ হঞ্জাননবগী মরুওইবা মচাক অমনি। পুক্লিঙ হঞ্জানরকপনা হকচাংগী কয়াংশিং মিংশিং-নাশিংহল্লক্তে। মিংতাংবনা পোংকী কজবা শক্তম করম্না লাকনি? নাপঙবনা কমদৌনা হুংশিন্নবা থোয়েস তাগনি? পুক্লিঙ চঙবা হায়বসি করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা চঙপদৌরিবা হকচাংগী কয়াংশিং পুন্নমক অমত্ত ওইনা মিংশিং-নাশিংনা থবক তৌমিন্নবা ওম্বা অহুনি। অমরোমদসু, মতম লীক্লা শিজিন্নবা হায়বসি,

মী অমগী লমচৎ-শাজৎ শেম্নবগী য়ায়া মরুওইবা মচাক অমনি। মতম মাঙহনবগী হৈনবী নৈহনবা হায়বসি লমচৎ-শাজৎ মাঙথরকুবগী মরুওইবা মরম ওইহনবত নত্তনা মহৈ-মশিং তম্বদা মায় পাকপা য়ানা থোকহল্লি। তুম্বা হায়বসি থবাগ পানবশিংগীদি তৌদবা য়াত্রবা মথৌনি। অহুবু, তৌদবা য়াত্রবনি হায়রতুনা ইতুম তুমনিঙদনা থেমতুনা তুমশিন্নবা হোৎনবনা হকচাংগী কয়াংশিং মরুওইনা থোপ অসি তন্দে-মান্দেনহল্লকই। অকক্নবা মতম থক তুম্বনা নিংথিনা তুমহন্দুনা কয়াংশিং মশা্ থিঙহল্লি। চাং নাইহনবগী হৈনবী নৈহনবা ওম্মী। নিংথৌরগীদমক্তি পুন্নমক অসি ঙাকনা চৎপগী তঙাইকদে। মরমদি থবক অমগীদমক য়ায়া লীক্লা অকক্নবা মতমদমক কংই।

চুম্বা পাউরৌনি—কাপ্রবা ঈশৈ নোংমতম্ ওংই। নোংলেন পীক্লিঙৈদ তোনায়া কেথোক-মোথোক্লা হৌরকই। তোনানবা হায়বসিমক্তু অতনবগী লায়না অমদি ইচেন চেরৈ। মহাক নিংথৌরদগী হেনগে থঙরবম্, পীক্লিঙৈদগী হৈনজরকপা নোংথী-নোংমংবা অমদি অইঙবা অয়ুক্ত মাহৌবা তনবগী লায়না অহু হেক হেক হৌই। অতুম্না হেক তৌরকপগা মমানা নিংথৌরগী মমাঙদা ইকাইত্রা হায়তুনা মমায়দা ঈশিং হেক হেক হৈজিল্লি। নম-নমতুনা তৌহল্লকপদগী থরগী মথৈদি হৈনরক্লে। মহৈরোয় অমা ওইনা মহাক্লা তম্নিবা মহৈ অহু থঙ-হৈনবা হোৎনবগী হৈনবী নৈত্রবদি 'মহৈরোয়' হায়বা য়াহৈ অসিগী য়াহম্লোক নৈতে। তপ্পা তপ্পা হোৎলকপা মচাগী মওং-মতৌ অতুদা মপা-মমা অনিহু মুংঙাইরৈ।

## ২

# অতনবগী হিদাক লৈতে

ঈগী ঈরিক্লা হমাং ওইনা চেনবমথে, ভম্লবা চাঁউগী চাউআয়দাঃ পামদা থবক শুরিবী মপা-মমা অনিহু নিংথম্নগী রাথলদা থমগী মথে হুংঙাইদৈবে হায়বত্নুমঙায়, মচাম্নুপা অহল অতুগী থনবদা তুম্বা-চাকা চঙদে। কত্তবা-ওক্তবা মচাগীনা হেন্না মমা-মপানা রাজৈ। কজনা কয়ায়ক হায়, লোদে। থীনা চৈং, কায়দে। মচাবু অকবা ওইহম্নিঙদবা মপা-মমা মালেমদা লৈরম্লোই। থোবাদোংগী চকুবু কায়নবা মৈবম্না, অশেংবনি চকু ময়েক হায়নি। পাইসোবু ফু-চৈত্নুনা মনাও মুপাগী মতৌ ভম্মু হায়ত্নুনা ফনা হায়দৈ। অকবা হায়বত্নু ওইহম্নিঙবদগী চাক ফাওবা পীজদত্নুনা য়েংগ্রে। কায়দে। উংভা থাউ হৈবদা চপ মাদ্রে। ফগদবা অনাবনা ফগৎলকত্রবদা মাইবনা কয়ি তৌরুনি? পেংলয়োইদবা মুঙদা ঈশিং চাইবগা পাংথক ওইগ্রে। ওনিঙ-নোমনিঙবগী রাথলস্থু লৈতে। তুমিন অঙাওবা ওইনা মানা থোকপা অমা তৌত্নুনা অহুম লৈ। য়েংবা য়াবা য়েংলে। পাম্বৈ লৈতে, অতনবগী হিদাক লৈতে।

নোংমা, নিংথর নোংলেনগা লোয়ননা থুলদা চংলি। মথোয় অনি উবদা মমা-মপা অমম্নুং মচলম্নুপী য়ায়া হরাওদৈ। চাঁউগী [illegible] থঙন-চায়বা মী থুংলবদা য়েন হাংত্নুনা পীজ পীথকপা। মসিমম্নুনি

মতুংদি ঙাঙিং অঙাকপাসিংনা পীবা ইরু-মাইথেম খোঙাকপা। চাক চানবমদাই মৌরবা কাওবদা পাইসো উচবকপা নোংখোঙ মমাঙ হংই। রুনা অমত্তনা পাউখুম পীরক্তে। করি-ত্তৌরবজাংনো খল্লি নোংলেন। নিংথরবনস্থু মমাদা হংই। মপানা খুমকই—

"ঙোঙো তুমিন লৈবনা চয়ু ওম্মী" হায়রবত্তুনি। নঙনা থর থর পীরকপা শেল অত্তুগা ঐখোয়না ঙানা শুজবগী ফংবা থরগা থম্বনি। মত্তু হুত্তুনা পুরগা চংখিবা মুমিং ঙরানি হেনপ্রে, পাইসোদো য়ুমদা শুক-হন হম্বিলক্তবা। রাজা ভানবা শেলনি থম্তুনা চাদবমথৈ চেকশিন্না থমজিনবনি। অত্তুবু অরীকপগী মরল ওম্না চায় হায়গুম্না করিস্থু নত্তবদা মাঙপ্রে। মাস্থু কদায়দা পনবনো হায়বস্থু খঙদে। মকম মরাং লৈ-তেদা। অত্তুম্না তৌগনি হায়বা থাজদবা মানা তৌরকপসিদি ঐখোয়দি অঙকপা ওইপ্রে। ইচাশা! চুমপ্রবনি অহলশিংনা হায়বসি—মকোক্ত শম হৌবদি শায়রুগস্থু। মাগী মপুক্ত রা লোংতুনা থম্বা অত্তুদি ঐখোয়-নদি খঙহৌদ্রে। মকোক অত্তু মশম্না কুপ্পগুম্না মাগী পুক্কিওস্থু লোংতুনা থম্জাংনি। নহানমথৈ মানা তুমিন অত্তুম লৈবত্তুদি ঐখোয়বু অপঙবা ওইহল্লবগী ওইরম্লে। ঐস্থু হৌজিক্তি পঙলরোই। অত্তুবু ইচাশা! ভাইবং মীওইবসি কোম্না কোম্না শিংবনি। অহলশিংনা হায়বগুম্না হুরানবা মতুং মৈরিংই, ঐস্থু ইচানা অপঙবা ওইহল্লবা মতুংদা অশিংবা শাবনি।" 'অত্তুবু ইপা!' নোংলেম্না হায়—'কদায় কদায়দা লৈবগে হায়বগী ই-পাউ অমদি লৌবা ফরোইদ্রা?' মপানা খুমকই—থিপ্রে, থিবমথৈ থিপ্রে। মম্না-মপাউ অমত্তস্থু লৈতে। ঙাপ্রেম মমৈ খুজিন্না শিকপগুম্বনি। মাবু থিবা ফংলবস্থু করি তৌগনি? কনাগী রাস্থু মামা তাবিরোই। মচাগীদমক অম্না-লুংঙাই অনিমক্ত ভাকপী শেনবী-রিবা মম্না-মপাগী রা ভাদবা মচাদা হন্নো হন্না পাউতাক পীবা কান্নবা লৈতে। মমা-মপান্না মচাগীদমক কন্না ঙাবা—মপা ওইদবন্না মাদি করিস্থু খঙলোই। জিন্না টিকজিবা মীনা জিনগী হু খঙদে। মাগী অরাবা লাকপা মতমদা ঐখোয়বু জিঙজিংলকপাত্তু মঙোন্দা মীগী রাখল লাকনি। মপুক থনবা মী কনাদা পীজবা করিস্থু চানিঙলোই।"

নোংজেল্লা হাঙ্গৈঙ—মা কদায়দা লৈ, করি, তৌরি হায়বহুনদি খঙদোকপা হোৎনদ্রি ইপা !

—"হোয় ! হোৎনবদি হোৎনসে। অদুবু করি কায়গদ্রা, লৌ শিংও থাজনা থীবা ? ঐখোয়না মাগীদমক হোৎনবদু মানদি মাগীনি হায়বা থঙদে। মানা মহু থঙবা মতমদা ঐখোয়বু হুংশিরকনি। মী-ওইবা কনাসু রাৎত-পাদবা, মপুঙ ফাবদি লৈতে। নিংথৌদসু মৈতাল রাংলি হায়বদুনি। অরাংপা লৈতে নিংথৌগুম্বনি হায়নরিবনি। অদুবু মাসু করিসু নত্তবা মৈতাল রাংলবদি ঐগী ইচা করিসু লৈতবা অঙাংনদি পুম্নমক রাংপা তাবনি। মহুগী মসুঙদা খ্বাইদগী মরুওইবা অরাংপদি অরা-হুংঙাই কয়াদ মাবু ঙাকপী-শেনবাদুনা পুন্সিগী লম্বী চৎপদা মতেং পাংবীবা অদুনি।"

লৈশাবীদুনা চান-থরুবা শিল্লাঙদুনা চাক চামিয়রে। নিংথরগী মমাম্নবা ময়াম লাঙ-লাঙদুনা চঙলকই। মখোয় হরাওনদুনা মথুং শোক্লে, ফম্নিরে। নিংথরনা মমাম্নবশিংদুদা ময়াম্বগী মরমদা ই-পাও তাবা লৈত্রা হংই। কনানসু থঙই হায়দে। অমনদি মহাকী রাখল অদুগী হায়রবদি সিকাই চঙবগুম্বা তৌরম্বা য়াই হায়। মমানা হায়—'ঐখোয় মমাদি হুপী ওইবনিনা পুক্নিঙসি শোক্লি। ইচানিনা ফরবসু-ফংত্রবসু অদুম হুংশিবদি হুংশিবনি। য়ুমদা লৈত্রবসু করি তৌরমগ-দগে থল্লে। লৈরবসু মাগী মচৎ অদু অমুক য়েংনিঙদবা। থঙদেদা ইচাশা ! 'চাসি হায়রবসু মরু, হন্দোক্নি হায়রবসু মতোং হায়বগুম্বে। রাদবসু ঙমদে, রাদগীসু কায়নঙাই অমুক লৈতে।'

—অদুনিনে হুপী ! ঐসু মপানিনে। মচাবু হুংশিদবা মপা কদায়দা লৈগনি ? ইচাশিংবু হুংশিবগী, মখোয়বু হুংঙাইবা মীওম হিংহল্লিঙবগী মপাশিংনা রানা রানা থবক ওদুনা হোৎনবনি। ঐখোয়না মাবু চৈ-থাংবা অদু মানদি মাবু হুংশিববগীনি থন্দুনা চৎল্লে। ঐখোয়নদি মাগী-দমক রায়। অদুবু মানদি করিসু থল্লরোই। লোনাই তোঙ্গানবী রাইকুপ পুরীনা রায় হায়রদুনিদ।

পাখঙ অমনাখ হায়রকই—ইপাতোমা বা হায়বাসিদি করি করি রা য়ায়া য়াওবনি। অহু ইপাতোন! তাংখুল খাইদ চকু পুনৈ। হায়বসিদা করিনো?

—হৈক! মহুদি মরুতা রা য়াম্বনি। তমগী মীশদি তাংখুলদি অহল ওইনদবশিংসি শিগদবা কুইত্রে, পাম্লুই খাঙতুনা থবক য়ায়া কয় শুবনি হায়। মশিগী রা হন্দোকপদিদি চুবা থর বাংলিমা।

—অহুদি করিনা চুমগনি ইপাতোন?

—তাংখুলগীদি মচাহুপা খাইগী অহল 'অহু' মমা-মপাগা কোয়না লৈমিন্নগনি। মনাও মচলশিং শেম-শাবদা মাসা মপাগী শরুক য়াগনি। অমনা অরু-অরুবা রা খোকপা লাকপা মতমদা অহল শিংনা শরুক য়াগনি। তেয়া হায়রবদা অরুবা অমদি মপুঙ ওইবা থবক তৌবদা অহল হায়বসিনা শরুক য়াই হায়বগীদমক অহলনা পোৎলুম পুই হায়বা ওইগনিদা। ইচাশা! তমগী হন্নুশিংনা পঙনা তাইনা পাল্লি হায়হুনা তাইবংপান কৌই হায়বসি চুমগনি। মীওইবা ঐখোয়না পানবসিদি অয়াংপগী অয়াংপা তাক্কনি। 'কৈগী মপান নাপীনা, নাপীগী মপান কৈনা তাং হায়বগুম্না অমগা অমগা মতেং পাংনরবদি পানবস্থু ঙম্মোই। কৈ লৈবগী শাপী চাবা শা চঙদবনি। নাপীনা শোক্তলবদি কৈনা হৈনবনি। অহুবু ইচাশা! মীনা হিংবদি থবক শুব্রবদি করম্না হিংগনি? থবক শুবা তোক্লবদি হিংবস্থু তোকপা তাবনি। ইপুমস্থু, ইপানস্থ ঐখোয়দা হায়মে 'চাক্রেম চারিতৌ, ফিরেম শেং-লিতৌ কচাক-নরুল তাল্লু। ঐখোয়নস্থু নখোয়দা অতুম হায়গদবনি।

- ইপা! অদুদি করি হায়রিবনো নোংলৈম্না হংই।

—নহাশিংনদি শাওএ। মখোয়বু চাক্রেম চাবা, ফিরেম শেংপা হায়রে হায়না। বানা হায়বদি অমনি। মমা-মপা অমদি অহল-শিংনা মখোয়বু পীক্ত-পীবক্লিতৌ, শেংনা-ইম্নবা ফিরোল লেম্না পীরিতৌ হায়বদি মখোয় মশানা শু-নোমহুনা কনাগী অবাবা

শরুক য়াম্লিথৈ য়ভমদা মহৈ-মশিং তমজুনা তুংগী পুন্সিদা লুংঙাইনা হিংহৌনবা য়োংনজহৌ হায়বনি।

—ইপাতোম্বা তাকপিবদগী খঙলে। ঐখোয়দি শাওয়রোই।

—শাওগন্থ! অপঙবনা শাওবনি। অশিংবা মচা কনা কনানা অহল-লমনগী মরুম থুপতুনা লুংঙাইনা হিংই। অপঙবা কনাদি মমা-মপানা হায়বা ইন্দবদগী লানগুম্বা নাইমৈ চরুমা শমতুনা হিংই। লৈভবা, লাইরবা ইমুঙদি হুমিং থুদিং লান থোকপনি। অপঙবদি অবা-অনা ঙাক থোকদবনি। অহুনা মী অপঙবা লাম্লোইবৈ, উ অকংবা শিঙ ওইবৈ হায়বা অহলশিংগী রাসি চুবনি। ইচাশা! মমা-মপানা মচাবু লুংশিবসিদি করি হায়গনি? ঐগী হকচাংদা চেম্লিবা ঈ অসি চায় হায়তুনা ইচা কৌবনি। খঙনা খঙনা লুংশিবগী অহুম পীজবনি। অতুবু তুরেলগী ঈচেলনা হঙংনা চেন্দে হায়বগুম্বা মচানদি মমা-মপাবু য়াম্বা রাংনা লুংশি শাবনি।

—ইপাজোন! ঐখোয়দি ইমা-ইপাবু য়াম্বা লুংশিদা।

—হা ...হা....! চুম্মীদা। লুংশিদে হায়বদি নত্তে। নখোয়না নয়ুম-নকৈ পান্দুনা নমিংত্ত নচা হেক উবা হুমিংতগীদি নমা-নপাবু লুংশিবা রাখল তোক্তুনা নচাশিংবু লুংশিগ্রগনি। মসি ভাইবং থরায় পানবশিংগী হৌনশানি। য়েংউ! প্রহৌ যিশুনা মীওইবগী লঙজমন কয়াবু কোকপিনবগীদমক মশাদগী ঈ শিন্থ-বীখি। য়ারীহু তারগা ঐখোয়না কপ্পী। খনবসু খল্লি—মহাক্না ঐখোয়বু কয়াদ লুংশিবা! অতুবু ইমা-ইপা শক্লিবা মহাকপু মীওইবা কনানা মহাক্না লুংশিবীবগুম লুংশিবগে? লুংশিরম্লবদি ঙসি ওইরিবা, মীওইবা মশেলগী মরক্ত কাওবা শাহিং চাবগুম থম্নরিবসি তৌরম্লোই। ঙসিদি ঐ রা য়াম্বা হায়রে। পোংখানবা তৌরসে ইচাশা!

## ৩

# ওক্না নিল্লগা হুইনা মনা থাই

নিংথর মানা চংকে নিঙলিবা খোঙচং অতুগীদমক মপুক্লিংদা লেপ্লিবা মতম, নোংমা নোংমগী নকশিল্লকই। মহুনা মঙোন্দা হেন্না মতম চিহ্নল্লি। থূদোংথীবা কন্না মায়োক্নবা ওয়বা হোৎনবন্থু লেপংজে। শামূরাই খাঙ, চেকশিন্না থুংপায় চানা মখোক পান্নবা তথেম্বাঙ, য়ান্না লায়না লৌখোক-লৌশিন য়াবা নঙন্দা পোবা থাউনচিংবা মথৌ তারকপবা পোং‧চৈশিং লাঙশিল্লি। নোংলেনগী মপা বোরাজাও মৌতিক মীয়ৌ থঙগনবা মীদানি। নিংথরনা তৌরিবশিং অহু করিগুম্বা অমত্তা মঙোন্দা হায়-হংদনা ম্নেংলকপনি। মানা হোৎনরক্লিবা অহু মাগী য়ান্না চেকশিনবা অনিঙবা অমদি লৈরমগনি থল্লি। মহুনা অক্না ওইরম্লবদি কৈ। নত্তহুনা কনাগুম্বগী মথক্ত লমন খুম্বগী থবক ওইরম্লবদি মাঙলগনি হায়। অহুগুম্বা, থবক্তি তৌহল্লিঙদে। ঙম্লিবমথৈ ম[illegible] পীহুনা লাইন্নিক-লাইত্ত তমহনগে হায়বসি বোরাজাওগী অনিঙবনি। নিংথরদা চেল্লিবা য়াথল্লোন অমদি মপুকচেল অহুমক্নদি নত্তবা থবক তৌরকনি হায়বদি কন্না থাজদে।

নোংমা, ভুমিদাং অমা মমা-মপা অনিহু য়ারী-য়াত্তায় শানহুনা ফম্নী। মপানা নিংথরবু কৌরকই। মাহু হন্নাও হন্নাও চঙলকই। মপানা হংই,

—নিংথর ! নঙগী পাঙথোক্কে থববা অনিঙবা অমদি লৈরে হায়বা ঐ থঙই। নঙনা নিঙলিবসি করিনো ?

—করিস্নু লৈতেদা বাবা !

—হুম ! খুংশিবা মচানা মপাদা য়া লোৎপা হৌনদে। অহুম তৌরবদি নঙনা নিঙলিবা থবক অদু মায় পাক্লোই। বাবাদা শেংনা হায়য়ু।

নিংথর ঙাইহাক তুমিন লৈ। মমানস্নু খুংশা থীনা হায়রকই.

—শেংনা হায়য়ু নপাদা। অকবা থবক ওইরবদি ঐখোয়স্নু নঙগী নত্তেং পাংগনি।

নিংথরগী মপাগী য়ায়ী, মুমিৎ খুদিং মচল অদুবু উনিঙবগী শোনবা প্লুমক্তু লীদুনা তায়রে। মাগী মপুক্কিঙদা লেপ্লিবা মনে অদু অমুক্তং থিরগা মপাগী নিঙবা থুংহনবা ঙমরা লেংগে থল্লিদ্রে থঙহল্লে। মাগী অশেংবদু খঙলবদা মমাংমপা অনিদু মপুক্কিঙদি য়াম্না পেথে। মতৌ য়েংনিঙদুনা মপানা হংই—"নঙগী ননে অদু থিরগীদমকপু নঙনা অদুক য়ানা য়োৎনরিবদুবু করিগীনো ? নোংমা ঐখোয় যয়াম চৎলগা কোইথি থিরুগা লোইরে।" "হাইস ! বাবা !" নিংথরনা খুমকই —"লম্বীদা অমুম চৎলগা থিবা ফংলোই। চৌঙগী লমদদি খুল অমগা খুল অমগা য়াম্না লাপ্পবনি। খুলদা চঙ-চদুনা থিগদবনি। মদুস্নু অশোঙবা উমং জুক্কুদা চৎকনি। বাবা ! য়োং অমনস্নু মীখুদি করিস্নু উশিংপিরবা মকমস্নু য়াওবনি। অদুনা থর হৈ শিংবদি কাপ্পগনি।" "উম ! চুম্মী ! ইচানা হায়বা।" মপানা হায়—"খুয়োংথীববু কিরবদি মায়থীগনি ! উশিংমক্রবস্নু অরাবা তাগনি। মতৌ করম্না মদু মায়োকদুনা লাম্মোকহগে থদুনা, মঙং কয়াদা হৈ-শিংনা, চেকশিল্লা হোংনবা মায় পাক্কবগী লাইরানি। চেকশিল্লগা চেকয়ুম শাই থাদোক্লগা ফবা শাই হায়বসি ঐখোয়না থক কাওরোইদরবনি। থবক অমা ঐখোয়না করিস্নু লৈতবনি থল্লাকপসি মায়থীনবগী অচৌবা মচাক্নি। মদুগা তৌরিবনি হায়দুনা মদুগী মহৈ করি ওইগনি থদনা পংতোবা তৌবা নত্রগা হোৎনবা

কাঁন্নদে। মহুনি ফুমিত্ত মাঙজোং চোংবা হায়নরিবসি। মোংলেনসু মমাগী মনাক্ত চঙলকুনা কপ্পী। ভাওনরিবন্থু খুন্না ভার।

নিংথরনা হার,

—বাবা! ঐনা নিঙলিবসি ইনেত্থু অমুক্তং থিবা ফংলবদি ইপাগী নিঙবা থুংগনি হায়বসিনি। ইপানা ইনেত্থু উরগা হুরাও মুংঙাইবন্থু অমুক্তং য়েংনিঙই।

—ইমানসু লাই খুরুমগনি। ইচানা অসুক রানা মপাগী নিঙবা থুংনবা হোংজবদা ওমত্রবদি লাইসু মমিং তাঙলবা হায়'তুনি।

—অঙাংশা! মীওইবগী পুন্সিসি য়াম্না মুংশিবনি। মতম্না অমুক হল্লক্তবগুম, পুন্সিসে অমুক হল্লরোইদৌবনি। মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী মতম অসিনি পুন্সি। তেল্লবা মতম অসি অরা-মুংঙাই, অশি-অনা, নোকপা-কপ্পা কয়াগা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। পুন্সিগী খ্বাইদগী লুবা মতম্নি—ইনথংলকপা। হকচাং, রাথল-লৌশিং, মহৈ মশিং, লমচৎ-শাজং অসিনচিংবা পুন্নমক্তী ইনথংলকপা মতম্নি। মতম অসি য়োরকপদা খোঙকম অমত্তং শোয়খিবদা চুমথোকপা রানা থোকপদগী মীওই কয়াগী পুন্সি কাংথগী থাঙনা কোংহ্লিং কাবগুম্না অরেম্বদা মাঙই। ইনথংলক্লিবা অচুনা কৈরেংননা নত্তবা লম্বীদা ইনথ্রবদি হ্নিংলম্বগী মমল লৈত্রে। অচুগুম্বা লুরবা মতম অচুমক্তদা নথোয় হৌজিক থুংল্লুরে। নথোয়না থঙগদবদি—অকবা ওইবা হায়বসি পুক্নিঙ চঙনা চাং নাইনা হোংনবা চঙই, মতমসু চঙই। তৌইগুম্বসুং ফত্তবা হায়বসিদি অচুক হাক্না লুদে। মরম অসিদগী মীওইবনা রাদনা মুংঙাইবা পাম্বদগী য়াম্না লায়না কত্তবগী লম্বীদা হেক্ত খোঙদাগল্লি। মসিদগী নথোয় নশাবু চেকশিনবা ভাই। ইশাবু ইশানা ভাকচ-শেঙ্গদনা কনানসু ভাকপী-শেনদীবা ওয়োই। কত্তবা হৈনবী হায়বদি ময়াইকাবা পোং শিজিন্নবা অমসুং নত্তবা শাজং-লৌচং চংপা হায়বসি কত্তে হায়বা ঐথোয় থঙই। অচুবু

কনাবা থিজ্জকবরী থবক অহু তৌরুরে। কুন্দে থগুরকুনা অমুক থালোক্রে। ফিজকরা মহুনা অমুত্তাগা তৌননবা হায়রকপাগ য়াক্রবদি মহুনা হৈনবী ওইরকুনা কত্তে থগুলবা লম্বী অহুদা অহুম চংখিবা তাবনি। অতুনি অহলশিংনা শুগোল হজিন কৈনা চার হায়নরম্লিবা।

নোংলেম্না হংই—লমজেল অতুক য়াওবা শুগোলবু কৈনা করম হায়না চাম্রিনো বাবা ?

—চুম্মী! শগোল লমজেলগী শানি। য়াম্মনু কিংই, লোয়ননা থংগল্লি। মাগী য়াম্না কত্তবা হৈনবী অমা লৈ। কৈনা চানিঙম্লিবা শগোল অহু শাথীনা থংহল্লি। থংহুনা শগোল অহু ভিংহুনা চেনখি। মহুম অহুদা কৈ অহুনা শগোলনা থংখিবা মফমহুদা ফিরম চানা লুমহুনা লৈ। চেল্লুরবা শগোল অহু মাগী হৈনবী, ওয়াইহাক লেপ্পগা য়ানা থংখিবা মফম অহুদা অমুক হল্লকুনা লেংলে। মফম'হুদা শেম-শাহুনা লৈরবা কৈ অহুনা য়াম্না লায়না শরাক হুমী। অসিনি অহলশিংনা পাউরৌ ওইনা থনম্লিবসি। নহানমথৈ নিংথৗনা কাউবা-থিনবা, থাও হাইবনচিংবা শায়রম্লি-বসি লৌরি করিঙিনো থগুরা নোংলেন ?

—থগুইদা! হৈজিনবা কাম্রে হায়রুনা ঐস্নু তৌরিবনি

—হা.... হা.... ! নগুনা থগুনিবহু নত্তে, নিংথৗনা থম্লিবদি! শোংলবা উমং-য়ামং মরক্তা শাংলবা চাউশাংগী থুজোংথীবা কয়া অমদি শাহিং চাবা শা কয়াগী মরক কাগুহুনা মফম থগুখিজবা মরে অমা থিরগৌরিবনি। তুমিং কয়াদি চঙগনি থগুরে। মাক্লোকপ-তৌরিবা থুজোংথীবা কয়াহু মশাবু কহুনা মাপ্তোকনা ভকা হোংনরম্লিবনি। নগুনা তুম্না হৌগংবাগা ওয়াখী মনাক রেমবা শেমং শাবা হোংলম্লিরৈঙলা নিংগুনা মশাগী য়ালেম্মু পুম্মক লেইরগা থগুক অমা তমম্বু। নিংথৗ উহনবদি মচু কজিন্নু তৌজাগাই। পেলা লেম্লিরৈ শামুরৌ থোই; থোল্নাম্মা থংম্লিরৈবা য়াম্লাই

হায়রন্থ ভাবনা লোকজিং বেন্নী ! নঙনা খঙ্গা চঙগ্রনি। মানা নঙোন্দগী ভবনি। অহুবু কনানা হেন্না হৈংশিনই ? নঙন্থ খঙ-লমখনি। নঙ ওক্সা শিক্সলগী হুইনা মনা থাই হায়রন্থ খঙব্রা ?

—খাইবগী রা অমম্বহুবু কনানা খঙলোইনো ?

—উম ! অমনবা রা অসিনা পীরিবা রাহস্তোক অহুদি মতম পুর-মক্ত লৌহুনা লৈহৌরগদবনি। নঙনা কনা হোৎনজরবন্থু মহৈদি নিংথরনা অহুম কংলগনি। নখোয় অনিগী মরক্ত পুক্লিঙ অমম্বুং হকচাং অনিমক লুপশিনবগী থেন্নবা য়াম্না লৈ। ঐখোয়না থবক অমা তৌবদা তৌদবা য়াদবগী মতম লোন্নবা ওইনা তৌরোইদবনি। হৈমাওগী মহুং মনানা শিনবনা হৈমাওগী অশেংবা মহাউ কংবা ওন্নোই। থরায়-হকচাং য়াওনা খঙগে-হৈগে থম্না হোৎনজ্রবদি তম্লিবা মহৈ-মশিং কৈদৌউডদন্থু মপুঙ ফাবা মহৈ কংলোই। ইচাশা ! থবক খুদিংমক্তা পুক্লিঙ চঙনা হোৎনবগী হৈনবী লৈহন-গদবনি। হোৎনবা লেপকন্থু। ফরে ! নিংথর নঙনা নমে থিবদি কয়ম্বা মতমদা চৎকদৌরি ?

—বাবা ! একজামিনেসন অসি কন্না হোৎনহুনা য়াওগনি। হেক লোক্টবগা চৎসিরা নিঙই।

—নিংথর ! ঐখোয় অনি চৎসি। ঐস্থু য়াম্না চৎনিঙই।

—হৈস ! নঙনা চৎপা হৈবপোৎ নহেত্র। খুম্থু মতোঙ শন্নৌবজ্ঞা থোকনি। ইনে থিবা চৎপ্রা হায়রগা নঙবু পোক্নুনা হল্লকি।

—অচুম্বনি ! নিংথরনা হায়রিবসি। অনাৎ নঙনা শক্তোম চাবা মৌনৈ হায়বা রা লৈবনি। নমানা পোকপদৈ নিংথি-লুক্তাইনা চীঙ কাক্সিবা নঙনা য়াংলবা চীঙ, শোংলবা উয়ঙ-য়ামঙ, লম্বী লৈবা-লৈতবা থিদনা চৎকদৌরিবা থোঙজং অহুদা য়াওরবা হায়-বসি মতোন্দা অয়েং-অপন পীবক্ত নঙনা নঙন্থ অবাবা-খুদোংবীবা মায়োক্লদৌরিবনি। চীনগা থবকা য়াম্না লায়বনি। খুপামচান্দি তো, নিংথর ! তৌবতবু চেকশিন্না মায় পাক্লবদি হোৎনৌ।

মমাহু ঙসাইমধে নিংথরনা চংকদৌরিবহু থন্নুরিমানে, য়াম্না নিঙমদনা হায়রকই,

—মথোয় বাবা ! অঙাং অসিনা চংকদৌরিবসিবু কমদোৌদোইনো ? ইচাসি মুংশিগ্রেদা ! শা·কৈ মরক্তুদা ! ইস ! ঐদি মুংশা থীগ্রেদা !

—হে ! হে ! য়ারুমু। মুপামচানি। ঐখোয়সু লাই খুরুমসি, ইচাসি তেক্ত কায়দনা মনে অদু ফংজহনা মপাগী নিঙবা থুংহনবা ওমজসনু। মপা'মু মচা পোকপগী মহৈ ফংজসনু। ঐ থঙই— শোইদনা মহাক মমায় পাকনি। অঙাং অসি হোংনবা য়াম্না কল্লি, হৈ·শিংই।

মুমিং·থা হুইনা চাদে হাপ্পনবগুম, নোংমা নোংমা হৌখিহুনা চহিগী অরোইবা পরিক্ষা পীরে। নিংথর, মাবা লাওসিঞ্জরিবা পোং·চৈশিং নিংথিনা শেমজিন-শাজিল্লে। মমা মপাদগী য়াথং লৌরে। চীঙদা লৈহৌরিবা মচনমুপীদমক মমা-মপানা ভম্বীবা পোং·চৈশিংহু পুরহুনা থুল পাংলক্লে।

নোংমা-নিনি অহুদা মচনমুপীদা চাক থোংহল্লগা মুংশাদা কংনা ফৌদোকহল্লি। নিংথিনা য়োমশিন্দুনা থম্মী। মানা হাপ্পনা শেম-শাহুনা থমগ্রবা অফবা-অরিংবা রাচেং অহুনা লৌরুং অমা য়াম্না লিংনা শেম্মী। মহুদা পানবা য়াবা লৌরী অনি শেম্লে। অমনা শায়রোংগীনি। অতোপ্পহুনা তেঙ্গৈ কাপ্পবনি। চেকশিন্না অমমুং অকনবা হু হাপতুনা তেঙ্গৈ থর শেম্লে। লৈশোবুংদগী লোবা লৈশেংনা চাং মাম্নবা শায়রোং মরু ভারে। মহু উরুমদা কংহল্লি। মরমদি মুংশাদা ফৌবা মরুদি য়াংই অমমুং কায়গল্লি। মথৌ ভারক্তনি থঞ্জবা পোংলম কয়া লাঙ-শিল্লি। লোয়নবা মপুক্লিঙদা চংনবা মুমিং লেপ্লে। মুমিদাং থুদিং মপা-মচা কম্মিয়হুনা য়ারী-য়াতাই শানৈ। মপাগী পাউতাক-য়ারীশিং মুন্না তাশিল্লি।

# ৪

# য়েনিং থাগী চীওশাং

য়েনখোং অহানবদা হৌগৎতুনা মমা অমম্বুং মচলম্বুপীনা চাক খোংহ্নুনা নিংথরবু পীজ-পীথক্লে। মম্নি-মম্নিরিবা, অঙনবা অম্বুক অহূদা মহাক মনেগী খোঙ্গুল লীনবগীদমক খোঙশাল্লে। খুলগী চংখোক-চংশিন ভৌনবা লম্বী অহু হেক লোইবদগীদি পীকপ্রবা খোঙ লম্বী ওইনা লৈখ্রে। মহুগী মতুং-ইন্না চংলি।

লমদা-শজিবু লোম্নবা, মালেম নৌনা য়েনিংনরকপা মতম্নি। উরী-উপাল অয়াম্বা অনৌবা য়েনিংগা লোয়ননা উচেক-রায়া কয়াগা হয়াও-তয়াম্নরি। চীওম্নুঙগী ঈফুং ঈহৌনরকপা, লম্লকী শা উচেকশিংনা পুক্নিঙ মকা লাম্না চেন-চোংহ্নুনা শাম্নজবা মতম্নি। উরী উপাল কয়াগী মপাল লৈশাং তম্নকপগী মনম্না, কেজ নৌজ লিম্নি হুম্বা মালংবগা শাগোম্না মাইকৈ শিম্না য়েনিং থাগী পাওজেল চংলি। মথল কয়াগী উরৈশিংগী ভিম্নরবা লৈচুগী লৈরাংশিংনা উগী উকাদা চরোং চরোং য়াম্বহুনা মালংগী শহমদা হাইনা হুম্না শাম্নরি। উরৈশিংগী মরক্ত খোইদোক্না মুংশিবা লৈনম চেরবী শমজীরৈগী লৈনম অম্বুক অম্বুক ঋংবদা নিংথরগী মিংল্লেং লৈরাং ম.ইকৈ থিহল্লি। মচু কয়াগী পীক-তক চেংতকপা উচেকশিংনা মহৌশাগী ফজববু শৈথাহুনা শৈহেকপগুম, অনৌবা য়েনিং মরক্ত মখৌ পোংনা খোংদি। লোইদাম কয়া উমংবু

শোঙহল্লগা উনা-য়ানা য়াকচিংগী নোংনা মখোক লোয়হনখিবা, অমসুং নাপী-শীঙবীশিংনা কংখিহনা অনৌবা হানৌ চোংথংলকপদা ঙায়রিবনা অহুক হাক্লা শোঙবদি ওইদে।

অহৌবা সুমিংকা ওইবনে, মহৌশাগী ফজবা কয়াহনা পুক্লিঙ নৌথোকহনবহুপা নিংথর থোইদোক্লা চংপগী অরাবদি ফাওদে। সুমিংনা কোক্তোন লোয়কপা মত্তমহুদা মাঙওইননা চৌঙগী নাপোম অমা খুল অমা উই। পংলাপ লাপ্পবা খুল নত্তবনিমা ইখঙ-খঙনৈ। মকয় অহুদদি মরেহ নৈরমগনি থাজদে। অহুগা খুল অহু ফাওহনা চংলবসু মহাক্লা চংকে নিঙ্খিবা মাইকৈ অহুগদি য়াম্না কোইনগদৌরে। ময়ম অহুনা মাঙদা উরিবা চৌঙশাং অহু খুলহু নাকোইননা লাম্বোকে থল্লি। তাংদাংবা লম্বীনি হায়বা নৈত্তবা ময়ম্না মাইকৈ লাক্লগা শম-হুনা চংপা তারে। চৌঙশাংহুগী নাপোমদা লে'কয়াও অমগী মতুংইন্না চংলে। সুংথিলগী পুঙ অনি তারকপা ফাওবদা খুল অমা ফাওবা উবা ফংদে। অরাম-থৌরাংলকুনা মচলসুপীনা য়োম্বিরকপা চত্রোম থোকুনা চারে। ঈশিং থর থক্লে। ঙাইহাক ফম্নগা য়াথল তৌহুনা চংকদবা মাইকৈ লেপ্পী।

লেপ্তুনা চংলি। সুমিং তানিঙ-অানিঙ তৌরকপা, চৌঙশাঙ অহু লাম্বোক্লকপা মতমদদি লাপ্তকা খুল অমদি উরে। চৌঙগী লমদদি মীংনা উবগী অরামগা চংপগী অরামগা য়াম্না থীনা থেক্লে। উনা-উনা তৌবা নাইদে। অহুবু অন্নাবদি, লম্বী অপথা চংপা মপা শিবা নংবে, হায়বহু থোক্লরে। অশয়নি থন্দুনা মহাক্লা চথল্লিবা লম্বী অহু চপ-চপ ওনা সুঙ্গায় অমসুং শিং-শিং নাবরা অপাকপা সুংশো ঙাক তারক্লে। মখক হাইথংতুনা চংলে খুলহুদা থুংবা য়াগদৌরি। লোকচাও অমা অমা কুমথরে। লোক্‌ঙ অমুম্না লোমুং ইন্না চংলে। মহুসু থর চংক-থদি চাওরংচাওরবা মুকসাং ঙাক্তা তাম্নরে।" লোক অহুসু পাক-চাওপুনা সুংশোবগী মথোল তৌনা ঈশিং চাইবী ওইনবা তান্না তারে। হুয়িত্তি তাগদৌরে। থর কাথংতুনা ঈশিং চাইবী অহু কোইহৌকুনা

মৈদী মৈনিজ অতুনা মৈবগা, মুমিংচুম্না নমশাঙ শাকপগী অয়াবগা, নিংথর ইমুন মুন্থন্না ইশি শিনা তুমথগ্রে।

পোকথায়বগী অহৌবা থোঙ্গেল অমনা থঙগ্রেক থঙনা মহাকপু মিকপ থঙথোক থোকহল্লে। হৌগংতুনা কম্মী। কনা কুইরবগী তুংদা অমুকম্থু হৌনা পোকথায়রকই। মহাক্না মৈ ওল্লম্বা মুঙ অহু পোকথায়বনি হায়বা থঙলে। মনাকী মৈহু নিংথিনা শেমজিল্লে। ঘড়ী য়েংই। নোংয়াই চবুক লাল্লি। অমুক হিপথরে। করিগুম্বদা অহিংদা চাক্তাবা শানা লম্লানবা লাক্লবসু পোকথায়বগী থোঙ্গেলদুদা কিহুনা চংথিনবা মানা অতম্না থোরাঙ তৌরম্বনি। মরক মরক্তা মুঙ-ঙ্গাওহু মথোল হৌনা চাওরবা লোকম্নুঙ অহু থোম্থাং মৈনা নিনবমথে পোকথায়। অমুক তুমথগ্রে। মুঙঙ্গাওহু পোকথায়বা লেপগ্রে। লুমদাগী থাশিরমদাই থাজনা নোংমদোন পুমঙান ঙানবগুমই। কৌজেং-হারৌগী অয়াকপা থোঙ্গেল নত্তনা অতৈদি তুমথুন তানবগুম তৌই, পুমচিক চিকই, তাদে। অচৌবা-অপীকপা উপালশিং মুশুক-মুশুক তুমিন তুমিন লেপ্লি।

নিংথর অমুকম্থু মিকপ থঙথোক থোকই। অকনবা নোংলৈ-মুংশিত্ত উজাওনা মথোল হৌনা থোংবগা লোয়নবা তেকথরক্তুনা উপাল কয়া নবথায়বা অমদি লৈথায়রবগী মথোল অহু মুম্না তায়। হৌগংতুনা কম্মী। কোরেং য়েংই। অকি তুজুংবা থোঙ্গেলনা লোকম্নুঙ অহু পুম্মিন নিবগুম তৌই। তৌইগুম্বম্নুং মহাক্না হকথেংনরি-বদি লিরি লিরি হুম্বা মালংগী শহুম নত্তনা অকনবা মুংশিংকী শক্তমদি ফংদে। ইঙক ঙকই। মঙোন্দদি নোং মংদনা অথাক-অয়াও তাবগা চপ মায়গ্রে। অত্তুগুম্বা থৌথোক অমুক্ত থেংনরক্তবনা তুজুংবা অমদি কাওই। মনাকী মৈহু শেমজিল্লি। করি থোক্লগবা থম চেক-শিন্না লৈ। মায়োক্লগদৌরিবহু করিনো থঙদবনিনা পুক্নিঙ লৈতাকম থঙদে। ঙাইহাকী তুংদা থোঙ্গেলশিং অহু লেপগ্রে, তাথিজে। মাম্না ঙক্না থঙানবিঙে, মুঙ পোকথায়বিবগী থোঙ্গেল অহুপা মায়বা থোঙ্গেল

লাগুক্লা অমুক তারক্লে। মহাক খনকম-তোকম খণ্ডে। মৈহু শেমং ভিল-শাম্লিগা যড়ী য়েংই। মুমিং খুন্দিংগী হৌগংপগী মতমদি য়ৌরে। অহুবু মহাক মৈনাক অহুদগী হেন্দোক্লুনা নোং শানবা ভাইরগে খল্লে। চাক অকংবা থর ভিংখোক্লে। ভেন্নী মচাহুদা অয়াইবা শা মতুম খর ফুংচিল্লে।

খাজগী মঙালনা লোইরকপা, চিংথৈ কিহুপ হুল্লকপদা মহাক হৌগংতুনা মপোং-মচৈ লোইশিল্লে। মমায়-মমিং তাখোক্লুনা খর চা-খক্লে। অহিংদা তাখিবা খোঞ্জেলশিং অহুগী রাখল ভাইহাক তৌরপা মকম য়েংগে খল্লি। মকমহু খাদোক্লম্লে। তাখিবা খোঞ্জেল অহুগী মপা লাকতুনা চৎবা চৎবা কোয়েং য়েংই। ভৌইগুম্মুং উপাল অমা কাওবা তেকখিবগী মতৌ উবা ফংলে। করিনো থয়া-থয়া চৎপদি লেপ্তে। লোকমুও অহুদগীদি মানা উখিবা খুল অহু উবা ফংলে। অহুবা, লোইরোইননা চীঙমায় অহুদা চীঙয়াঙ তম্না কাখৎলক্লে।

অমুকী অইঙবা লোইরক্লবা, মুমিংকী মৈশানা অহিংগী লীক্লাবু লৈচিন মরক্তা ভিম্হুলনপ্রবা হকচাংদা মুমাংগী ঈরিক কাওরকপা মতমহুদা চীঙয়াঙদি য়োগদোরে খল্লি। উচিন-নাচিয়া থক-থা মুঙ্গায়না চপ্পা পীক্লবা শারম্বী অমা থেংনরে। মানা উখিবা খুল অহুগী মাইকৈ য়েংলগা লম্বী'হু তুংইররে। চীঙয়াঙ নকশিল্লক্লবা অহুদদি খুল অহু উরক্লে। মুমিং তাক্লিঙৈদা খুল অহুদা থুংবা ভম্নবা থর কম্না চৎকে নিঙই। মানা উরক্লে—করিগুম্বদা লোক অহুগী মতুংইন্না চৎলম্লবদি খুল অহু য়ৌবা ওম্বগী রা লৈতে। ওম্ন-ওম্নবা মুঙ্গায়গী চীঙলকতুদা চাওর-চাওরবা উজাওশিংনা মংনা ভাক শেন্দুনা লোকচাও অহু মখোল হৌনা অচাইবা ঈশিং ঈরিক ওইনা চাইথনা চেম্থ্রে। নিংথম লোই-রকপগী কনকাংত্রিবা মুমিংকী মশেক্তা রাংনা তারক্লিবা অচাইবা ঈশিং, ঈশিংগী ঈরিকশিংনা লৈচিন শাইবগুম উরিবা, মচু কয়াগী উচেক-শিংনা ভিম্নত্রবা খোম্খোক্ত খোঙলিবা, পুম্নমক উর-তারগা নিংথম্না থক্লে—ইমমদমসিগী চীঙশাংশিংনা য়েনিং খাসিদা পুক্লিং হুনা ফজবসি করম্না মকমদা অমমুক লৈরমগদবা! অম্নাবা কাওদনা চৎদি।

খোঙশাঙনরবা হমিংখোইশিংনা পাইবগী খোঙজেল অহুনা ইথঙ-খঙহৌদনা থাগী পেনবা নাইরবা মিংথেং অমসুং হুংঙাইরবা রাথল অহুবু থুগাইররে। ইচিং-চিংনবা কোয়েং য়েংই। খোঙ-কাপ্তি লেপ্পে। পীক্রবা শারঙ্গী অহুদা মুঙজাও কয়া থৈ-থৈদুনা চংলক্লি-বনি। লম্বীদুগী থক-থা মুঙ্গায়গী ওয়রবা চীঙমায়নি। খর চহলগদি হমিংখোইশিংনা পাইবগী মথোলদু ঙুং-ঙুং ঙংলক্লে। চপ লেপ্তুনা কোয়েং য়েংই। খোইনা ওমহুনা পাইরিবা অজোমদা য়েংথিবদা উরক্লে —চাওরবা শঙম অমনা লৈচাক হোং-হোংতুনা খোইগী খোইরা জৌথোক লৌথোক্কুনা চারিবদু। নিংথরনা খল্লি—কৈ কিদুনা চেল্লগা শঙম ওইক্লে হায়বদু চপচানা থোক্লরে। খুদোংথীবা লোকী লম্বী অতুদগী থৈদোক্লবা হোৎনত্রা হায়ববু য়েন্না খুদোংথীবা অমা অমুক থেংনরে। করি তৌসিগে খল্লি। শঙমদু করিমত্তা থোশাবা তৌদনা অমুকন্সু থরো থরো ওল্লি। অমুক চংশিন্দুনা লৈচাক্তু হোংলি। খোইরা লৌথোক্কুনা চায়। নাশোন পীক্লা শিংথর থোঙকাপ থর হন্দোক্লে। মুঙজাও অমগী মক্কমদা লুমতুনা শাদুগী মতৌত যুন্না য়েংথোকই। শাহুনা লৈরিবা মক্কম অদু থৈদুনা চংনবগী পাম্বৈন্সু লৈতে। তেনহুনা কাপ্পা তারবসু য়াম্না নকুবা মরম্না অনিরকশুনা তেংগা থোংবা নংলোই, শাহুনা মঙোন্দা ক্রুজিল্লকপনা হানগনি। অকনবা হু চেনবা তেঞ্জৈ ওইরবসু, তেঞ্জৈ অমনা পানবদা পাক-হেক তুগদবা শাসু নত্তে। থাঙশাং অদু পারহুনা লাম্ছেংনবা য়াবা মফমসু লৈতে। খোঙ্কম থজিক্তং হেক শোয়থিবদা ওয়বা মুঙ্গায় মরক্তুদা নাম্বথিজৌরি। ঙাইহাক থক্লে। খোইহিগী মহাউ অহুনা করিমত্তা নাচুংবীদনা শা অদু খোইরা লৌ-শোহুনা চারি।

খুংঙ-খুংলায় মফমচানা থয়ে। তথেম্বাঙ অহুনা অকংবা ই থর মথোন শোকহন্দনা লেল্লে। পীক্কা মপুন অনিশোক্না পুনশিল্লে। নাকেম্বাগী কেনখিবা অকংবা উনা অমসুং অকংবা নাপী-শীঙনা মরকুনা মৈ চুরয়া ই, মপুন অনি অহুনা অমনা লম্বীদুগী মথক, অমনা ম[illegible] মৈচাক পীরে। মৈ চাকপা মকমদদি মশানা খুলশিং হেক্ত। শিংবজিং

খুংফিং থাইমম য়েংলগা অপুঙবা উপা অমমা মৈরী মুংথং-মুংথংতুনা মশাম্বু হেন্দোক্লকপা মৈরীদগী কপ্পনবা হোৎনৈ। মিকুপ খরগী মমুক্তদা অংথাল থোরা মৈচু মৈরী কপ্পা শা অতুগী মাইকৈ তপ্পা চাকল্লে। মৈ চাক্কলগী অরোল অমদি মৈখুগী মনম হেক কৎখদা শা অতু কোয়েং য়োলপ্পগা তপ্লবা মুঙ্গায় মরক্তা লোকথা তপ্পা হোৎখল্লে। চৎকদৌরিবা শগী অতুদগী মৈরী অতুনা লাপথোকখিবা ঙাইহাক ঙাইরে।

মৈ অতুদগী খুদোংথীবা নংলরোই খঙলবদা অমুক থোঙশানবা হোরে। মুমিংকী মৈশানা মেংখরক্লবা মতম অতুদা পাম অমনবা থরদি থেংনরে। খুল অতুমু পংলাপ লাপ্লদি নল্লে। খুনাম তাখিল্লবা পাক্লবা শঙ্গীচু উরগা মী তোয়না চৎনল্লে হায়বদি খঙলে। মতুনা উচেক-রায়া অমসুং থৈরোয়শিংনা মনিঙ তপ্পা মচিঙ্গাক তারি। মুমিং তাল্লিভৈদা খুলতুদা থুংবা তপ্লগনি খঙলতুনা ঙাইহাক কমতুনা চাবা য়াবা থর চারে। লৌরুংতু শায়রোংগী লৌরি চনশিল্লে। মক্ত থর লৌথোক্তুনা ফুরিংথাউদা হাপচিল্লে। অমুক থীমবা তৌদনা খুলতু তপ্পা চংলে। য়েনগুম্না থোংতুনা মচিঙ্গাক থিবা কয়া পাইগন্দবা, লোংতুনা চেনবদি য়ায়া হৈ-শিংবা, পুংকক চাওবা উরেম্বীগুম্বা উচেক মখল অমা চীঙগী অমদা মরাং কায়না লৈ। মীমু কয়া উশিল্লে। পুন্না পুন্না লৈগল্লি। মতুনা চেনবগী মথোন হেক তাবগা নিংথর লুম লুমতুনা চঙশিল্লি। শায়রোং মক্ত অমত্তা মাঙহন্দে। উচেক তান্না তান্না কাপ কাপতুনা চৎপদগী খুল য়োশিল্লকপা খঙহোদে। উচেক মঙা-তরুক অতু য়ান্দুনা খুলতুদা চঙলল্লে। মুমিং তাগদবা থরদি রাংলি। খুলগী মুপীশিংনা ঈশিং শোকপা হয়রকপা মতমতুদা নিংথর খুলগী মীশিং উবদা থুম্লাক-পগী মযুম হংগে হোৎনৈ।

লোইরোইনা তঙ্বা চীঙতুম অতুগী চীঙয়াংদা পাক্তক্লা চৎলিবা লম্বীগী নাক-য়েঙা য়ুম পরেং তারি। খুলগী মযায় ওইরম্না লৈতেম মান্নবা পাক্লপ তৌবা শুমাঙ অমগী নাকল্দা রানা শেম্বা কমকম পরেং লৈ। শুমাঙ অতুগী অরোইবা নাকল্দা উপাক্লা কম্পাক হাবা, ইনা কুপ্পা য়ুমজাও অমা টিক্লা তুমিনল্লেপ্পি। চঙশিন্দুনা রাক্তী কমকম অতুদা

নিংথর তুমিন কম্মী। কোয়েং য়েংই। ঈশিং শোকপা হল্লকপা মুনী-শিংদু হাইকেং হাইকেং মঙোন্দা য়েংলম্লগা তুমিন তুমিন চৎনখি। অঙাংশিং থর শান্নরিবদু নত্তনা অহনশিং ইউ-উদে। ইচিক চিকপগুম ভোই। কনা কূইনা কয়ে। মুমিৎ হেক তান্নকপদুদা পুংকক চাওবা মুপামচা অনিথক নিংথরগী মনাক্তা চঙলক্তুনা করি করিনো হংই। অদুগা য়ুম অদুদা পরপ পরপ চঙখি। ভাইহাক লৈরগা মথোঙ নামা শোয়বা অহল অমগা থোকমিন্নরকই। রারী শানরবা মতুংদা নিংথরগা পুন্না ইমুঙদা চঙমিন্নরে। মথোঙ শোয়বা অহল অদু খুল্লাকপা ওইরম্লে। নিংথরনা খুল্লানবগী মরম অহল অদুদা থঙহল্লে। লৈশাবী অহমসু চঙ-লকই। মথোয় ইকোয় কোয়না ফুঙ্গা অদুদা ফমদুনা রারী শান্নরি। লৈশাবী অমদি মরাইবক থীরবা খুল্লাকপা অদুগী মচানুপীনি। লৈশাবী অদুনা ঈশিং অশাবা পীতুনা নিংথর ইরু-মাইথঙথোক্লে।

ইনথংলকপা, চুং-ফিরাল চানা-চেকশিন্না ফজরবা নিংথরগী ফিবমদু য়েংলগা লৈশাবীশিং অদু করি করিনো চিবোন-চিবোন ঙাঙবৈ। পাখঙ অদুনা লীরিবা রারীদু মুন্না তায়। লৈমা য়েংলিঙৈ খুমু কায় হায়বদুনি। লৈশাবীশিংদু পুম্মুন মুনখিদুনা মথোয়দা থোং-নবা শিন্নবা উচেকশিং অদু ফাওবা কাউথোকলুরে। মপানা উচেক্তু নিংথিনা থোংবীতুনা পাখঙতবু পীজ-পীথক্লবা হায়রকপদুদা মথোয় মশেল য়েংনরগা থিক থিক হেক নোকমিন্নৈ। রারী শানা শানা থোং থাকপা লোইরতুনা চামিন থকমিন্নরে। ভাইহাকী তুংদা পাখঙ অমা লাক, অহল অমা লাক, ইমুঙদু মী কনা য়াম্না ভিল্লে। নিংথরনা মনেগী মমিং মথা হায়দুনা থঙবা-লাকপা য়াওব্রা হংই, ঈশিং মমুঙদা লৈতুম থাদবগুম কনানসু হোয়-মায় হায়নরক্তে। খুল্লাকপগী মথোঙ শোয়খিবগী মরম নিংথরনা হংই। মরাম অদু য়ৌ য়া, য়ৌ-য়া লোনগা ভিন্নরে, নিংথর মথোং মরম থঙদে। তাকম থঙদে। চারম থক্রম, তুমকম-হিপকম থঙলক্তবগা, থর ফজনা চাশিল্লুবগা, মৈনিল অদুনগা য়ৈবনে অমসুং মাগী তুম্বগী মতমগা য়ৌরকপনে নিংথর মমুন ফারবা কেল্লমদাইগী উহৈগা পাংথক ওইরে। মতৌদু উবদা লৈশাবীশিং অদুনা হিপকম শেন্নীতুনা পোংথাহল্লে।

# ৫

# লৌশিংনা শামু কায়

অহিংগী অচিকপবু শীঙনহুনা য়েন লাবশিংনা য়েনথোং তোয়না, খোম্থাং মৈনা খোংলকপদা চীঙমায় অহু পুম্মিল নিল্লি। হৌখিবা মুমিদাংদা শানখিবা রারীদা য়োংমানবা, শাহিং চাবা শা অমনা থুল্লাকপা অহু মখোঙ নামা শোইনাইহনখিবা, থুলহুগী মুপা কয়াবু হাং-তোকপীখিহুনা মখোং কারক্লিবী মুপী কয়াবু লুপ্পা ওইহনবীহুনা পীক্লিবা মচা য়েংহুনা মমিংকী পীরাং কংব্রিবা অমম্তুং শোইনাইহনবীরবা মুপা কয়ানা নিঙবা কায়না হিংলিবা, পুম্নমকতু থল্লুবদা নিংথৌ শোর ফুনবগুম তৌই, মুংঙাইতে। শাহুগা শীঙনরুবা অমত্তা ফিবম চানা হিংদে। হাং-তোকপীখিবনম্তু অয়াম্বনি। অহুনা মুপাশিংনা নোংমৈ পায়হুনা চংপা ফাওবা কিনরে। নিংথৌ শা অহুবু অমুক্তংদি য়েংনিঙই। মাবু হাংপা ঙম্নবদি খুজাশিংহু ঙমথৈ নৈতনা হুরাওজগনি থল্লি। খেংথ্রগনি থন্দুনা হৌগংলে। মমায়-মমিং ভাথোক্লে। মাগী ফিজোল শেং-চিন্দুনা থাঙশাং অহু পায়হুনা খোরক্লে।

লৈচিল-নোংকাই থাংব্রবা নোংমদোন 'থক্তা মেঙলবা মঙালদা থাজনা খোঙনেৎন, অয়াকপা জুমিংকী মঙালবু ফিজহুনা লোংকদবগী নোংচুপ চীঙদোন জল্লি। মাহৌ ঙনবী লৈশাবীশিংগী হৈ-হৈ হায়বা

থৌও শৈহেকপক্তা গুক্না তাম্থা পীত্তুনা নোংঙাল্লমদাইগী অচিকপবু থুগায়রী। মতা ফরবা ওমাঙ অত্তুদা নিংথর শাম্নবা হৌখ্রে। য়াক্লা য়াক্লা অমুক-অমুক মানা লাউরকপা খোঞ্জেলশু তাবদা থুঙ্গাশিং মিকপ থোক্লরে। মিহুন চেঙুম-চেঙ্গানরিউঙ শমকুদা তারিবা খোঞ্জেলশু করিনো থন্নরে। হৌগৎনহুনা তুমিন-তুমিন য়েংলৈ। শাংলবা-লংলবা থাঙশাংগী জগোইহুদা থাজগী মঙালনা য়ৈবদা নোংথাঙ কুপ্পগুম তৌরি। মনমদা শম পুহনা ঈশিং শোকপা থোরক্লিবী লৈশাবীশিং কুক্লগুম য়েংলৈ। নোং ঙাল্লক্লবা অত্তুদদি থোরক-থোরকুনা থুঙ্গাশিং য়েংলৈ। কনানা হায়—অঙাওবরা? কনা অমনা হৌদোং তুরেল কুমদব নদি খঙলোই হায়। য়েংলৈ। ইঙক-ঙক্লবসু য়াওই। চিবোন-চিবোন, মুগুক-মুগুক অমগা-অমগা ঙাওলৈ। অঙাওবা মশেল নম্বো পোনৈ হায়বত্তুনি। তৌরিবশু করিনো থঙনদবনিনা কনাসু মেন মান তানদে। শাম্নফম থোকপা শাম্নরবা মতুংদা রাগী ফমফম অত্তুদা ফম-হুনা পোংথাই। পাথঙ মচা অমা-অনি কৌশিন্দুনা য়েরুম-লফোয় থর লৈহল্লুরে। লফু মকক শাংলপ তৌবা অমা লৌমিন্নরুরে। লীরুং-তেন পুথোকুনা ঔরাইরে। থুল্লাকপশু মথরায় য়াওনা নিংথরনা তৌ-রিবশু য়েংই।

পল্লেপফম থঙদবা রাখল অমদা নিংথর ঙাইহাক তুমিন ফম্মী। থুল্লাকপা অত্তুনা লফোয় অমুনবা থর মঙোন্দা পী। মচান্নপীদা অফুৎপা য়েরুমশু পুথোরক্লবা হায়। নিংথরদা য়েংলগা য়াম্না নিঙমদনা হায়রকই

—ইচান্নুপা! নঙ ঙসি চৎলগে হায়ব্রা?

—উম! ইপা! ঐথোয়গী একজামিনেসনগী রিজল্ট থোকত্রিঙেদা ঐগী ইনে অশু কংননবা থিগদৌরিবনি।' অত্তুনা মতম লৈতবনিনা চৎপদি চৎনিঙলে। অত্তুবু অমুকসু ইপাখোয়—থুলগী মীশিংনা রাবসি উরপা পুক্লিঙসি হুৎঙাইতে। ঐনা ঙবা মতেংদি য়াম্না শাংনিঙই। অত্তুবু ঙমগাদ্রা থনবসিনি। শম্না অত্তুবু অমুক্তি য়েংনিঙই। মাগী মাহেৎনবা ঙমগদ্রা থনিঙই।

রারী শানবতু মথবার মাওনা তারবা হুকামচা অমনা কল্লপা হায়রকই—

—ইয়াম্বা ! ওথগনি। শাত্থ নঙগী লেংবানওন্নদা বাংগনি। অতু—, মথোঙ-মথুং অতুদি চাওথ্রবনি।

—"ইনাও" ! নিংথরনা হংই—নঙদি কররা উকবনো ? "শা অতু মুপা অমত্তন্থু উবা মাদে য়াম্না শাওই হায়বতুদি ?"

—ইচেশিংগী মরক্তা ঈশিং শোকপা চংপগী হল্লকপদা উবনি। হুমিং থোকপগী মতমদা মানা মুত্তজ্বাওগী মথক্ত চেং-চোংত্থুনা শায়বতু ঐনা তুমিন হয়ান্দূনা য়েংবনি। ইচেশিংনদি ঐবু চৈথ্রবনি।
নিংথরনা ফাগী ত্তৌতুনা অত্তাংতুদা হায়—

—মাগা লান থেংনবদা ঐন্না ওমগক্সবে ? মানদি ঐত্তোন্দগী য়াম্না হেন্না কল্লমগনি। য়োংগুম্না য়াম্না হৈ-শিংই হায়বতুদি— ?

—হৈস ! ইয়াম্বা ! নঙগী থাঙ হাইবতুদা মাদি ঙাওগনিদা। অতু— ইয়াম্বা ! য়োং হিংচাবতু হৈবদি হৈএ। মানা চাঁও কাবা, উ-কাবসিদি হৈথ্রবনি, য়াম্না থূনা কাবনি। কনবস্থু কল্লে। মুও অচৌবস্থু য়াম্না লায়না ইস্থোকপা—লংবা ওম্মীনে।

—ইচাম্মপা ! মুপামচাসি ঐগী ইনাওম্মপাগী মচানি। কন্না ভিনকি-লাইকিদবা ওইনা তৌই। মথোং কয়া চাদবা অত্তাংনি।

—ইপাহল ! ঐগী পুক্কিঙসি য়াম্না মুংঙাইতবনি, য়াম্না শাওবনি। মানা ঐগী ইপাবু হাংপীবা অতুগা ইপাহলবুস্থু থোঙ থুদেকপীবা, ঐনা পাথঙ অচৌবা ওইবা মতমদা মাবু শোইদনা হাংকনি। ইপাগী লুথা থাগনি। মানা ত্তৌবতু ঐস্থু হয়ান্দূনা য়েংথ্রবনি। মাস্থু হয়ান্দুনা মুওগী মরুমদা, উগী মরুমদা মীশিংগী মত্তৌ য়েংবতু ঐনা থওথ্রবনি। অওনবগী মীনদি মাবু মপান্দা থোক্তবওম মিওবনি। মানা মশা হুক্তাইবা, মপুক হর্রাওবা হুমিওদি অতুক অওনবদা, হুমিং তাবা মত্তাকা চোং-কল্লুনা, থরো থরো ওন্দুনা শায়বা ঐ উথ্রবনি। মাগী মুং-শাবা অতুগী মথক্ত লৈবা অওবা মুঙায় অতুদা লোংলগা হয়ান্দুনা ঐনা মাগী মত্তৌ অতুম-লেংবনি।

—ইপা ! শা অঙুদি করর-করগ্না মতমদা থোকনি ?

—মানা মপুক লাম্বা মতমদা অহিংদা কম্না লাওবগুম্না থোংলকনি। অমুক্ত মুপীশিংবা মেন অচা-তরক পুঠুনা মাগী মুমশাবা অতুগী মনাক্তা পুনশিন্দুনা থমগনি। মানা থোংবগুম্না অহৈবা মুপী অমনা থোংগনি। মতু তারগা শা অতু মপান্দা থোকনি। মাবু হাংননবা শেম-শাবা মী লৈত্রে থঙলগা মেনতু লৌবা লাকনি। নোংমৈ পাম্নবা মীশিং লুমতুনা লৈরে থঙলবদি লোংতুনা মেংগনি, হাংননবা তৌরকনি।

নিংথর মুম্না তাশিল্লি। থল্লি—শা অতুগা লাম্হেংনবা হায়বসি হিংবা নত্রগা শিবনি। মানা ওম্নগনা থুঞ্জাশিং হরাওবনা লুতোন থুমগনি। অতুগা মায়থীবা হায়বতুমদি মহাকীদমক্তি শিবনি। নিঙ-শিংলকই মাগী মপানা হায়থিবা—য়েকুববু কিবা হায়বসি মায়থীনবগী অচৌবা মচাক্লি, উশিংমজ্রবসু মায়থীনবগী মচাক্লি। য়েকুবসি য়াম্না কল্লি, হৈ-শিংই, মত্তোকরম্না থেংনরগা মাবু মায়থীবা পীবা ওমগদগে থম্না য়াম্না হৈ-শিংনা থেংনরবদি শোইদনা মায় পাকনি। নিংথরনা হংই।

—কৈদৌঙৈগুম্বদি শা অতু থোক্লকনি, ইপা ?

—ওরাংদা মাগী চাকথা পীবনি। মুমিং অনি-অহুমদি লৈথিগদবা মাল্লি।

—অতুদি ইনাওশা ! ঐথোয় চাক চাথোক্লগা মানা লৈবা মকম অতু তুম্মিনা মেংবা চংসি।

—চংসি ! চংসি ! ইয়াম্বা য়াওরবদি করিন্সু কিদেদা। ইয়াম্বসু কিরুগন্দ্রা।

অমুক্তী চাক চাবা হেক তোকপগা পাঙ্গঙ মথাম্‌ল্লাকুনা থুম্নাকপগী ওমাঙ অতুদা "চংসে ! চংসে !" হায়তুনা য়োয়াম্বায়্না লাওলয়ে। নিংথরসু চাকচা তোত্তুনা নিংখিনা মখুম পানবা থাঙশাং অতু মখজন্দা য়ানশিল্লে। মথাংদা কথেম্বাঙ য়াল্লে। লীরুং-জেন পায়তুনা থোরক্লে। মানা হায়,

—ইনাওশা ! ইয়াম্বশা ! ঐখোয় মকম অছু হেক য়ৌবগা রা কয়া ভাওলোইদবনি । ঐনা ভৌসি হায়বা খবক্তু ঐখোয় তুমিন তুমিন ভৌমিয়সি ।

য়ানরছুনা মখোয় চংমিয়রে । মখোং ছুক্রবা পাখঙমচা অছুনা মখুৎ থিন-থিন্দুনা শা অছুনা ভৌবা মওং-মতৌ অমদি মকমশিং নিংথরদা তাকই । রারী শান-শান লাকপনা মকমছু য়ৌশিল্লক্লে । মুঙ্গায়গী চীঙশা ওইনা ভৌবা, য়োং হিংচাবছুনা লৈরিবা শুরুং অছু লাপক্লা মমি-শামি উই । মখোয় লেপ্তুনা অছুম চঙশিল্লি । নিংথর কোয়না মুন্না য়েংথোকই । মুপীশিংনা চাকথা পীবা মকম খঙলে । মছুদগী মুঙজাও অমদি মুঙ্গায় মরক্তা থর কাথংলগা শুরুং অছু লৈ । তশেং তশেংন-মক্তি উবা ফংদে । চাকথা পীকম অছুদগী থর চংথরক্লগা লৈতেম মান্নরপ্পা পাক্তক ভৌবা মকম অমদি লৈ । মকম'ছু নত্তুনা শা'ছুগা লাম্ন্থেংনবা য়াবা খুদোংচাবা অতোপ্পা মকম লৈতে ।

তারিবা মুঙশিং অছু লোথোক্লগা লোক্রোম থংবা নাকন্দা নিংথরনা ইপ্নছুনা থম্বা হোই । অছুন্না মখোয় ময়াম চঙছুনা তুমিন-তুমিন মকম অছু শেংদোক্লে । মুঙ ময়াম অছুগী মরক্তা শা'ছুগা মায়োক্নবা রাগনি ফায়বসি মাগী রাখলনি । মরমদি মকম অছু শাছুগীদি হৈনবনি । মুঙশিং অছুম্ন মাগীদি হৈনবা খুৎলায় ভাক্লি । চীঙগী নাকন্দা লৈরিবা মুঙজাওশিং'ছু পায়ছুনা নোম-নোমছুনা য়েংই । মপুক্লিঙদা লান অছুগী-দমক চপ-চানা শেম-শারে । মাগী অনিঙবা অছু মপুঙ ফারবছুদা মখোয় হল্লসি হায়নরে । পাখঙ মচা অছুনা হায়—"ইয়াম্বা ! ঐঙোন্দা নঙগী শায়রোংগী মন্ন পুহনবসিদি করি ভৌগনি ? ঈশিংখোং থংবা উমংদা চংলগা উচেক-খৈরোয় ফাসিনে ।" মখোয় ময়াম লাঙ-লাঙছুনা নিংথরবু হোইছুনা পুরে ।

হোদোং লৈত্র উচিনা মখে লাংই । মতম কুইনা লোইমচিংবা পায়ছুনা শা-উচেক ভানবা থিনছুনা ভৌবরক্লমছুনা শা-উচেক্তি মরাং কায়না অমম্নুং মনিঙ ভৌনা লৈরে হায়বছুদি চুয়ে । খৈরোয় অমম্নুং

উচেকশিং অমু মখোয়দা করিগুম্বু তৌবীরবা অহুবা কনায় থৌশা-রাশায়ে। পাখঙশিংন অমু উপা য়ান্থুনা মথুংচাবা লংকনা থুংলোয়গদবা মওংদা মাগী মাগী চানবা করুগা কাওদেন অহম/মরি লেময়ে। নিংথরমু মাগী লীরুং অহু শায়রেংগী লীরি চনশিল্লে। ময়ায় অহু শা-উচেক থিবা হৌনরে। হুমিং ভানিং-তানিং তৌরকপহুদা অচৌবা মথনগী থৈরোয় অহুম অমসুং অচৌবা উচেক, রাবা মঙা কারে। হয়াও হরাও হোই লাউহুনা হল্লক্রে। থুল্লাকপগী তুমাও য়োবদা মখোয় ময়ায় নিংথরবু কোনবগা থাঙ্গৎপগা হরাওন্মুংঙাই ফোংদোক্লে। চেং-চাক থোরাং তৌরে। ইক-মাইথঙখোক্লগা নিংথর শাক্লেন তৌবা হোৎলে। হয়ুবা অমসু কমহুনা মথরায় য়াওনা য়েংই। মানা পাখঙ অমদা হংই—
"পাখঙ অসিনবু মাগী থঙ অশিনা য়োং হিংচাবা অত্তুবু হাৎপা ঙমগ-রনে? নোংমৈ শায়হুনা চৎপা মী কাওবা অতুক য়ায়া হাৎপ্রবসিদা—!"
"ইপু!" পাখঙ অহুনা থুম্মী—"খোংলগা থঙবা হায়বহুনি। ইয়াম্বা 'সিনা থাঙ হায়বসি য়েংবদি হুংঙাইবনি। মাগী মশা অসি য়েংলবদি য়োং হিংচাবা অহুনদি মাবু ঙম্লোইদ।"

মথংগী হুমিংতুমসু ঈশিংদা লৈতুম থাদবগা চপ মায়প্রে। শা অহু মনা মনিল নাইদে। নিংথরদি লৈতাদরে। অকরুবা মতমগী মসুঙদা মনে অহু থিগদৌরিবনি। চাকঙন চাখোক্লরগা পাখঙশিংতু 'থৈরোয় কারুসি, উচেক তাল্লুসি' হায়হুনা খোইরেন মশা পাইনরে। অমনা লীরুং পুখোক্লক অমনা অমা পুখোক্লক পুল্লাও লাঙই। নিংথর হায়কম-তৌকম থঙলকত্রহুনা উমং মাইকৈ পাংমিয়রে। থুল্লাকপা অমসুং মচামুপী রারী শানহৌই। মচানুপীনা হায়রৈঞ্জ—

—ইপাঁ! মশক মশাসু নিংথি-হুংঙাইনা থঙত্রিবা পাখঙ অসিনা ভমথীবা শাঁ অহুগা লাম্হেংনগদৌরিবা অহু ঐদি থরায় য়ায়া রায়। মানা ঙম্নবদি কৈ। শা অহুনা শাওহুনা মাবু হাত্তোকপীগ্রবদি—, ইমা! ঐখোয় কল্লি-তৌগনি ইশা?

—ঐহু করম খোকনা থনবদা য়ারিবনি। করমা ঐকোয়না মাগী মক্তেং পাংহুনা ঐখোয় পুন্নমকী অয়াকলি কোকেদ্রে থল্লিকলি৷

ওসিদি খুমিদাংবদা খুলগী মীশিংনা না তানগনি। মীশিং তৌগদু হায়বনি। অদুবু ঐখোয়না রাবাসি উরদা মার্বদি খুংডাইদবনি।

—ইপা! হন্দক চাকথা পীবা চংপসিদি ঐন্দু খাওগে ঐন্দু ঐনা ওম্বা মতেং ইবুংগীদমক পাংগে।

—নঙনবু করি মতেং পাংবা ঙমগদ্রা?

—ঙম্বা লৈগনি। তরাগী চৈঙনা লেংথোং কায়, হায়বত্তুদি ইপা?

ইমুঙ খুদিংগী রাজীনি, নিংথরগী মতেং লানফমদুদা কমদৌনা পাংসিগে হায়বসি। খুমিদাংদু পাখঙশিংগা চামিন-থকমিন্নরে। খুলগী মীশিংসু লাক্লে। ময়াম থন্নে। নোংমৈনচিংবা খুংগং-খুংলায় পায়বা মী উরে, শা অহুনা খোকপা অমা তৌহুনা হুরান লান্নাদা হাংনবা তৌরকপি হায়কসি ময়ামহুনা খঙনরবনি। মহাক্কী মতেং পাংবা হায়বদু, নিংথরনা হায়ৈজ লাম্হেংনবা হেক হৌবগা ময়াম লাউং-খোংহুনা মকম অক্লা চেনশিল্লকদবনি। খুংগং-খুংলায় পায়বগী কায়বা লৈরোই। মতুংগী মমাঙ কাওবদি লাপ্পা শা অহুনা উরোইদবা মকমদা লোংহুনা লৈগদবনি। লাম্হেংনবগী পাউমি চাকথা পীবা চংপা হুপীশিংনা পীগনি। রাকক থরহুকগী হেন্না করিসু নিংথরনা হায়কে। অহুন্না থল-থরনা কোংমা নিনি হৌজিনগ্রে। নিংথরদি চাসি কদায়, হন্দোকসি কদায় হুংনাংবনা লৈকম চাকম থঙগ্রে।

খুমিং খুদিং, মামা মিকপ খোকপা মতম অহুমক্তদা কন্না লাউবং-শুন্না খোংবা, খোম্হাং মৈবা, অকনবা শাফু য়াওবা খোঞ্জেল অমা তায়। মতু শা অহুনা খোংবা শোইদনা ওইরমগনি হায়বা নিংথরনা থল্লি। ভাইহাক ভাইহাক লেপ্লগী অহুম মরিরক খোংজন্নগা হুমিল লৈগ্রে। খুমিলাগ্নিবা চীঙমায় অহু পুমচিক চিকপাঙম তৌগ্রে। মা নিংদোল শিং শিং চোংই। খুরাকপহু হৌশংঙগা মচাহুপীদা করি করিনো না থর হায়কপা খোকহুনা তাখিক খোজেলহু শাহুনা মাগী চাকথা লৌখিবনি হায়না নিংথরনা হায় "খুলগী মীশিং হৌগদ্রে"। লাই থুরৈ। নিংথরসু হৌশংহুনা হোৎনবা লোইশিন্নে। খুমিংহুমদি

অহোক কুইবা শান্নরে। অমকাইশঙ্কেকম চানা চানা মপুরিক্তদা লাইরোং লিল্লি। লৈশাবীহুনা চাক থর, মেনমচা অকুংণা ত্তম্না পীজরে। চাকথা বিনগদবা মাঙজোননা শীরখিবা মমিং মবা থর শিংবী লৈশাবী অহুম অহু য়েন তরুক-তরেং পুহুনা লাক্লে। নিংথৌর মফি-মরোল নিংথিনা শেংচিল্লে। থাঙশাং অহু লুতুংদা থাঙখোক লোংনা নিংথিনা য়ানশিল্লে। তেল্দোং অহু য়াম্না লায়না অমস্যুং থুনা লোথোকপা য়ানবা য়ানশিল্লে। ফিজেৎ অহুগী মথক্ত মুপীগী ফিজেৎ শেংচিল্লে। ফি অমা ইল্লে। তথেস্থাঙ অহু খুল্লাকপীগী মচানুপীদা পায়হল্লে। লীরুং অহু তেনগী লীরি চনশিন্দুনা পায়রে। মথোয় লাই খুরুমহুনা শা অহুগী লৈফম তম্না থোঙশাল্লক্লে।

ঙল্লিবা অযুক্তি। কোরৌগী ভাঙলৈনবা মশেক্তা নোংপোক মাইকৈ ভাক্লকপদা মঙাররি। থোঙকাপ থুনা থাংহুনা, চংনা চংনা নিংথরনা লৈশাবীশিং অহুনা তৌগদবশিং ভাকই। খুল্লাকপগী মচানুপীহু মুল্লা ভায়। চায়না পুঙ ওটপে খল্লিবা মকম অহু য়ৌরক্লে। মকমচারে থনথুবা মুঙজাও অমগী মরুমদা লীরী চল্লবা লীরুং অহু থুদোংচাগদবা য়েংহুনা ভাশিল্লে। থুংশিং থুনাঙ্খোক্ত পায়খৎতুনা শিজিল্লবা য়ানবা য়েংহুনা তথেস্থাঙ অহু নাকন অমদা থয়ে। চাকথা থমকম মুঙপাক অহু য়ৌকাংত্রিউদা মথোয় পরেংশানা লেপ্পী। লৈশাবী অনিনা য়েন মপুনশিংহু পুরগা মুঙপাক অহুদা থম্মী। লেপ্লিবী লৈশাবী অমনা শাহুনা থোংবগুম্না হম্না হম্না থোংই। লৈশাবী অনি অহুসু হম্বরক্লগা মথোয় তুমিন তুমিন পরেংশানা লেপ্পী। নিংথৌর কোয়রৈ লৈহুনা য়েংথোকই। কিবমহু মুল্লা য়েংথোক্লবা, য়োং ছিংচাবাহু মুঙজাও অমগী মথক্তা ফন চোংথংলকই। মুরৈনবা মতুনা জোম-জোম্নবা শাহুগী লংলবা মমিং অনিহুনা মথোয়দা শংত্রিক য়েংলগা হয়াওল্লা [illegible]। কোরৌনা তরং তরং থোক্লকপগী ভাঙলৈনবা মশেক মঙাল[illegible]গী মথক্ত লেপ্লিবা শা অহুগী ফজবা কিবম উবদা নিংথৌর কল্লবদা কাওই। মাঙ্গি চাকথা অহুদা অমুক শংত্রিক য়েংই। থর চংথরগা লেপ্লিবী লৈশাবীশিং অদুনা

মখুং হাইবদ্‌ য়েংলগা শা অদ্‌ হরাওনা মথবাক্তা মখুং অনিনা পুদ্‌পপুতপ মৈতুনা চুওথকুনা কন কন চোংই। শা অতুনা তৌরিবতু হরাওরিবনি হায়না লৈশাবীশিংতুনা নিংথরদা তম্মী।

চুওজাও মথক্তুদগী কন চোংথতুনা, মাগী চাকথা তম্না তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই। লংলবা মমিং অনি অতুদি মথোয়দা থম্মী। মথোয় মখুং হাই হাইতুনা তুং হম্না কুমথরকই। শা অতুনা চাকথা অতুদা মিংয়েং হেক থমথিবগা নিংথর মমায় হুং লৈথোক্লগা মাগী লীরুং তম্না লাকই। থুল্লাকপগী মচান্নুপী অতুনা শা অতুনা তৌরিবতু মঙোন্দা পাউদম্মী। শা অতু মাগী চাকথাতু মখুং অনিনা পায়থংলগা হরাওনা থোংই। মমায় লৈথোক্তুনা শুরুংদ্‌ তম্না চংপা হৌই। শা অদ্‌গী ফিবম লৈশাবী অদ্‌দগী হেক থঙবগা, নিংথর থুংলৈ থুনা মথক্ত শেংলিবা ফিজোন লৌথোকই। খুদক্তা মাগী লীরুং পায়দ্‌না হু হাপ্লবা তেঞ্জে অমা তেঙ্গা থোংই। মাগী ওমজবীদা লীরি চিংদ্‌না শাফু কম্না তেঞ্জে অদ্‌ শাদ্‌গী মনঙ্গন্দা থাজিল্লি। অনিশুবা তেঞ্জে অমা তেঙ্গা থোংনবা শেম শায়। শাফু কল্লবা তেঞ্জে অদ্‌না শাদ্‌গী মনঙ্গন্দা য়ুংই। শাফু কল্লবা, হু চেনবা তেঞ্জেগী চৈনা হেক ফংবগা শা অদ্‌না কম্না থোংবগা লোয়নননা নিংথরগী মাইকৈরোমদা ওনশিল্লকই। মানা তৌরম্লিবা মতৌ অদ্‌ উবদা শাওরবা শাদ্‌না য়েন মপুনশিং অদ্‌ নিংথর তম্না কম্না লংশিল্লকই। খুদক অদ্‌মক্তদা নিংথরনা হায়বগী মতুংইন্না লৈশাবীশিংদ্‌ য়াওনা চেন্থখ্রে। শাওরবা শা অদ্‌ মখুং অনিনা মথবাক্তা ফুরদ্‌না নিংথর তম্না চোংশিন্নবা হোংলৈ। শরক অতুদা অনিশুবা তেঞ্জে অতুনা শা'তুগী থজিন্দা থাজিল্লি। মতুনা শাওরবা শা অতুদদি অচাকপা মৈদা ইকং হুজিনবা ওইনা থোকখ্রে। হেন্না শাওই। মমিং অনি ঈ কারবা শা অতুনা তেঞ্জে অতু শং শত্তোক্লগা মখুং অনিনা পেত্রেক-পেত্রেক থুদেকই। নিংথর তম্না লংশিল্লকপগা লোয়নননা য়াম্না য়াওনা চোংশিল্লকই। মাওজৌননা, "মথংগী তেঞ্জে অমা কাপ্পবগী মতম কংলয়োই" থগুলবা নিংথর, থাঙশাং অতু শংতুনা মমিংমতা চোইদনা শা অতুগী ফিবম মুক্তা য়েংলগা অচেৎপা কাইতুনা লৈ।

পাইখঙম্না য়াঙনা চোংশিল্লক্লিবা শাওরবা শা অহুমগী মিংথিজনা লৈখোকই। থোঙকম চেংনা লেপতুনা থাঙশাং অহুম্না য়ামবগী খুদোং-চাবা য়েংই। লাম্না অনিমক মমিং কুপ্পদে। তাঞ্জা য়েংলগা নিংথরনা লৈতুনা চোংলগা শাহুগী মমায়দা কাওনবা হোৎনৈ। মথুংনা শাহুনা নিংথরগী শাফু কল্লবা মখোঙ অহু ঙাকুনা ইশ্নোক্লকই। তারকপদা মা মুঙজাও অমদা য়ৈগদবা থজিক্ত য়াৎলি। থাঙ অহু হাইতুনা চোং-শিল্লি। শাফু কল্লা য়ানশিল্লি। তপ্পা পাকথতুনা লৈখোকখি। শা অহুগী হৈ-শিংবহু উরগা মহাক য়াথল অমা থল্লক্লে। পরপ পরপ্পা অঙম তাম্নকরবদি শা অহুগী মথুত্ত মায়থীবা য়াই থল্লে। অহুনা শা অহুদগী মশাবু কজনবা হোৎনরগা হুগী মখায়না মশা চোকথরকপা ঙাইরগে লেপ্লে। শা অহুনস্ত থাঙশাং অহু মুল্লগা থুদেক্লিংবগী মতা-গুম, ফাননবা কল্লা হোৎনৈ। কনা কুইনা লাক্লরক্লে। অমনা অমবু লাকচবা ইঙম ঙম্নদে। নিংথরনা লক লক্লতুনা শাহু শাওহল্লি। শাওর-শাওরগা মা হেন্না হেন্না চোকথরকপগুম তৌই। তাঞ্জা য়েং-য়েংতুনা নিংথরনা কল্লা কল্লা লান্দাশিল্লি।

খুলগী মুপাশিং, লাল্লোং খঙলবা পাথওশিং অহুনা লমজিংতুনা চাইনাপুঙ অহু তম্না চেনথৎনরকই। উফুল হোনা লাম্নেংনরিবা অহু হেক উবগা খোম্নোক অমত্ত ওইনা লাউ-খোংতুনা ফুজিল্লকই। তাথোক-তনা তাবা খোঞ্জেল'হুদা শা'হুনা ঙকচাননা থংয়েং য়েংখোকলুই। মহুগী খুদোংচাবা লুমহুনা য়ৈরিবা, কৈগী শরাক কাওক্রিবা নিংথর, থুংলৈ থুনা হাইতুনা থাঙশাং অহুনা শাহুগী শিংলবা মথুং অনি অম্ল শাবীনা শোকহল্লে। মানা থঙই মহুদি শাহু তুবু তুপ্রবদি হুগী চৈনানা অমুক হোগৎলকপা য়ারগনি।

শা অহু হেন্না হেন্না শাওই। মকইজাংয়রুল কোইদৎপা ওইনা খোকই। হেন্না হেন্না মশাকল শোম্বরক্লবগী শরাক ওই। খায়া লক্না মীরাম'তুনা কল্লা কল্লা লাউশিল্লকপদা চোকথরবা শা'হু পাখৎপা অমা য়াওরক্লে। মমায় লৈতুনা চেনিরজলকপগী মতৌহু নিংথর উই। শরক

অহুগী থুনোংচাবা লৌহুনা থাজশাং অহুম শান্নু কন্না শা অহুগী মমায়দা য়ানশিল্লি। হুগী চৈনা থাজবদা বারকবা শান্নু মমাক্কদা লোকপা অহুনদি ঙাওহুনা কোয়চেন চেল্লি। কন্না কন্না লাও-খোংহুনা মখুং অনিনা অশোকপা মমায় অহু পায়রকপা লৈমায়দা তুখ্রে। লোইদনা শিন্নগনি থজনবা শা অহুনা মহাক থুংলাই অমুক থাজ্রে। মতৌহু উয়গা নিংথন্ন মপুন্নিঙদা হুংঙাইতবা অমদি কাওই।

থাঙগী অমসুং হুগী চৈনা থাওহুনা লৈমায়দা থরো থয়ো ওল্লিবা, য়েক্কবনা লাঙ্গোয় চল্লবা শান্নু কল্লক মমাও চাং তারে। তমথীবগী পাঙ্গল লোইরবা শান্নু তম্না মীয়ামহু ফুজিল্লকই। মপা হাংথিবা কনান্না থাওনা য়ানশিল্লি। কনানা তানা থিনজিল্লি। কনা অমনা মখুং অনি থাঙ্গংতুনা কল্লক পেন্না লাওই। ময়ামহু অহুম্না তৌদনবা নিংথন্ননা কনা থামজৈ। কনা অমত্ত তাবিদে। হুয়ানবগী তয়ানি, মপুগী নোংমা হায়নবগুম্না মতম শাংনা হুয়ান-লাম্নাদা নিংথৌগুম্না লৈরম্বা শান্নু, মাবু শিঙহুনা লৈরম্বা কয়াগী মথুংতা তাবগী হুমিং গুখ্রে। লেঙজবা কাওবগী পাঙ্গল লোইখ্রবা শান্নু ইকুই কুইদনা হুনা মশা পুম্বা থুমহংতুনা তুমিন পোংথাখ্রে।

থুংগু-থুংলাইশিংহু নিংথিনা লোইশিন থমজিল্লে। মাগী পুন্সিগী অহানবা মায়োক্কবগী লানকম অপা মায়পাকপা অহুগীদমক্তি নিংথন্ন হুংঙাইবা কাওই। তৌইগুম্বসুং, কজখ্রবা শা অমা মাঙহনথিবা অহুগী-দমক্তি য়াম্না হুংঙাইস্তে। ময়াম অহুনা পাবোং শেমহুনা শা অহু পুনবা শেম-শারে। দোলাই তনশা শাগংতুনা নিংথন্নবু নমহুনা তোংহল্লে। লম্বা অনিহু তুংথ-মাঙথ লাউ-খোহুনা থুন তম্না পুথয়ক্লে। লৈশাবী ময়াম্না মাঙ থারহুনা য়েক্কম অফুংপা, য়েন অফুংপা, লফোইনচিংবা খেন্দুনা খুন্নাকপগী গুমাঙ'দ্দা নিংথন্নবু হম্নাও তয়াম্না ওকই। পাখঙলাকপা অমসুং নিঙোল্লাকপী অনিনা লাউখোকই—"ঙসিদি শ্রীখোম থুংগী অবাবা কোকপা হুমিংনি। অদ্না ওক হাংতুনা অহিং-তুম্না কুমৈ শাগনি (তৌগনি)। উচুক কুকন্নো মথাম্নবক থীম্নবা শা'দ্ লেপ্পা পুনশিল্লে। লেম্না লেম্না হুমিংতুনা থুল 'পুম্বা হরাওনয়ে।

মথংগী অয়ুক অঙনবদগি নিংথৌ খুলাহু থাদোকুনা চংগ্রগনি তাবদা খুদোলপোং কয়া পুনমজুনা পীমে। লৈশাবী কনাবা কজবা ফি, পাখঙ কনানা য়েন, কনা-কনানা হৈ-ন্না পুরকুনা পীরে। খুল্লাকপগী মাঙোল খুদোলপোংনা থল্লে। অদুবু মাগী থোঙচং অদুদা মথৌ তাব্রবা পোংয়ামদু নিংথৌদগি লম্বোইবদা পমজেং পীরা ওইনা থোকখ্রে। নিংথৌদু তুমিন ফুম্বংনবা কম্লি। খুল্লাকপনা নোকনা হংই—

—করি তৌরে ইচাম্বুপা! মীশিংনা হরাওবা মতমদা নঙমদি তুমিন ফমদুনা লৈখ্রে ?

—করিস্মু তৌদে ইপা! শা অসিনা শিখিবসি য়াম্না মুংঙাইতবগুম তৌই।

—করিগী—? মাস্মু মানা থোকপা কনাদস্মু অরাবা পীদনা লৈরম্ল-বদি অস্মুম্না শিগথ্রা ? অদুদি নত্তনা মী ঐথোয়দা অরা-অনা পীরবদি মাস্মু রাবা তাবনি। চেং পুর, চেং শিং, ফৌ পুব, ফৌ শিং হায়রবসিদি লাইনা হায়বা অচুম্বনিনে ইচাম্বুপা! করিস্মু মুংঙাইতবা তৌরগম্ল। চাননবা লৈশাশিংনা নঙগীদমক পুবিবং শিংসে নপুক পেনবমখৈ চাথোক্লগা মুংঙাইনা পোংথাউ। তম-থীবা, ফত্তবা শা অসিগী মথক্ত ইচানা ঐগীদমক লমন খুম্নীবসিদি ঐইস! মুংঙাইবদা ঐদি হায়বস্মু হৈত্রে।

পুম্নমকপু মচিন-মনাও, মচল মচে অমদি মাগী ইমুঙগী মীওয়া থঞ্জবা চম্লবা নিংথৌগী মতৌদুদা মীপুম তিংনা মাবু মুংশিনা-লুনা তৌনৈ। লৈশাবীশিং অদুনা মতম থম্ল নিংথৌবু লৈহম্লিঙই। অদুবু চিরবা মাগী মতম অদু পল্লদুনা মথোয়বু মুংঙাইতবা তৌদনবা থেমজিল্লি। মবুং-মোপা অমত্তা লৈজদবা খুল্লাকপগী মচানুপী নিংমিলা মবুং অদু কায়নগনি থনবদা মথম্মোয় শোক্লা মুংঙাইজরে। থৈজ্জে—লৈতাম্না শাবা শাযোক্লা মো লাওদে হায়নবদু চুম্মী। পপোকমিনবা মবুং ওই-রম্লবদি অদুম্না কায়নরম্লোইগ্র। নিঙৈ। খুদোল পোংশিংঅদু নিংমি-লাদা শিম্লরে। মনে অদু হেক কংবগা শোইদনা থাবাম্বু লোবা লাক-খিগনি হায়দুনা থেমজিল্লি।

৬

# অহল মথীনা চক্লু মেল্লি

ঙুমিৎ খুদিংগুম মাগী হৌনবী লোইরে। অয়ুক অঙনবত্থুদা নিংথর, মচিন-মৌপ,া চামিন-থকমিন্নরে। খুলগী মীশিংগা পুকমেন পাওমেন্নতুনা কান্নরে। লৈশা-পাখঙ খর খোরকুনা মানা চৎনিঙলিবা মাইকৈ অদোমদা থিন্দোকপীরক্লে। খুলগী পংথৈ লোইরকপদা মখোয় মথুৎ শোরুতুনা কান্নরে। নিংমিলা মমিৎত মপি তরং তরং শিন্থরতুনা মবুংনা চৎখিবা য়েংতুনা লেপহৌই। খেক্লা খোয়না চৎলিবা লম্বীগী নাকন্দা হৌয়িবা উপালশিংনা মখোয়গী মিৎয়েংবু তায়হনখ্রে। চৎনা চৎনা নিংথরনা খঙ্গে—থেংনখিবা ময়াম অতুগী মমুঙদা মনেতুদং য়াওন রয়বদি মহাক কয়াদা ঙুংঙাইজরমগনি। লেপ্তুনা চৎলি। অঙম্বা কয়া কা, কয়া কুম অমম্ভুং লোক কয়া লান, মনে অতু ফংনিঙবগী য়াথলনা অয়াবা-চোকথবা ফাওদে। মী তোয়না চৎনবা লম্বী নত্তবনিনা অশোঙবা ডাক্লি। অয়ুকী পুঙ নিপাল তায়কপা অতুরাই ফাওবদি শোঙলবসু শোঙনা লম্বী নাইরম্মী। অয়ুকী শরুক লোইরকপা, ঙুংশাগী মৈশাসু কনথংলকপা মতমতুদদি নায়কংমোংশোং ফাওতুনা চৎপা তায়রক্লে।

চৎলিবা চীঙগী চীঙয়াঙ অতুদগী খুল অমা মচেৎ ওইনা উই। ঙুমিৎতুমক্তদা থুংবা ঙমগনি খাজদে। অথঙবা মফমগা নত্তবনে, লম্বীগা

নাইদবদুদা মহাক চিংনৈ। মহাকী মিৎয়েং অহুবু তামহল্লিবসি লোক-চাও অমথন্তনি। লোক অহু কুমথরগা খর কাখৎলকপদা মুমিং তারগনি নিঙই। চংপদি লেপ্তে। লোইরোই শারম্বীগুম্বা অমমী মতুংইন্না লোকতুদা কুমথৈ। মথুং য়েংনা তথেম্বাও অহু পাররুনা মরক মরক্ত অশোঙবা নাপী-শিঙনা হাই হাইদুনা চংলি। নানা চংলিবা চীঙচেপকী লম্বী অহুগী হেক মথাদা, য়াম্না নক্না চাওরবা জিন অমা মা তম্না লাকপা উই। মুরৈনবা লিঙ্গাও অহু অঙৌবা, অঙাঙবা অমমুং শঙ্গৈলনবা মচুনা পরেং পরেং বুৎ থিল্লি। কোয়েং য়েংই নিংথর। লিন্দুবু মথ্যাং তেক্রবা ফুনা য়াবা চৈ-ল্যাং অমত্তা অনকপদা তাবা উদে। মহাক লেঙদনা চপ লেপ্পী। মহাকী থাঙশাং অহু শংপস্থ নক্লমনবনা মতম লৈতে। মরমদি চীঙগী লিনশিংদি মশা য়াম্না থিঙই। মখোয়না মমৈগী শরুক্তা-কৈল্লি কোল্লগা মকোকী শরুক্তা য়াংখৎতুনা য়োংলক্লবদি থিন্দনা পাইবগুম্না চোংশিল্লকই। করিগুম্বদা হাংলগে খন্না চৈনা কুখা তারগম্থ অচৌবা লিনশিংশি মথ্যাংগী শরু থুদেকহৌত্ররবদি মমৈগী শরুক অহুতনা হাইরকপম্না খুদোংথীনিঙাই ওই।

চেকশিন্না তথেম্বাও অহু পাররগা নিংথর লিন্দুগী মওং মুম্না মমিৎ কুপ্লনা য়েংই। লেঙদনা উচুংগুম্না তুমিন লেপ্পী। লম অনিয়োম শাংবা মরৈ তম তমদুনা লেপ্তনা চঙশিল্লক্লিবা লিঙ্গাও অহুগী মতৌ অহু য়েংলগা নিংথর মশা অহু হুমাং কায়। থরদং শাকনা মানা উরিবা হায়ববু লিন্দু শাওরদি মান্দে। মরৈ তম তমদুনা মানা চংশিনবা অহুদা অপনবা লৈতনা চংলি। তপ্না মনায় লৈশিন্দুনা য়েংই। লিন্দু মকোকী শরুক হেন্দোকুনা চৎপ্রে। শোর মপী শাংবা হোন্দোকই। খুদোংথীনিঙাই ওইত্রে থঙলবদা অমুক চৎপা ছোয়ে। লকোই য়েকম লৌথোকুনা চানা-চানা চংলি।

মচু কল্লগী, অনৌবা উনাশিংনা মাল্লংবী শরুমদা ঊখক হৌনা জগোই শারদুনা য়েনিং থাগী মতিক ফোঙদোক্লি। উরুম লাংবা অপুন্নবা উনাগী মরক্তগী, শকউদনা উচেকশিংগী জিন্নরবা য়োয়েল, কৌরেং-হায়ৌশিংগী য়ারুবা খোম্বাংবা লোকমায়হু খুমিন খিল্লি।

খোয়রেনশিক্লুবী মরক্তা অমানী অমাতো উবনিগুবগী মাইকৈ মাক্তা য়োং-লিবা শক্তি শক্তাইগী খোয়েলনা আম্বা পীরী। ; কোক্তোব লেম্মকপা কোরৌগী মখেক্সা; চৈকনা লুপা মফিগী মতৌগুম কপনা ঈথক লেৈরিবা লোকী পারুবা ইচেমা চীঙখাং পরেংগী অশংবা চীঙমায়শিং অহুবু তংখায় থাজবগুম উহল্লি। মুমিং মুংবা মকুংদগীদি লোকী ঈরাওপোল তারক্লে। অচৌবা উপাল অমগী মরুমদা ফমহুনা চরা বানশিল্লে।

লোকমুও অহুদগী লোইরোইনা কাখৎলক্লে। চাওর চাওরবা উপাওশিংগী পাক-চাওরবা উমুং অহুদগীদি হাল্লা উথিবা খুল'হু উবা ফংথিল্লে। মুমিংনা থর লৈথরকপা নতম অহুদা চীঙয়াঙ নকশিল্লক্লে। উচেকশিংনা য়াম্না য়াক্ন য়াক্লা খোং-লাওবগী মখোল তায়। করিগুম্বদা মহাকী মনাক নক্লা লাক্লা লাক্লা খোংহুনা পাইশিল্লিকই। চৎনা চৎনা করিনো থম্না কোয়েং য়েংই। পাক্তক্লা ইতেম তেম্বা অচৌবা উপালশিংনা মকা লাম্না হৌবা থেন অমা উই। উচেক ময়াম্না পাইশিন পাইশিন খোংলিবা মাইকৈদা য়েংশিল্লুবদা উরক্লে ময়া ইহি-ইহি হিগৎলহুনা য়োং ময়াম্না উচেক মহুমশিং শেগায়-শেগায়হুনা শান্নরিবা, পৌক্লিবা মচাশিং অহু পায়রগা শৌবিং-শৌবিং লাউবগুম তৌনা থংলং-থংলং লংহুনা লৈমায়দ থাদবীরিবা। মতু ফাওবা হৌক্ষাৎত্রিবা মচা কয়া লৈমায়দা তা-তাহুনা খোংলি। অশিবস্নু য়াওরে। নিংথর য়েংবদা য়াম্না মুংঙাইঙ রক্তে। য়োংশিং অহুনা তৌরিবহুনা শান্নরিবনি। অহুবু উচেকশিং অহুগীদি য়াম্না মুংঙাইতবা অয়াবনি। য়োংশিং অহু কিহুনা চেনখিনবা হায়হুনা শায়রোং মরু থর কাপশিল্লি। অহুবু ওন-তৈননা, য়োংশিং অহুনা মবা থুপচিল্লগা মখিং লাওখোকুলা খিংথরদা ওনশিল্লগা ময়া হিগৎহুনা খোংলগা মঙোল্দহুম কিহল্লক্লে। য়োংয়াম অহুগী মতৌহু উবদা নিংথর মুংশা থীবা অমা য়াওরে। মেন অহুনা কায়বদি য়োং থয়দি লোয়রনা শিগনি থল্লি। তৌইগুরসুং, মহুনা চৈরমদা থোংখোঙ শাবা ওইনা লোহুবা অরাবা তাপত্রা অমুক থল্লি। য়োং থুয়াকপা নক্লপা লুচিংবা অমদি অহু থুদিংলা লৈ। মমা ইঙ্গিং তৌবহু য়োংয়াম

অতুনা লোইনা তৌগনি। কিনবনি হায়রতুনা য়োং অমা হাৎলুবদা শাউন-তুনা য়োংলান হৌরক্লবদি নিংথম ছিংনিঙাই লৈতে থম্নি। ভাইহাক তৌকম থঙদনা লেপ্লিহৈ শরকুদা নারোন্দগী য়োংজাও অমা চোংশিল-কুনা মাগী খোঙগ্রাও অহু পারতুনা থংচিং চিংলম্নগা উথক্তা চেনথংখ্রে। মচেং থম শেগায়রবা খোঙগ্রাও অহু উমগা নিংথম খঙশাও শাওনিঙ-লক্লে। শিরগা শি, চঙলগা চঙ, তেম্না অঙম্বা থম কাপতুনা হাংলসিরা থল্লক্লে। অমুক থল্লকই—'ঐনা রাথল চোইরবদি মখোয়না শোইদনা লাকশিল্লকপা তাই।"

লিনস্থ শিবা, চৈগুস্থ তেক্কবা থৌরাং অমা তৌরগে থল্লে। তেতৈ অমা শৎলগা শায়রোং লৌরী অহুদা তেঙ্গা থোংলগা য়োংশিং অহুদা ওনশিন ওনশিন কাপকে তৌশিন্নৈ। মখোঙনা উনা অকংবশিং খোৎচিন-খোচিন্দুনা পুন্না পৈশিল্লি তেন অতুনা হেক ওনশিনবগা য়োং-শিংতু উ মরুমদা হেক লৈশিল্লি। থুনা উশা মচা অমা য়াল্লে। উনা মপৈ অহু মৈ চুশিল্লে। তশেংনমক পাকশন্না চাকখ্রবদি মা মশাস্থ খুদোংথীবা নংবা য়ারিবনি। উশা'তুনা হেন্দোক্লা চাক্লকপা মৈরীতু ফুতুনা মুৎথংলি। মৈরীতু হেন্দোক্লক্তনবা কন্না মৈফম অতুগী অকোয়বা চৎতুনা মুৎথংপা হোংনরে। কন্না থংচাক চাকথংলকপা মৈরীতু উবদা য়োংয়াম'তু মহৈ মহৈ খোংনতুনা চেন্নখ্রে। মৈতু তপ্না তপ্না মুৎথংলম্নগা মফম অতু থাদোক্লম্লে।

ওহোকপনি! ঈশিং ঈচেন্দা ইরোইবা মপা থুংদে হায়বতুমক থোক্লে। চীঙয়াঙ য়োরকপদদি মানা উখিবা খুল অহু মানা চংলিবা লম্বীতুদগীদি য়াম্না তারোয়ররল্লে। মফম অতুদগী খুল অহু তম্না চংপা হায়বসি খুংনা অতিম্না লাম্বগা পাংথক ওইগদৌরে। হন্দনদি চংলং-রোই, থোক্লবা অমা লাক্লনি থন্দুনা চংলিবা মাইকৈ অদোমদা অহুম চংলে। হুমিং তাগদবা য়াম্না য়াংলক্তে। তেম্না চংপা, অমনবা মতম কুইনা চংনখিত্রবা মানবা লম্বী অমা থেংনৈ। তুংইন্নবা চংলি। লিরি লিরি শিংপা হুশিংনা অমুক অমুক পুরকপা হৈনম্না ন্যাজোন্দা হৈবদা

নিংথর হৈগী খোঙ্গুল লীনিঙই। থর চৎলগদি থেন ওইনা তোবা লৈতেম মায়রক্বা পাক্লবা মফম অমা থেংনরে। হৈজিং কানা মুল্লবা চম্প্রা তেকথ খেকথ সনা মতুমগুম য়াম্থ য়াম্থ পানবা হৈপাল কয়া পরেং চানা হৌবা উই। হৈজাং, কোয়ানচিংবা হৈপালশিং লোইবা নাইদনা হৌরি। চয়োম্না পানবা হৈক্রু পাম্বীশিং মশিঙ থীঙমদনা হৌরি। মতম অমদা থুল পাল্লম্বগী মতৌ মাল্লি। চাওর-চাওরবা মুঙজাও কয়াম্থ খিন খিন্দুনা লৈবা উই। পুম্নমক্ত উরুরগা নিংথর, মপাগী রারী থংনিঙ নিঙশিংলকই।

লেপতুনা ঙাইহাক কোয়েং য়েংই। মথক্লোমদা য়েংথংখিবদা হাইফেং রাংবা চীঙশাং লৈ। উ-রা হোদবা চীঙগী লৈঙাঙ ফাওরিবা তকথতুনা মরক মরক্ত নিঙথায়খিবা মানবা মফম শাংনা লৈবা উই। চম্প্রা থর হেক্লগা রাথল থম্না থম্না থেন্দু থাদোক্লম্লে। তুমিংকী মশেক মমী শাল্লক্লে। লোক অমা লাম্থোকপদগীদি নিংথর, ঈশিং-মায়শিংগী খুদোংচারিবৈঙতুদা অহিং'তুমা মফম অতুদা লেল্লগে নিঙলে। থর কাথং-লগা মফম চাবা য়েংতুনা নাপী-শিঙনা হাইদোক্লে। নিংথিনা খজিন্দুনা পোংথাকম শেম্লে। শীঙ থিনা-থিনা লম্মিং-তুমিং য়েংখোক্লে। মমাঙ পাংনা চংখ্রিবা মতম কুইনা চংনত্রবা লম্বী মানবা অতু নত্তনা অতোম্পা চংফম উদে। মৈ হৌগংলে। চান-থক্নবা শেম-শাতুনা চারে। পোংথারে। মহাক্না থেংনরকখিবা থেন অতু মশা-মপুশিংনা পাল্লম্বা খুল অতু শোইদনা ওইরমগনি নিঙই।

থংপ্রেক থংই। মিকপ থংথোক থোকই। অকি তুজুং, কপ্না-লাওনবগী হৌরবা খোজেল লেপ্তুনা তারি। খায় লাওনা হৌগংতুনা ফম্মী। কোয়েং য়েংই। মুঙক-মুঙক লেপ্লিবা উপাল অমদি মোংশোং নত্তনা করিস্থ উদে। মুঙজাওশিংনা অরাংবা চীঙথক্তগী ওন্থরক্তুনা উ-রাশিং ননথাক্লথেঙ্গায়বগী খোজেল, ওন্থরক্লিবা মুঙশিং অতুনা চেন্থরকপা মুঙচাক-লৈচাকী মোয়ো মোয়ো লাওবা অহৌবা খোজেল তারি। মুঙশিং অতুগী থবনা করিগুম্বদত্ মহাক্না থেংনরম্বা থেন অতু য়োনা

কাহনবগুম তৌই। মুম-কৈ তেকপগী মথোক্ত মতুংদা লোয়নবা অকি-তুংকী কনা-লাউনবগী থোক্কেল অতুনা মিংকর নপুল্লিভনা তুংকুবা কাওই। মহাক্কী থোক্কসংকী অহানবা অহিং অতুনস্তু নোং-মুশিং-উনাও তেকপা, পোকথাম্নবগী থোক্কেল তাখি। নোং অমনপা কনিস্তু তৌনবা থেংবখিদে। তৌইগুনমুং অহিং অতুগী মৌমোক অতুনদি মতুংদা মপাগী মাকীবু মপুং কাহনবগুম তৌই। অহনশিংদগী মাবী কনাম্নু জাংগ্রে। অতুগুম্বা থোদোক অতু মীংপোং কম্না তানবা, অচৌকপা অমস্তুং অকুৎপা লোক্কী উমংশিংদা থোকল্লি। করিগুম্বদস্তু মুক্তাম্নগী অগুম্বা চীংমাম্নদগী মুঙ অমদি মুঙচাক-লৈচাক ওন্নরকই। কনানা কত্তবা লাইনা তম্নবনি হায়নৈ। অশেংবদি শবেংনা লৈচাক হোৎতুনা শাম্নবদগী থোকপনি। সাইন্সকী লমদা য়েংলুরগদি, মমাঙগী থোদোক অমগী থোক্কেল অতু অমুক মকম অতুদা হুন্নকপনি হায়না লৌনৈ। নিংথর থোইনা হকচিন্না থল্লুরে। অতুবু অমুক তুমথবদি তৌরে।

থাসি নকশিল্লকপা অহিংগী থাজনা নোংপোক মায়কৈদা ভমজবা মঙাল ফুরোকতুনা অহিংগী অমম্নবু মোৎশিন্নবা হোৎনরি। মৈ হৌগৎলে। অয়ুক্কী চনা তম্নবা শেম শারে। মতম ভাইবা ওইনা ভাইহাক শাম্নরে। শক্তিশিংনা হৌনা হৌনা থোংলিনতু তারগা নিংথরনা থগৈ—মথোয়না থোংলিবা থোক্কেল অতুনা শাহিংচাবা শাশিংদা মখাবু শিন্নজবা মথোঙ থোংনা মমং খিবা কয়া য়াওজরিবনি। অমুকস্তু থল্লি, অঙকপা মহৌশাগী খুৎশেম্নি। হাৎপীনবা অতুক লৈরবস্তু শক্তি-শঙাইগী অরাৎপস্তু অতুম্নক মরৈতে। ভাইহাক পোৎথাবা ওইনা চনা তম্লে। থোঙশাম্নবা শেমশারে।

কোরৌহনবগী ভাঙলৈনবা মশেক্কা নোংপোক মাইকৈ তাক্লক্লে। থাজগী য়েঙলবা মঙাল্পস্তু কোরৌগী মশেক্লক্কা লোৎখ্রে। অহৌশানা চীঙয়াঙনা চৎপা অঙ্গীদি অতগী শরুক রাৎলি। তেক্সা চৎজিবা নম্বী-তুগী নক-য়েং পাক্কা জোইরোই লাইখত্রি। মুমিৎনা তরং তরং থোক-লকপা মতম অতুমতুনা: নিংথরবী য়াথাম অমস্তুং নিংয়েং চনতুনা অমাঙনা তুবৎনা করিগুম্বা অমা চংখিবগী শঙীম্না লকক তৌরল্লি। চিংনকুম্না

ভেৈরে অমা শকলগা শায়। খোঙকাপ কর জলহৈ। মাকশকেং মুন্না রেহৈ। হকাকমুক্তি শেংবা উরে—চাঙরাং লাংবা শা অমনা পংলাপ লাওনা মাগী মমাঙদা তুবক-তুবং হঙক-হনা চংখিবত্তু। কওলে শাহু কৈখি। খোঙকম অমা-অমি তুংলোমদা হন্দোক্লগা কিবম শেমজ্বা শেপ্পী। থক্লি—শাহুনা মাবু শরাক তমগে তৌরক্লবদি মাঙজোননা লান্দারকপা করবনি। অহুবু মতুমকম্ তৌদে।

লাইরানি—অহল মথীনা চক্ষু মেল্লি। চিরবা খুদোংথীনিঙাই ওইরবা মতম অমস্তুং ফিবম অতুদদি নিংথর অহলশিংগী ফুঙ্গা রারী নিঙশিংলক্লে। তঙাইফরকে—খুদোংথীবা অহু মায়োক্লনবগীদমক মাঙজোননা অতুগুম্বা করা থেংনরকপ্রবা অহলশিংগী পাউতাক লৌবা। নিংথিনা মশাবু ঙাকচ-শেক্লনবা চেকশিল্লগা কোয়না য়েংই। উরক্লে—পাক্লা-তেম্মা হাইথখ্রিবা চৌঙমায় অতুগী উরক্তা লমওক অমনা লৈচাক হোং-হোংতুনা করি করিনো চারি। নিংথর উজাওশিংতুগী মরুম মরুমদা লৈশিন্দুনা নাশোন পীক্লা ওক অতুগী মনাক নকশিল্লে। ময়া থিন্দোক্লবা নাইতোম চংপা লমওক মপাশা অহু করিম্ নাচুংবা তৌদমা মচিন অতুনা লৈবাক ইন ইন্দুনা মচিঙ্গাক থিরি। মাস্তু থঙদবদি নত্তে। মতুগুম্বা শাদি মশাদা অকিবা লৈতে। অচৌবা কৈ অমনকাওবা তরাই তরাইনা হাংপা মতিক ওইদে।

নিংথর রাথস অমদি লাক্লে। কৈ অতুনা তৌরিবত্নু লমওক অহু মানা শরাক অম্বদা মতেং পাংবীনবা ওইরম্বা য়াই। অমুকম্ থক্লি—মানা খুংলায় থারুবদা পাক হেক শিবা ঙমলদবা শাদি নত্তে। খুংলারকপা পানবদা ঙাওরিদৈঙদা কৈ অতুনা শরাক তমখ্রবদি কৈ। নত্রবদি মা তম্বা ফুজিল্লকপা থোক্লবদি শাথীনা খুদোংথীনিঙাই ওই। হা! উয়োক নমাওস্তু লাং নতুংস্তু তেন হায়বতুমক মঙোন্দা থোক্লরে। মানা থক্লিবত্নু কৈতুগী অনিঙবা ওইরম্লবদি মতেং পাংলমদনা চংপস্তু য়ারোই, মঙোন্দা ওবশিল্লকনি। নিংথর মুঙ অনিগী মরক্ত হা ওইরবতুদা থোকঅকা অমা লাক্লনি; কৈ অতুগী মতেং পাংলগে থক্লে। শরক অহুদা মাগী মনাক

নক্লা কৈ অহুনা উনা-শিঙবা মথক্তা বোপ-বোপ ফুরম্লগা মাঙগ্রে। লম-ওক অহুগী মন্যাক নক্লা লুমহুনা চঙশিল্লে। মুঙজাও অমগী মরুমদা লৈশিল্লে। ভেজৈ অমা তেঙ্গা থোংলগা লমওক্তী মঙকশম ভান্না কাপগ্রে। খঙহৌদনা, ভেজৈ অহুনা শাফু কয়া য়ৈরকপহুদা ওক অহু থংগ্রেক থংনা চোংথংলি। ছুইঙক-য়েনঙক চারিতৈ শরক্তুদা মকম খঙহৌদনা কৈ অহুনা চোংশিল্লকুনা ওক অহু নমগ্রে। নিংথর থুনা মাঙনা মকম অহু থাদোক্তুনা পরপ পরপ চংলে।

অতেম্বা চীঙয়াঙদা, চীঙচেপ্তা অমস্তুং অঙম্বা কয়া কা-কুমহুনা লেপ্তুনা চংলি। মুমিংকী মৈশানা কনথংলকপা মতম অহুদা লম্মৈ চাকখিবা পংকুই কুইত্রিবা চীঙমায় অমগী চীঙচেপ্তা চংলি। ইথঙ খঙহৌদনা, কনথংলকপা মুংশাগী মৈশা মরক্তুদা শাফু কল্লবা নোংলৈ-মুংশিং অমা হুমজিল্লকই। পুথংলকপা উং অমদি উফুল রাইফুগনা মমায়দা ফুজিন্দুনা মমিং অনিমক পাঙবা য়াত্রে। তপ্না কমথরে। ঈশিং লোথোকতুনা মমিং অনিহু চামথোক্লে। ঙাইহাক ফম্মী, য়েরুম-লফোয় থর চারে। অরেম্বা ঈশিংহু থকচিল্লগা অমুক চংপা হোরে। চীঙ্গোল অহু লাম্থোক্লে। উচিন-নাচিম্না থুল অমদি উরে। মুমিং তাত্রিতৈদা য়োবা ঙমগদবদি মাল্লি। লম্মৈনা পুমকোক কোকহন্দুনা অশং-অমান লৈত্রবা অহুদদি মুংশাগী মৈশানা কনথংলকপগা হুমাংনা মশাহু পুমচোং চোংলক্লে। ঈশিং থর থকপা হোক্লবহুদগী ঈশিংস্তু পংথোদ থোরাংলক্লে। থক্লনবা ঈশিংদি মরিক অমকাওবা য়াওক্লে। মুমিংন থর চারথরকপা মতমদদি অরাম-থোরাংবা কাওবত নত্তনা মশাস্ত ইচোক চোকথবগুম তোরে। চাক থর চারবদি মশাহু থর তেকথংকত্রা থল্লি। অহুবু ঈশিং য়াওদনদি চাবস্তু য়ারোইদৌরি। চংপদি লেপ্তে। ফোয়েং য়েংনা অহুম চংলি। উচিন-নাচিম্না পুমবুম্নবা অচৌবা মথলগী উম্না অমদি থেংনরে।

চঙশিন্দুনা মুম্না য়েংই। খঙলে—উম্নীহু অক্লবা ঈশিং ফজনা থোকপা উম্নীনি। ককথংলে। তেম্নী অমস্তুং ম্লাঙ্ক লোথোক্লে। কক্লিবা মকম অহুদগী থর কা[illegible] থাঙকম অমা পাহুনা মুংশিং

চঙহল্লে। তারকপা ঈশিংছু মাক্না তংহুনা লেংই। শিঙ্জিনবা রাগনি খণ্ডলহুনা ওক্লবা লোৱে। শেন-শাহুনা তাইহাক পোংথাবা ওইনা চাথক্লে। অহলশিংগী লমকোয়বগী রারী তারমজবদি মহাক খুদোং-থীবা কয়া নংবত নত্তনা মাগী খোঙচং অহু চংপা ওয়মগনি থাজদে। মতোমত থৈ—অহলশিংনা লীবীবা কুপ্পা রারীদি নহাশিংগীদমক্তি লৌশিংগী পুৰৈনি। তংত্রিবা য়েনশাং নহাউ খণ্ডদে হায়নবগুয়া মহাক্না লম চংত্রিডৈদদি অহলশিংগী রারীশিং'ছু পঙলী লীবা রারীগুম খল্লহনি। অহবু হাকথেংনরবহুদা মহাক কজনা খঙজরে। মকম অহুবাইদা লৈমে থাহুনা শা তোয়না তানবগুম উবহুদা খোইদোক্লা খুদোংথীনিঙাই লৈত্তে খল্লি।

মীনা নিঙবনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা হায়বহুনি। মুংশাগী মৈশানা মেংথরকপা, মালংবনা লিরি লিরি হুমহুনা চোকথরম্বা হকচাং ঙেকথংহল্লকপা, লমৈ চাকথিবগী মফম লোইরকুনা অশংবা উপাল মরক্ত চংলকপহুনা অরাবা হন্দোকহন্দুনা খোঙকাপ খর তোয়শিল্লকপদা মঙায়রি। অমরোমদ, খুল অহু মোগদবম্ভ লাপ্পক্তে, পীক্তকপা লোক অমা লাল্লগদি মোরবগুম্বনি। খঙহৌদনা মুংশিংকী শাফু থংহেন-হেঙ্গংলকপগুম তোই। মৈনম হাইকেং ফাওবগুমম্ভ তোই খম্না কোয়েং য়েংনা চংলি। মানা চংলিবা চীঙচেপ অহুগী অসোম থংবা চীঙমায়গী নাকন্দগী মৈথু কাবা উরক্লে। ইচিং চিংননা মাঙলোমদা চেনচং চংলি। শাফু কল্লবা মুংশিং অহুগী মাঙ থানা রাংনা রাংনা মৈরী অহু মৈখোল খোক্লা চাকপা উরক্লে। মাগী মাইকৈ তম্না চাকশিল্লক্লিবা মৈ অহনা নিংথর মৈতাল ওনবা তারে খন্দুনা মাম্না থুনা অপুঙবা উশা মচা অমা মাক্লে। মহাক্না লৈরিবা মফম অহুদা মৈ থাগৎলে। মাগী নাকল লোয়মদা চাক্লকপা মৈরীহু উশানা ফুংফুহুনা কোয়চেন চেন্দুনা মুংথংপা হোংনৈ। মহাক্লা থাগৎলিবা মৈ অহু চাক্লক্লিবা মৈজাও অহুগী মাইকৈয়োমদা চাকশিনখ্রে। খর হাঙলক্লবা, চাক্লক্লিবা মৈ অহুনা লায়ক্লখোই খনহুনা থুনা মাঙনা লোকথা তম্না কুমথরে। মোথিবা খঙহৌরে।

খুদোংথীবিঙাই লৈত্রে খঙলবত্নদা খুঙপাক অমদা মপোংদ মচৈশিংছু থত্রে। ফুংগা কীবা অমা হাওনা মপাবু কল্লনবা হোৎনরুবদা হুমাংবা পুমচোং চোংলে। লোকী অইঙবা ঈশিংনা মমাঙ-মথিং তাখোক্লে। ঙাইহাক অরা পোংখাগে থন্না কমথবদা ঙাইরি। মৈনম অমদি মৈথোল ফংবদা মিপাইরবা শক্তিশিং অত্নুনা লোকথা ভন্না ইতোন-লাংদোন লান্না চোংত্নুনা চেম্বরকপা উরক্লে। অরাবা মিঙশিং-লুত্রে। লীরুং-তেন পারথৎতুনা মফমচানা লুমই। লস্মেগী মৈশা তংতনা নংজরবা শাশিং'ত্নু মৈত্নদগী নাম্বোক্লবত থজত্নুনা মথরায় পুত্নুনা চেম্বরকপনি। নাপী-শিঙনাগী মতোন লান্না চোংত্নুনা পাইবগুনা চেল্লক্লিবা মরাইবক থীরবা শক্তি অমদি নিংথরনা লুম্লিবা মনাক্তুখক্তদা চোংথরক্লে। শাফু কল্লবা, ত্ন চেনবা তেঙ্গৈ অত্নুনা শাত্নুগী লেংজুম অমস্তুং মঙকী মরক্তা মৈবদা থংপ্রেক থংনা চোংবদা খুঙজাও অমদা মৈশিন্দুনা শুপ্রেক-নাত্তেক তাশিল্লি। নিংথর চোংশিন্দুনা নমরে। মপাঙ্গল ফরবা পাখঙ অত্নুগী মথুংতগী নাম্বোক্লবগী পাঙ্গল লৈজত্রবা শক্তিত্ন, খুত্নং অমিনা মিংথরদা কাউনবা কল্লা হোংনজৈ। মথুনা মঙক্ত নমত্নুনা, মথুং অমিনা মচিন অমদি মনা পায়ত্নুনা লৈথায়বত্নুদা মপাঙ্গল থোকপা ঙমত্রবদা কাউজৈ হায়বত্নুমঙায় ইকুই কুইদনা ত্নগী চৈনানা অত্নুম্মক লেকথত্রে।

থোঙ চোংলগা চীন চোংলি, থন্দুনা ঙাইহাক পোংথারগা মপোং-মচৈ শেমজিন-শাজিল্লে। হোংনজরুবগী মত্নৈ, শা'ত্নু লেংথোংনরগা লোকতুং ইন্না কুমথরক্লে। খুল'ত্নু পাল্লিবা চীঙমায় অত্নুদা কাথংলক্লে। খুলগী মীশিংনা চংথোক-চংশিন তৌবা লম্বী অমা থেংনৈ। মত্নু ইন্না খুল ভন্না লাক্লে। ত্নুমিংনা তানিং তানিং তৌরকপা খুলগী ত্নুপীশিংনা ঈশিং শোক্লবা মঙমত্নুদা খুলত্নু য়োরে। ঈশিং শোকপা হল্লকপীশিং অত্নুনা শকথঙদবা ত্নুপা অমনা শক্তি পুত্নুনা লাকপত্নুদা ঙকচাননা য়েং-য়েংত্নুনা চংনথি। মত্নুগী পাওদি খুল থুংনা শন্দোকথিবা কুইদে। পাখঙ থর থোরকতুনা মিংথরগা [illegible]-পা ঙহংনৈ। মাগী মা মিংথিনা তারবা তুংদা খুজাকপগী ত্নুবদা পুশিন্নৈ। মহাক্লা খুল্লানবগী মরম

ওগাইবা অহল অহুদা থওহল্লে। রাজী-রাখোঙ পুম্বা কাওবোক্লরে। শজি অহু পাখওশিং অহুদা শেম-শানবা শিল্লে। খুল্লাকপা অহুনা য়ায়া হুংগাইতনা পাউক্লগ্নী। মাগী খুল অহুদা পাল্লিবা মী অয়াম্বদি মাঙ্খ্রবা ওাইরং খুলগী মীনি। মহাক্কী মপা অহুম্ চীঙ নিঙথায়রবদা শিখিবনি। মসিমম্ থওলে—নিংথরনা অহিং লেক্লম্বা মকম অহুদা খুল্ল পাল্লম্বদগী লাই কত্তবনা ইতং তংতন্না অথেঙবা অহিংদা তম্লবহু কিন-বদগী মকম অহুদা খুল হোংল্লকপনি। নিংথরনা মাগী মপুবোক অমম্লুং মনে অহুগী মরক্তা হংই। খুল্লাকপনা হায়,

—নওগী নবোক অহু সোয়া খুলগী নিংঙোলশি। মথোয়গী মচা-মুপাদি য়াম্মি। মচানুপীদি য়াওদে। অহুনা নওগী ননে অহু মচাগুম্না য়াম্না নুনা নিঙবনি। ইচানুপা! য়ুমহোং তোয়রগা লাইর তাল্লি হায়বগুম্না য়ুমশাবা, পামশিং শেম্বদা করি থবকম্ ওবা ঙমদবনি। চাননবগীদমকম্ খুলগী মী খুদিং য়াম্না য়াগ্রবনি। অহুগী মথক্তা অহুক রানরিঙৈ মরক্তা য়োং অহুগা ওক ময়াম-ময়াম লাকতুনা মচিঞ্জাক থিবদা ফোংচে, য়েনশাং-নাপী অমত্তম্ থাবা য়াম্রে। ওকচিন্দা পান থাবগুম্না থোকম্রে। হোংনবা খুদিং অরেম্বা ওাক ওইখ্রে। কনানম্ কনাগী মতেং পাংবা ঙম্মদে। রামন্দুনা মী কয়াদি অহুম খুল হোংনশ্রবনি। নপুথোয়মম্ চাবাং থকপগী য়াম্ন' রামন্দুনা সোয়া খুলদা পানথিবনি। রাক্লগম্নুদা! ঐথোয়' খুল অসিদগীদি য়াম্না লাপ্পদি নত্তে। মুম্মিং অনি ওনা চঙলোইদা।

—'ইপা!' নিংথরনা হংই—'ইপু অহুদি শিবগী পাউ তাত্রা?'

—শিবগী পাউদি লৈত্তেদা। শোনবদি থম শোনশল্লি। চহি অনি-অহুমগী মমাঙদদি খুল্লানবা লাক্লম্বনি। ঐনা হুংশিহুনা ইচানুপীনা শাবা কজবা কি অমা পীবল্লি। করি য়াক্লগনি ইচানুপা! হৈস! চীঙ নিঙথায়রবদা মী কয়া শিখিবা, শিদবা মীম্ কয়া য়াখিবা! অস! ঙসিম্ অহুম উবগুম্না তৌরিবনি। হৌখিকম্ য়াবদি

বায়রে। অহুবু মতম অহুগী অরাবা অতুনা য়েংনরবদি লমুংগী লাংথোংগা পাবনি।

খুল্লাকপগী মচান্নুপা পাখঙ অনিস্নু পামদগী হল্লক্লে। মপানা শক তাকুনা মখোয় শক খঙনহল্লে। মচান্নুপানা ঊশিং অশাবা পীহুনা ইরুজগেরা, মমাম্ন-মমিং ভাখোক্লেরা তৌরো হায়। হায়বা ঙমদবগী তৌবনি—নিংথৱদদি ইরুজনিঙবগা থোজ্ঞ তেকপগা মান্নৈ হায়বহুনি। থুমিদাংবায় ইরুজবা হায়বসি মাগীদি হৈনজবীনি। ইরুজকবগা মুঙাদা কমথবা কুইত্রি। থাঙ-তা, নোংমৈনচিংবা পায়বা মুপা থর য়ায়া শাঙনা চবেং-চবেং ভাঙনহুনা খুল্লাকপগী য়ুমদা চঙলক্লই। মখোয় খুল্লোয়বা ইখঙ থঙনবা ঙাক্রি। অমনা হায়রকই।

—খুল্লাকপা! খুল্লানবা মী লাকপ্রা?

—লাকই। করিগীনো?

—কদায়দা লৈ?

—'সিদা ফম্লিবা পাখঙ অসিনি।

য়ায়া শাঙনা অমনা হংলকই—

—হে! নঙ করি খুল্লো? করিগী খুল্লানবনো? অহুগা করিগী নঙনা লৈম্মে থাহুনা খুলগী মীশিংনা য়ামা থাবা হৈপাজ মথৈ মৈ চাকহনবনো?

নিংথৱ খুমদে। ঙাইহাক তুমিন থল্লি। অমনা অমুক হায়রকই।

—খুল্লাকপা মা শা পুবরা?

—উম! ঐনা শজি অমা ফাহুনা পুরকই। অহুগা লৈম্মে থাবদি ঐনা নত্তে।

—অহুদি কনানা থাগত্রা?

—লাপত্রবা খুলদগী মুমিং কয়াবি খুল্লানবা লাকপা ঐনা করি থঙগনি? ঐদি শা তানবা অহুগা লৈম্মে থাবা লাকপস্নু নত্তে। ঐগী ইবে অমগী থোঙুল লীবা লাকপনি।

—নচিন য়ামগদ্রু। কনা হয়ানবনা হুই হাজনবদি?

—ঐনা হায়বসি অতুবদি। ঐনা থুনঅদি ওন্না লাকপদা লোক অসিগী মমাক থৌরকপদা মথোয়গী থুম লৌয়গী চীওবায়রগী শমৈ কন্না চারকই। নোংমৈগী মথোলদু ভাই। মৈ অতুনা ঐবু শোয়দনা চাকপা তারে থন্দুনা ঐদি চুমবগী মৈ অতু থংনবা লম মচেং থর থক মৈ থাবনি।

—নগুগী নোংমৈদি কদায় ?

—ঐদি মোংমৈ পুদে।

—অতুদি করম্না শা ফাবরা ?

—তেন্না কাপতুনা ফাবনি। শজি অতুনা মৈ কিবগী ঐগী ইনাক্ত লোক ওম্না চেল্লকপদা ফাবনি। ইয়াম্বা নথোয়স্থু থর থল্লুনে। ঐ ইতোমত্তনা শমৈ থাতুনা অঙাওবগুম্না করম্না শা তানগনি ?

—খুল্লাকপা ! নথোয় খুলদা খুল্লানবা ওইরবস্থু মাবু ঐথোয় খুলদা পুবা তারে।

নিংথরনা থল্লি—ইরোইনা লৈওল্লগা হৌননা লৈথোম তৈ হায়বতু তারে। হায়রকই—

—ইপা খুল্লাকপা ! ইপানা চুম্না রায়েনবীরো। মথোয় থরসিনা ঐবু ফাতুনা পুরা য়াম্না রাগনিদা। ঐগী ইথৌ অমা লৈ। মুমিং খুদিং তৌদবা য়াদবনি।

নিংথর মাগী থাওশাং অতু লোথোক্লগা শুমাঙদা থোকখ্রে। খুল্লাকপনা মুপাশিং অতুদা নিংথরনা খুল্লানবগী মরম ফজনা হায়রে। পাথওশিং অতুনস্থু মান। হায়রিবতু চুমগনি হায়। লাক্লিবশিং অতুনমি মাবু মথোয়গী খুলদা পুরগা রায়েন্নুনবা হায়। হায়ওন তৌওম্নবা পাথও অমনা হায়রকই।

—অমৈ থাবা শা তানবা অথেংবা মী থীবা ওমত্রগা মরাজস্থু লৈতবা, অস্থুক লাপ্না মাগী মথৌগী খুল্লানবা লাকপা; অঙাং অসিদা কনা লৈরোই হায়তুনা নথোয়না পংহার হায়বক্সিদি থিঙলকা ভাইবনা ওমত্রগা নাচিথোংদা ভাইনৈ হায়বগুবনি।

পাখঙ অমনা অমুক কাপী তৌদুনা হায়রকই,

—লমকেল য়াঙবা শগোল্লবা লৌ চারগা ইরোইনা চৈ চায় হায়বা য়াদু চুম্বনিবে। ঐথোয়গী খুলদা পাল্লবা ইচিন-ইনাওনা খুল্লানবা লাকপসিদা শা চামিন্নদুনা হুংশিবা য়ারী শানগে হায়রগা নথোয়না লম্মৈ থাবগী য়া ফোদোকপসিদি হিয়াং য়েংলিউঙদা তুম্বাগী শেল থৌই হায়বদু তাগ্রেদা।

মমগুক তৌরকপা মতমদুদা কোয়পাক্লবা গুমাঙ অদুদা নিংথরনা লাউদুনা শায়বদু তাবদা মথোয় মরাম পরপ পরপ থোক্লরদুনা য়েংবৈ। য়েংবগী য়াংপা লৈত্রবা পাখঙ অদুনা তৌরিবদু উবদা কনামত্তা য়া-লান ভাঙখিদ্রে। খুল্লাকপা অদুনা লাক্লিবশিং অদুদা কজনা হায়,

—নথোয়গী য়া ঐ মুল্লা তারে। পাখঙ অসিনা নথোয়গী খুলগী লমদা লম্মৈ থায় হায়বসে চুমগদবা মান্দে। নথোয়সু লম্মৈ থাদুনা শা তানবা মী ভাক্তেনি। খঙকম থোকই। কনানসু চীঙদোন্দগী লম্মৈ থাদুনা শা তায়দে। লম্মৈনা চাকপা হৌবনা নথোয়গী খুলগী লোক মথাদগীনি। পাখঙ অসিনা লাক্লিবা লম্মীনা তাইনবা চীঙদোন্দা লাকপনি। অদুনা মানা মৈদু থাবা হায়বসি চগোৎতা চন্দন লাম্বা তাগনি। মরাল লৈতবা মীদা মরাদ পীবা মীনসু লাইনসু য়ানিঙগদবা মান্দেদা। মৈ থাবা, শা তানবা কনানো হায়বদু অশেংবা খঙনবা থিরুখো। অশেংবা মৈ থাবা মীনা চংখ্রগা করি খঙদবা ঐথোয় মথৈ ভাঙ-বা অসিদি শা চেনখ্রগা হুই চিক্লবা তারোইজ্রা?

খুল্লাকপা অদুগী য়াতা অদুগা, পাখঙ অদুনা তৌরিবা মতৌ অদুগা মথোয় চিবোন চিবোন ভাঙনরগা হনখ্রে। পাখঙ অমনা হায়—"কায়দে ইপাত্তোন! হুংশিবা য়ারী শাদুনা হুংঙাইনা চামিন্নবা তৌসি। মফম মরাং লৈতবা কৈস্তু কিবা মথীসু কিবা মীশিংনা করি তৌগজ্রা? মথোয়না করিসু খঙজদবা মীদা মরাল পীবা ঐথোয় য়ানিঙদে। ইপা-ত্তোনগী য়া তারগসু মথোয় করিসু হায়বা ঙমদে; পাখঙ অংস কাদুনা পুরগা কয়ি থোকজ্রা অমুক কিবঙম তৌই।"

# ৭

# হিথুংঙমদাই হিরাকপা

অয়ূক অঙনবদুদা খোঙশানবা হৌরে। পংয়াম য়াম্না লাপত্রে হায়বদুদা চান-থক্লবদি য়াম্না পুক্রে। খুলদু তুংওইননা লৈহৌরে। খুল্লাকপা অদুনা তাকপীরকপা মকমশিংদু য়েং য়েংদুনা চংলি। ইতেমতেম্বা চীঙয়াঙগী লম্বীনি। নাক য়েন চাওরবা লোকচাও অনিশা চপ্তুবা লৈবা চীঙশাংনি। হুমিংকী অমং তরংবা মশেক্লা উত্তোন-রাত্তোন লাম্লক্লে। মনেগী খুল অদু শোইদনা য়ৌদুনা মপাগী নিঙবা থুংহনবা ঙম্লগনি থনবদা অবাবা পুম্নমক কাওংথোক্তুনা চংলি। ওইথংবা নাকনগী লোকচাও অদোমদগী 'থং-থং-থং' লাউবা হৌরবা খোঞ্জেল অমা তায়। নিংথরনা থল্লি—অচৌবা লাইরেম্না খোংবা শোইদনা ওইগনি। নিঙশিংলকই অহলশিংনা হায়নবা—অদুগুম্বা লাইরেম্না খোঙলবদি নোং তাপল্লি। থঙহৌদে। রু-রু লাউবা নুংশিংকী খোঞ্জেলগা লোয়ননা লোকমুঙদগী, নিংথমগী অয়ূক্মনা লৈচিন মপৈ মপৈ পাইথংলকই। উরক, নারক-শিঙলক কাও-কাওদুনা পাইথংলক্লিবা লৈচিন্দুনা ঙাঙ্রানবা হুমিংকী মশেক-মঙান অদু মালেমগা তংনহনবগুম তৌগ্রে।

য়াওনা পাইরিবা লৈচিনগী ঈরিক মকোয়া মশা পুম্বা চোংশিল্লকপগুম তৌরকই। প্লাষ্টিক মপাক অদু লৌথোক্তুনা মদু তুমগা চংলি। লৈচিন অদু অমুম কুংশিল্লকই। মমশিল্লকই। ইকুই কুইদনা শাদু

য়াওবা নোংলিকশিংনা মখোল থোক্না খিকথরক্লে। থুম্লাকপনা তাকপীরকপা লমথায় অমু নিঙশিংলকুনা কোয়েং য়েংবদা উবা ফংত্রে। য়াংলিবরা থন্দুনা অহুম চংলি। হুংশিংকা লোয়ননা লেপ্তুনা চুরিবা নোং অতুদগী তুপ্লিবা প্লাষ্টিক অতুনা মশাবু ঙাকথোকচবা ঙম্লক্তে। লম্বীগী মতাইদা লৈবা মুঙপাক অমগী মথক্ত থঙ্জিন্দুনা নোং থুম্না ওইনা ঙাইহাক পোংথারে। ঘড়ী য়েংই। অঘুকী পুঙ তরা থরদা মহেল্লি। লেপ্লা লৈতনা চুরিবা নোং অতুনা নিংথর ফুম্বংনহল্লে। নোংগী ঈশিং অমু তেঙ্গী অতুদা য়াশিন্দুনা চান থকুবা থর শেম-শারে। নোংলিক ওইনা পাইরিবা অময়া লৈচিন অতুনা নিংথর মাইকৈ লেপ্লমু য়ারে। ঙাইহাক রাখল তৌই। থুম্লাকপনা তাক্লকপা মাইকৈ অমু মুম্না থম্লগা মানা লাক্লিবা লম্বী অতুগী য়েংথংবা লোক অমু লাম্হোক্লগা চথলগে লেপ্লে।

লোক অমু তম্না কুমথরে। অতুমু লোকুমক্তদা কুমথনবগী লম্বীদি য়ান্না ওক্লরক্লে। মুঙলাও, মুঙ্গায় অমমুং তংতনা নিঙথায়খিবগী য়াংনা চপ চপ ঙম্না মরুম ঙাক্তা থেংনরে। লোতুংইন্না থরগম্মু চংলে। উচিনলাচিন্না ঙম্নবমু কুমথরোই, নাম্মরোই তৌতুনা য়াম্না য়ানা ঈশিং চেল্লিরা লোকপান্দু য়োরে। থংহুম থংহুম হুমতুনা শিংপা হুংশিং অতুনা হুমকপা তোক্রুনবা লৈচিন অতুনা অময়া লৈচিনগী মপৈমু হোইতুনা পুথিবগুম তৌই নিংথর নোংথকলোমদ কোয়েং য়েংই। লৈচিন অমু অমুম অমুম পাথরকপগা লোয়ননা য়াংথংথিবগুম তৌরক্লে। নোংত্রু হাংগদবদি মাল্লক্লে। চৈথাংগী পরেং, লোকী মমিং উবা ফংলে। লোক অতুগী মমুঙদা হক্ষংনা লোক্তং ইন্না কাথংপা নত্তবা অমোম্না চংপা য়াবা লম্বী উদে। থর কাথংলক্লে। নোং হেক হাংখিবদুদা ঙাওইনবা য়ামথুলিং মত্নী মত্নী চেম্হোক্লকপা উই। কারু-কারগা, মখোঙ মথুং থুদেক্লপা তেঙ্গী অতুনা কম্না য়াম্না হাপচিল্লে। মথক্ত পাইরিবা লৈচিনগী মপৈনা কুম্না শুৎরবা শংবানবা অতিরদগী হুমিঙলী মশেক্লা অমুক অমুক লোকদুদা অতুনা থৈরকপদ নিংথর মাইকৈ লেপ্না হেক্লা য়ারে। য়াংচাওরবা উজাশিংনা চুংকনবা লেপতুনা

ডাক-শেন্নিবা উমংগী পুংখোয় কোয়শিনবা লোতুপগী কাখংনবা মকম য়েংবত্তবা কনা থুইনা চংলক্লে। চোংলগা বাপী-শীঙবা অমহুং নাম্নবা উরক কাওহনা যায়া যানা কাখৎলক্লে।

অঙম্বা চীঙহুম থনা কাখৎলে। মথক্তদি ফুবাক্নবা চীঙহুম অহুগী মাকন অমদি লোইরোইবনা লোইবা মাইদবা হাইথখ্রি। মাইকৈ অনিদি বাংলবা, গুক্লা মাম্নবা উমং শাগোম্নবা চীঙশাং ওইনা উরি। নাম্নবা লম্বী অহুদা কাককপগী অরাবনে, চোংলি মাল্লিবা ফিরোল অহুনগা লুয়নে চংকদোরিবা লম্বীনগা মখোঙ থঙদবগা অহিং'হুযা অহু-রাইদা লেল্লগে নিঙলে। হৌরিবা উজাওশিং অহু মুংশিবা মনম চেনবা মরেক খোকপা উনা অয়াম্বনি থল্লি। তিম্না হুংপা উশাশিংদগী তারকপা থাউজগ্নবা মরেক্কা নোংনা চোংলবা অকংবা উনা মথক্ত পুমচাই চাইনা তারি। মহুমক্তা ওইবা তাই মকম অহুরাম্নহু নাপী শীঙনা হোৎবা ওমদহনা ইকোক কোক্লিবহু। খুদোংচাগদবা মকম য়েংহনা মপোং-মচৈশিংহু থম্লে। মুংখিলগী পুঙ মরি তাগদোরম্লে। অখেম্বাঙ পায়হনা অকংবা উশা খিহনা কক্লগা মরাংকায়না পৈশিল্লি। মহাক নিঙশিংলি— অহিংদা উজাওগী মখোঙদা থক পোংথারুগনু। মরমদি চহি যাম্নবা অচৌবা উশিংনা ওক্সিজেন পীথোকপগী মহুংত লৌশিল্লগা কার্বোন দি ওক্সাইড পীথোকই। মহু মীওইবনা শোয় হোজিনবদা য়াওগ্রবদি লাইরেন উনরগা লাইচুবগা মায়ৈ। তুমযম শেমগে থল্লিবা মকম অহুদা মৈ হোৎগংহুনা মকম অহু কংহল্লে। উনা অমদি মরেকশিংহু চাক্লকপদা থঙলে—উজাওশিং অহু অয়াম্বনা মেক্রুক পাম্বীশিংনি। মৈকম অহু থর হোংদোক্লনা অকংবা মকম অহুদা তুমকম শেম্লে। মফি-মরোল অমসুং খোঙউপ লোথোকতুনা কৌদোকই। চংকদোরিবা খোঙচং অহুনা নোংদম নাইরক্তবহুদা মহাক্কা পুরক্লিবা চানবহু থল্লুবদা মিপাইরক্লে। হাংদোকতুনা য়েংই। মথংগী মুমিং ফাওবগী কোয়-নিংডাই ওইগ্রে।

রায়খুশিং অহু ফুংলগে নিঙই। অহুবু মহুনা করি খোক্লগদগে থল্লি। মহাক অহঙশিংগী বাম্বী তাগ্রে। উমংদা চংপা মতমদা

শা অমদি য়ায়খু মৈদা লৌবা য়াম্না থুদোংবীনিঙাই ওই। ময়মদি শাহিং চাবা শাশিংনা অহিংদা মনম অতুগী থোঙ্গুল লীতুনা চম্না ভয়বা হোংনরকপদা হাকথেংনবা য়াই। করি তৌসিগে থল্লি। অকংবা চাক থয়দি থাক্তুনা থম্মিঙই। থোকঅবা লাক্লনি থন্দুনা ঈশিং থয় তেক্লীতুদা হৈজিন্দুনা য়ায়থুতু ফুংলে। মনাক অতুয়ায়দা উগী ময়েক অময়ুং মনা থোমজিন্দুনা মৈ থারে। ফুংপগী অশাবা মহি অতুদা চাক অকংবা থয় তিংলে। শিদনবা থয় চারে। সুমিংচুপ্পা চোংলি-মাল্লি-রুবা, সুমিং কয়ানি অকা-অকুম চংলকপা, চান-থক্লবা লৈশিল্লক্তবা লোয়মনা চংনবগী মাইকৈ থঙলক্তবা অস্তুম থম্না থম্না তুমথখ্রে। শাহিং চাবা শাশিংগী অমদি অহিং চাক্তাবা উচেকশিংগী হায়ফম-তমফম থঙদবা য়াক্লা হৌয়বা লাউবগুম-থোংবগুম তৌবা থোঙ্হোকশিংগী থোঞ্জেলনা রাং-চাওরবা চীঙশাংশিংনা ইকোয় কোয়শিনবা থেন অহুদা থোঙ্হাং য়ৈনা ফুজিল্লক্লি। মিকপ অমগী মতুংদগীদি নিংথর অমুক তুমথবা য়াদ্রে। মৈ অতু নিংথিনা শীঙ শেমজিন্দুনা থাগৎলে। নোং ঙানবা য়ানা ঙাইয়ে।

অতৎঅথম লৈতনা তারিবা নোংমৈগী মখোল অতুনা অকি-তুজুংনা তারম্বা শা·উচেকী থোঞ্জেল অতুবু লাকহৎখ্রে। অয়ুকী পুঙ অনি তাগদোরয়ে। চাক্লিবা শীঙ অতু শংত্তোক্লে। মৈরী থোকহন্দনা অঙাঙবা মৈতাল মরক্তুদা তেক্লী অতু ওম্বোই-করিবোই তৌতুনা শা মতুম অমা অনি ফুংলে। নোংথী-নোংমংবা, গুক্লা ময়বা অহিংতুদা কোয়েং য়েংবৈজ হায়বতুমঙায় নিংথর করিস্তু উবা ফংদে মনাক্ত মুত্তুক-মুত্তুক লেপ্লিবা রাং চাওরবা উজাওশিং অতু নত্তনা। শেম-শাতুনা থয় চারে। মপুল্লিদা অমুক্ত থেংনরক্তবা কম্না থেংনয়কপতুদা মপুক্লিঙদা মঙল-মঙল থল্লি। মনে উনজরগনি থঞ্জয়ম্বতু [illegible] মঙ্গ্রা তানবঙম থোক্লগত্রা অমুকস্তু থল্লি। নোংমৈগী মখোল তাখিদবা কনা কুইখ্রে। অময়·অঙান শিয়রকপা উবদা নিংথর মপুক্লিঙ থয়ড্রি লুমখৈ। সুমিং থোরকপা ঙাইনা ঙাইনা মপোং-মচৈ লোয়ইশিল্লে। সুমিংকী মাইকৈ

য়েংলগা মাইকৈ লেপতুনা চংপা নত্তনা চৎনিঙলে হায়রুনা চংপদি য়াক্লে। মহাক খঙজরে—অচৌবা উমংদা মাইকৈ লেপ্পা অরায়বা নত্তে।

মানা রানা ভাইথরম্না, মুমিংনা চৌঙদোলদা থংচোংচোংথংলকপগুম উরকপদুদা চৌঙশাং অতুবু তুংওইননা থনম্নগা, চৌংনা লেপ্পা য়াতারিবা, রাং-চাওরবা চৌঙশাং অতু লান্দুনা চংননবা থোঙশাল্লক্লে। অতেম্বা থেনগী শরুক অতু লোইবকপদগীদি চৌঙশাং অতু লায়রবগীদমক অওম্বা শরুক্কা অমাম্বা ওইনা কাথংলক্লে। নিংথরনা থল্লিবসি খুল অমত্তং কংবা ওয়রবদি অরেপ্পা অমদি থঙবা ঙমগনি হায়বসিনি।

কোক্ত খুং হাপ্লে। মুমিং কয়ানি চংলকপগী মশা চোকথরকপা, নিংথি-মুংঙাইনা তুম্নক চারক্তবগী অরাবা, মুমিংকী মৈশানা কনথংলকপগা লোয়ননা চৌঙশাংগী লে'ইবা নাইত্রবা অওম্বা কয়া কা-কুম্নকপা, মায়োকুন্নিবা অরাবা কয়াছুগী মথক্ত লম্যাংনরকপা অতুদা নিংথর মনেগী রাথলকা ইকাও কাওবগুম তৌরক্লে। চংপবুদি চংলি হায়রবু পুরিবা মপোং-মচৈ অতুদি লায়রদনা মফি ফাওবা থোংনিঙদবা হায়রবতু য়ৌরে। রানা কাথংলক্তুনা উচিন-নাঙিম্না চৌঙয়াঙদি য়ৌরে। অতুবু অরাংবা চৌঙশাং, গুরুবা উমংগা শাগোম্নবা লোকচাও নত্তনা খুল তাবা মক্ষম অমত্তা উবা ফংদে। অরেং-অরেং পুংথৈ। ঈশিংসু য়াওত্রবতুদা চানথরুবা শেম-শাবসু য়াক্লে। ঈশিং থোকপা উগীসু হৌবা উদে। চাক অকংবা থর, শা মতুম অনি-অহুমতু নত্তনা চান-থরুবা অমত্ত য়াওক্লে। শা মতুম অমা লৌথোক্লগা চানা চানা চংলি।

নোম্ন-নোম্নগা কোক্লেং কোকফাইনা মনমদা মরুম থুই হায়রবতু ভাগ্লে। ফগত্রা থন্দুনা তৌরুবা থুদিং অরাবদা অরাবা হাপকংপা ওইনা থোকগ্লে। অরাম্বা থরদং কোকত্রা থন্দুনা চারুবা শা অতুনা থৌরাংবগী শরুক হাপকংনবা ওইগ্লে। মুমিংকী মাইকৈ লাক্তুনা চংলি হায়রবতু অভাই, অরেপ্পা পম্বুং অমা উদবনিনা কদোমদা চংকদগে থঙলক্লে। ঈশিং থৌরাংবগী থল্লুরবদি নাকন্দা উরিবা লোক অতু তম্না কুমথরগা ভাইনরিবা চৌঙশাং অতু লাম্বোক্লিঙই। অতুবু তশেংনা মহাক মতুগী অকুম-অকা অতু কিরে। চৌঙয়াঙ অতুদা অরাং পাংনা চংলে

লাত্তুরা উরি—লোকচাও অদুগী হৌরকফম ওইরিবা চীঙজাও শীতলা শুক্রবা উমংতনা লোকী লৌক্রম ওইবা লৌকশিং। লোকমতাশিংদুগী হৌরকফম ওইরিবা কোইতক তৌবা চীঙশাংদুগী চীঙয়াও তম্না চংকে নিঙলে। মরমদি মকম অদুদা ঈশিং থোকপা মকম অমদি শোইদনা লৈরবা য়াই নিঙই।

চোকথরক্রবা মশাদু মুংশাগী মৈশাদুনগা য়ৈবদা থৌরাংবগী মৈচাক হেন্না হেন্না হাপকৎলক্লে। থৌরাংবা কোকহনবা ওন্না উনা-শীঙনা নত্রগা থকপা য়াবা মহী থোকপা মহাক্না থওজবা অমত্ত হৌবা থেংনদে। উদে। উরুম থর লাংবা য়েং-য়েংদুনা চংপদি লৈপ্তে। মুংশৌ অমদি মুঙ্গারগী চীঙশা থর থেংনরকপদুদা ঈশিং থোকপা মকম অমদি লৈরমগদবা মাল্লি। চীঙ্গোল অদুগী থেকচিনবা মকম'দুদা লোকচপ অমদি লৈ। মকম'দু চোংলি-মাল্লিদি তৌই। অদুবু ঈশিং থোকপদি উদে। উরুম অমদা ক্ষমদুদা পোংথাই। মানা কল্লিবা অদুদগী থর কুমথরগা অচৌবা রাপল থর উই। মপোং-মচৈ থম্রে। থৌরাংবগী ময়াইনা তথেম্বাং পায়দুনা রাপল তম্না কুমথরে। কোয়েং য়েংদুনা মতোল শোইরোম্বা রা অমা য়াল্লে। মতাংদা থাও থা-থাদুনা য়েংই। ঈশিং য়াওবা মথাং অমদগী উতোং শেম্নগা য়াদুনা থর থকচিল্লে। থরদি ইঙলে। থৌরাংবা অদুদি কোক্লে। মীওইবগী হৌনশা—চাননবগী রাথল অমুক লাক্লে। তিঙ্গা-লাইতংবা অনৌবা রা য়েং য়েংদুনা য়াল্লে। মতাং মতাংদা হুক হুকতুনা য়েংই। য়াওরম্বা রাতিল লৌদুনা উতোং অমদা হাপচিল্লি। ফনা শাংবা রাগী উতোং অদু থংকোক তৌরে। রা মতাং অশাংবা কক্তুনা শেম্নগা রাদা য়াওবা ঈশিং চি-চিদুনা হৈজিল্লে। রাতিল অমম্বুং ঈশিংগী উতোং পুদুনা কাথংলক্লে।

মৈ হৌগিংলে। তেক্সী অতুদা রাতিল থর তৌরে। ঈশিং থর অমুক হৈজিল্লে। তেমা পাইবী মনা খুবাম অমা হেক্রগা থং-থংদুনা কুংশিন্নে। অকংবা চাক অমম্বুং খুম-মোয়োক হাপচিন্দুনা চগেম পোম্বগুম থোংলে। অয়াম-থৌরাংবনা লাকহৎলবা মতমদুদা হাওতনা

নৈথিল্লে। চাখোক্লে। ঈশিং থর থকচিল্লে। অরেম্বা ঈশিং অত্থু ক্লাঙ্কতা হৈদ্জিল্লে। ফুংথিনগী পুং অমা মাগনৌরে। মতম নৈল্লে খল্লুনা অমুক চংপা হৌরে। চংনা চংনা চাবা য়াবা মনা-মশীঙ হেক উবগা থংত্থুনা হাপচিল্লি। চৌঙোল অত্থু লাম্থোক্লে। মত্থু কাওবদা খুল অমত্তা উবা ফংদে। হুমিংনা নোংচুপ চৌঙথোল ভম্লকপা মাইকৈ অদোমদা নিংথরম্থু চংলি। অরাংবা চৌঙ্গাঙ অত্থুদগী কুমথরক্তুনা অঙম্বা শরুক লোইরকপা অকেম্বা চৌঙ্গাঙ অনিগী ভাইনবত্থুদা পাক-চাওরবা মুঙশৌ-মুঙ্গায় মরক্তগী ঈফুং থোকপা উই। পীক্রবা ইফুং অত্থুগী ঈশিং অত্থু উনানা কোন্নুনা শেম্লগা ভেল্লী অমস্থুং ক্লাঙ্ক অত্থু য়াম্না রানা থল্লল্লে। অভেম্বা চৌঙ্গাঙ অত্থুদা হুমিংক মায়োক্লনা চংলে।

চাওর-চাওরবা উমংশিং অত্থুগী মরক্ত লম্মাংনবগী লোইবা নাইরবা লম্বী অত্থু চংপদা পাঙ্গল-লৌশিং পুম্বা চোকথরে। ফুংথিলগী পুং অহুম থর হেল্লকপা কাওবদা খুল অমত্তা উবা ফংদে। খুদোং থর চারিঙৈত্থুদা অহিংত্থু অত্থুবাইদা লেল্লগে নিঙলে। শীঙ-য়েল মরাংকায়না পৈশিল্লে। মফমচাবা য়েংত্থুনা হিপকম শেল্লে। মনাক্তা মৈ হৌগৎলে। রাত্তিল থরত্থুগা মনা মশীঙ অমস্থুং অকংবা চাক থরত্থুগা থোংলে। শা অয়াইবা মতুম অনিত্থনা অয়ুক্তী থল্লে। শায়নিঙবগী রাথল পোক্তে। হুমিং হেক ভারকপত্থুদা অখোংবত্থু চারে। শীঙত্থু নিংথিনা শেমজিল্লগা মহাক হিপথরে।

মও ওই, হা ওই, মশা অত্থু অফা-অপুন্নবগুম ভোরক্তুনা মিকপ থোকই। গুক্না ময়বা অহিংত্থু, অশোঙবা উমংগা ওইবগা শাথীনা মমই। অনকপদা হৌরিবা উপালশিং অত্থুফাওবা লাকশিন্না উবা য়ারে। মৈ অত্থুস্থু কুইনা শেখীব্রবত্থুদা উংনা ইওম ওমশিন্দুনা মৈ নৈ[illegible] ভোরে। মৈত্থু শেমজিনগে নিঙই। অত্থুবু মশা অত্থু কন্না য়েংশিন পুনশিনবগুম ভোই। লেঙবা ইয়া য়াদে। মথুং ওই অত্থুস্থু কাজিনবগুম ভোই, মথো[illegible] অত্থুস্থু। মশা থংলিবা মথুং য়েং অত্থুদি লেঙবা য়াবগুম ভোই। মঙক অত্থু থজিক্তং নৈত্থুনা য়ান্না চিংননা য়েংই। ইমেম নেম্বা, উচুংগুম, অমা নাপী নকুল মরাদা নৈবগুম উই। য়ান্না

চিংনরকই। তগা মখুৎ য়েং অতুনা মৈহুম অমা মাহুনা পাররে। কং কং হাইহুনা য়েংই। মৈথি য়াওরি। থরগা কন্না হাই। মৈরী হাইকেং থোক্লকই। হুৎহু হাইবগা লোয়নবা মৈরী থোক্লবা মৈহুম অতুনা মানা উখিবা উচুংগুম্বা অতুদা চুবোই করিবোই ইনশিল্লি। খঙহৌ-দনা মশাহু থর কোমথোকপগুম ভোই। থরগা কন্না হাইরগা অমুক্তু চুশিল্লি। মৈনা চুশিনবা খুদিংগী মশাহু পুম্নমকপা অন্নুম থর থর থাদোক্লকপগুম্না কোমথোক্লকই। অতুগা উচুং অতুদি ইরেং লেঙদনা উই। হন্না হন্না হাই হাইহুনা চুশিল্লি। মশাহু পুমকোম কোয়েং থঙ-লবদা ফুক হৌগৎতুনা মখুৎ ওইনা অতোপ্পা মৈহুম অমগা পাররৎতুনা হাই হাইহুনা চুশিল্লি। থজিক থজিক হন্দোকথিবগুমদি তৌই। মৈহুমশিং অতু হুম হুমহুনা মৈহু থাগৎলে। নিংথর উচুং অতুদা মুন্না য়েংই। মপুক্লিগুম্বা অঙকপা অমসু ফাওই।

উচুং অহু হান্না লৈরম্বা মকম অতুদগী থর চংথোকখিবগুম উই। মৈ অতুনা ভুং-ভুং চাকথংলকপা মতমদদি করি অমা ফাওবা লেঙবা উদে। উচুং অতুগা মায়োক্লনা মৈ অতুগী রাংমদা কমহুনা ভাইহাক য়েংই। করিসু অহোংবা উদে। ঘড়ী য়েংই। অরুভী পুঙ অমা তাকাৎত্রি। মনা শীঙনা থরহুগা শা মতুম অনিতুগা ফুংকৎলে। অমম-অতান শিন্নরকপা, চিংথৈ ফিতুপ হুল্লকপহুদা চানবা থরহু চারে। মহাক উচুং অতুদা অমুক অমুক য়েংবদি লেপ্তে। মানা থক্লিবসি লোং হেক ভানবগা চিংনরিবা উচুংহুগী অশোংবা থঙলে হাররবশিনি। মহাক্না হান্না চিংনরকপগী মরম্না তুমফম অতু শেম শাবা মতমদা মহু উখিদে।

লোং পুমভাল ভাল্লে। মখুৎ ওইনা অচাকপা মৈহুম অচোবা অমা অতুগা মখুৎ য়েংনা তথেম্বাও পর্বতগী উচুং অতু তন্না চঙশিল্লি। শিং নানবগুম উই। মশা অমসুং মীনা শানবগী মতংসু লৈতে। মথা থংবা শরুক্কা থিন্দোক্লিবশিং অতুসু পুংকক্তমক চাওবা উরাঙুম্না লৈবাক্ত চঙখিবগুম উই। ভুমিংনা তরং তরং থোক্লকপহুদদি নিংথিনা উরে— মহু উচুংদি নংত্রে। থাকী লৈহাউগী পাম্বীগুম্না পুমবুম্না শিং শাল্লি। মশাসু হাইকেং মানবা মরাঙুম্না উরিবা অতুহু মনা পামবা থাকী

লৈরাংউঠী মপাম্মা মারুরণ তৌই। মৈহুম মখামতু নাকল অমদা পৈশিন্দুনা মৈ-কাংলি। উয়ে—মরাংশা চেংবাক মৈশিলমশিংছু মরেঙ-মরেঙ চৎপগুম তৌরম্মে। নিংথরু পায়খিবা থাঙজুনা যাইকনসিবা থল্লি। অহনুবু-কলি থোক্লকদগে চিংনরকুনা তৌৱে। পুনা যাওনা মপোৎ মচৈ পুরগা মকমতু কাদোক্লে। শাগী মপোপ কামত্রিবা শরু পোলাং থেংনৈ। থরনা নিঙথায়তুনা মচোই-মচোই নোংথাঙ চানা তাবমু য়াওই। মতু উরগা হেন্না মুংশা থীরকুনা চেনচৎ চংলি। নিংথর রাখল অমা ফাওরক্লে। মহাক্না থেংনরম্বা উচুং যানবতু ঈ থকুনা হিংবা শা মথল অমা শোইদনা ওইরমগনি। উগী মবা যানবশিং অতুনা মরাইবক থীরবা শাশিং য়েংশিন্দুনা ফায়গা ঈ চুম্মা ওইরম্বা তাই। অতুগুম্বা শাশিংগী শরু ওইরম্বা য়াই মানা থেংনরিবা শরুশিংছু। মতু চুংলকই নিঙশিংলুবদা। মৈতুমক লৈরমজরবদি শাশিং অতুগী মরাই-বক মঙোন্দমু শোইদনা থোক্লমগনি নিঙই।

অমুক্তী পুঙ মাপল থর হেল্লকপদা শীক্লবা ইকোক কোকপা শাশিংনা ভংভনা চৎপগুম্বা শরম অমদি থেংনরে। মতুগী মতুংইন্না লেপুনা চংলি। নিংখি-মুংঙাইনা তুমক-চাওরক্তবা অমসুং লমশাং চৎলকপগী অম্না চৈথেং ফাওরকপগুম তৌরে। মথোঙ ফাওবা থাং-নিঙলক্লে। থেক্না থোয়না চংলিবা লম্বীতু থংনা লোক মচা অমা লৈবা উই। ঈশিং চেনবদি উদে, চেনখিবগী মরমদি লৈ। চোংলি-চাংলিবা মুঙচাক নঙনা ঈশিং তুংবা মফম উদে। মপোৎ-মচৈ থম্লে। পাক্লক তৌবা মফম অমা য়েংলগা ভথেম্বাঙ অহুনা হোৎপোই, তৌবোই তৌহুনা থুহুপ অমমুক লুনা কোম অমা হন্দোক্লে। ঙাইহাক লেংই। ভম্না তম্না কোম অতু ঈশিংনা থনগৎলকপগুম তৌই। অনৈরা ঈশিংছু ফমথবা ঙাইবা ওইনা হৌগংতুনা লেংথংলুবদা লমু পাম্বী থর হৌবা উই। মতু তম্না কাখংলে। খিন্দোক্লকপদা ঙাকরিবা থবো অহুমথক মালপা কুমথরক্লে। লম্বীতুগী মখাদা মৈ হৌগংলে। লমু থরোশিংছু লৌশিন্নে। ঈশিংছু লেংই। লৈনাওগী শরুক কমজিনখিহনা নিংথিনা লুক্লে। ভংহুনা য়েংই। থর থকচিন্নে। তম্না ঈশিংছু শোকচিল্লি।

মুঙশাক অমা-অমি হাইগংতুনা লেংই। খুবীমুক পাকপা ওাঙলৈনবা মায়থু চেংহোক্লকপা উই। মথোঙ-মখুং খুদেকতুনা তেম্নীদা হাপচিল্লি। তেম্বী অদু থংকোক তৌবা মায়থুদু ফুংলে। খুম-মোয়োক থম্বগা মায়থু অমস্তুং লকু থরো অরোবদুগা চারে। পুকী অম্বাম্বা কোক্ত্রবদু মশাদি থম্ব তেকথংপগুম তৌই। লমথুংফম থঙজিনবা খোঙচং অদু অমুক খোঙশানবা হৌরে।

ফুংথিলগী পুঙ অমা তারয়ে। রামনথ্রদুনা মুঙজাও অমগী মরাদা মপোং-মচৈশিংদু থম্নে। ওাইহাক পোংথাগে থন্দুনা কমথৈ। মহাক্না কম্নিবদুগী মথাদা ইরাপ-লাগুনা কোয়পাক্লবা থেন অমদা ইরং লংনা ঈশিং পাক্না লৈবা উই। পাংথী কোমথী ওইনা তৌবা ঈপাক অদুদা অচৌবা উচেক অমা চাক্তারিবদু উরক্লে। লীরুং তেন পায়দুনা লুমদুনা চঙশিল্লে। তেম্বা থোংলে। অদুবু উচেক অদু মথক থঙলক্লবদা তেম্বৈ অদু কাপথোকপা ঙমদ্রে। নিংথর রাখলগী অচৌবা লান অমা মপুক্কিঙদা শোক্লরক্লে। নাকন অমনা অহেন-লমনশিংগী পাওতাক লৌদুনা উচেক অদুবু হাংতবা, অমনা উচেক অদু হাংলগা মহাকী অরাম্বা কোক্লবা অসিনি মানা লেপকদৌরিবা। মথং মথং থল্লকই—অহলশিংগী পাওতাকনা খুদোংথীবা কম্না মায়োক্লবা ঙম্লক্লি-বনি। অহলগী পাওতাকপু মীরায়বা হায়বসি মশাবু মশানা মীরায়-অবনি থন্দুনা তেম্বৈ'দু হজিল্লে। নিঙশিংলকই মপানা হায়খিবা—"করিগুম্বদম্সু নাইতোম চাক্তাবা উচেক লাংমৈদোং হাংলোইদৌবনি। মথোয়দি অমোয়া মথবাক অমস্তুং মবুকী মতু শিং নাম্না ফোইদংলগা মরুমগী মথা থারগা মরুম কোয়্রি❃ মহুম অদুম্সু মথক্ত চদু মথুম থুক্ত গুম্না লৈথোম অমদি উনা-শীঙনানা অমোম অদুগী মঙক লিথংকমদমক থাক্লগা নিংথিনা থুমজিল্লি। লাবা অদুনা কোয়না চাক্তাক্লবা হম্নরুগা খোংদুনা অমোম অদুদা তাকই। মচিঞ্জাক পুরক্লে থঙলদুনা অমোম অদু মঙক থিনগংলকই। লাবদুনা মচিঞ্জাক ইনখি। অদুগুম্বা মঙলবা নাইতোম চাক্তাবা লাংমৈদোং লাববু হাংতোকপীরবদি চাদবা অমদুং

মপান থৌকপা' ঙমবদগী মপী মচা পুন্না মকোন মন্নুঙদা শিন্মিরে।"
নিংথৌ চনিঙমল্লবদি লেত্তুনা ভোকই থন্নুনা মাগী পোৎ-চৈ থনম্লিবা
মুঙজাও অহুগী মমাক্ত কাথংলক্লে।

মুঙজাও অহুদা ঙাহনা মথোক্ত ভিংথোক্লগা কন্মী। মমিং উই-
শিন্দুনা শয়ত্রবা রাথল ঙাক্ত থল্লি। থঙপ্রেক থঙনা মমিং পাঙথোক্তুনা
কম্না লাউবগুম ভাথিবা খোঙ্গ্রেলহু করিনো থম্না কোয়েং য়েংই।
মায়বা ফিজোলদা মতিকচানা থুংলায় পায়বা ময়ায়া মহাকপু কোয়-
শিন্দুনা লেপ্লম্বহু উরক্লে। নিংথৌ ইঙক ঙকই। লুচিংবহুনা মাগী
মপোৎ-মচৈহু কাক-শেংতুনা য়েংই। লুচিংবা অহুগী ইঙ্গিৎ মতুংইন্না
নিংথৌ মপোৎ-মচৈশিং'হু পুরগা মমাঙদা চংলিবা অনিহুগী মতুংইল্লি।
শেন্ন শেন্নগা য়োং মাল্লি, থল্ল থল্লগা কোইজোম্বা থেংনৈ থন্দুনা
ময়াইবক্লা পুরিবা মকম অহুদা লেমহৌবা ময়াম অহুনা মাবু হোইব-
গুম্না চংমিন্নরে। রা-লান অমত্ত ঙাঙনদনা কনা শাংনা কারক্লে।
মমিং তানিং তানিং তৌরকপা মতম'হুদা ফুবাক্লবা চৌঙদোল অমা
য়ৌরে। মকম অহুদগী'দি য়াম্না তাম্না-তাম্ননা থুল থরদি উই। পাক্তক
তৌবা লম্পাক অহুগী মতাই ওইরপ্না অপীকপা মুমশিং ইকোয়-কোয়না
লৈ। ময়ায় অহু অপাকপা গুমাঙগুম্না উ-রা হৌদবা, অমোনবা নাপী-
তনা কুপ্না লম্পাক ওইনা তৌই। রাচেৎনা ফক্লাং থাবা, থোঙমু
রাচেৎনা ওইবা য়ুম মচা অমদা নিংথৌবু পুশিল্লে। মথোয়দা মাবু
ফাহুনা পুরকপগী মরম হংই লুচিংবহুনা খুল্লকই—'নঙবু ফারিবগী
মরমদা নত্তে, নঙনা হিংবা নত্রগা শিবগী রায়েনবীরগদবা অমা লাক্লগা
নঙ অহুম থঙজরনি। মহাক লাক্তি্রবা ফাওবদি নঙ রায়বমু রানা
প্যোৎথারো। মথোয় ময়ামহু নোক্ল-নোক্লহুনা থরনা মাগী মপোৎ মচৈ
শিংহু লোথোক্তুনা থমজিল্লি। থরনা মাগী মথুৎ অনিহু তুংবুন্নরা
উথোক্ত অমা কোন্না পুনশিল্লি। করিন্নু থৌশা-রাশাদনা মুমশিং অহুদা
চংনক্লে। মনেগী রাথলগী মহৎতা হিংবা নত্রগা শিবগী রায়েন ঙাইবা
ঙারকপহুদা রাথল থোক্লক্লে। কময়ুংবরে। রানা মাগী লাইবক
লেম্নীরগদবা মহাকহু ঙাইবদা তারে।

মরি-মরিরকপা মতম অহুমা মহাক্কী মনাক্ত লেপ্পমিন্না তুপা অহুম নিংথৌ মমাক্ত থাজংতুনা লেংই। অহম ওইরূপ তৌরা তুপা অহু লোইদনা মানা রানা ঙাইরিবহু ওইরমগনি থক্লি। নৌবিবা মায়থোং অহু উবদা হাইকেং থক্কানবগুম তৌনা তুপা অহুনা নিংথৌবু কাঙকপশিং'হু কোহুম্বা বা থব হংই। পুম্নিবা অহু থাদোকহল্লে। ইমুঙমা পুশিন্দুনা কৰহল্লি। তুপাহুনা হংলকই,

—নঙ ভাংথুল মচারা ?

—উম ! ঐ ভাংথুলনি।

—নমিংদি করি কৌই ?

—নিংথৌর কৌই।

—নঙদি মকম অসিদা করি তৌবা লাক্লিবা ?

তুপা অহুনা হংলকপা বাহংগী পাওথুম ওইনা মনেগী থোহুম লীরকপদা লম্মাংনহুনা মকম অহু তোরকপগী মরম তুগাইনা বারী লীহুনা ভাহল্লে। মুন্না ভারপা তুপাহুনা অমুক হংলকই,

—নঙ করি থবক তৌই ?

—কন্নিন্থু তৌদে। লাইরিক তম্লি।

—কদাইদা তম্মী।

—তম্পাক্ত—; ইম্ফালদ তম্মী।

—ইম্ফালগী কদায়দা লৈ ?

—থাংমৈবন্দদা. ঐগী ইপাগী মরূপ অমগী য়ুমদা লৈ।

—য়ুম মপু অহুগী মমিংদি করি কৌই ?

—বোরাজাও কৌই। মপুকম্থু হান্না কৈ। ঐবুম্থু মানা মচাগুম্না লুনা তৌবী।

—মাগী তুপী অহুগী মমিংদি থঙব্রা ?

—থঙই। তুংশিতোম্বী কৌই।

—মথোয়গীদি মচা কয়া লৈরে ?

—তুপা, ঐগী ইয়ামা অমপা ইচল তুপী অমপা অনি [illegible] মথোয়বু থঙব্রা ?

—উম! শেউই! অরোয়দি য়ায়া-তুংঙাইনা লৈরা?

—তুংঙাইবদি থুওয়াই। অহুব অকল! য়ুম অহুদা কা অমা লৈ। মীতি কনাসু লৈতবগুম তৌই। কমুতসু লৈ। লাইরিক পাকম, এ:! করি করি য়ায়া লৈ। মুমিদাং থুদিং ইমাহুনা ইবুংঙো তুম্মো হায়। অমুক থুদিংসু কৌহুনা হৌগংলো অহুম হায়। করিনো হায়বদি ঐনদি থগদে। হংবসু অমুক চৈগদরা কিবা, অহুনা হংবসু হংদে। ইমা অহু কপ্পগুমসু তৌই। অহু নত্তবা অতৈদি করিসু লৈতেদা অকল!

য়ায়া চমকবা নিংথরগী মতৌহু উরগা য়ানা থুম্রক-হায়রক্লিবহুদা মুপা অহু থাজবা পোকপগুম তৌই। মতৌহুদা নত্তবা রাথল চেম্রম-গমবসু মান্দনা উই। মাগী বারীদগী মুমিং কয়ানি চাকম-তুমকম থগলক্কে, হায়বসু থগলে। মুমিদাংগী চাক চানবা মতমহুদা মথোয় অনি চামিন্ননবা থৌরাং তৌরে। অরাম খৌরাংবনা চোকথরবা পাখঙ অহু হাওশল শেগায়বদা কুম্না নবগুম্না হাপ্লিমথৈ ওকপা নাইদে। য়ায়া অমা হাওবা পাখঙ'হুনা চাবা উরগা তুংঙাইবা অমা য়াওবা চাক-সেনশাং হাপ-হাপহুনা পীজে। অহল অহুদি মথুং থাহুনা মাগী মথৌ য়েংলি। চাবা-থকপা হেক লোইবগা কোন·লিক ফেংদোক-চামথোক্লবা নিংথরনা হোংনৈ। মুপা অহু করিমতা হায়দে, তুমিন য়েংহুনা অহুম লৈ। কোনশলিক অহু থমজিল্লগা নিংথরনা মুপাহুদা মাগী মপোৎ-মচৈ হংই। মুপাহুনা হৌগৎলগা নিংথরগী পোৎ-চৈহু কুপ্না য়েংই। চিংনি-নিঙাই ওইঘা করিমতা য়াওরমদবহুদা মতোন্দা শিমৈ। হংলকই,

—পাখঙ! নঙনা পুরিবা থুংশু-থুংলাইশিং অসিবু শিজিন্নরা হৈত্রনে?

—উম! হৈ। অহু—অকল! ঐদি অমুক অঙনবদা মুমিং থুদিং শাগৈ। হয়েং অমুক ঐনা শায়রবদা মী অতৈনা শাওরক্রা?

—শাওরোই শাগ্নো। নঙ লোয়না চেনখিগে থনগমু। অহুম তৌরবদি নঙ থুরোংথীমনিকো।

—চেপ্লোইদা অকল! মহুনা ঐতোন্দা করি কায়গনা?

অহল অচুনা অতোপ্পা অমা কৌরগা রা থম হায়। মাগী হিনকম শেম্রহুনা রারী শানা শানা নিংথম হিল্লে। ভুমিং কয়াদিগী খোঙচত্তা চোঁকথরবা পাথঙ অচু কৌবা ভাদবমথৈ ভমথল্লে। কি অমা গুপচিন-খীরল্লগা অহল অচু থোকল্লে।

য়েন্না থোম্বাং রৈনা খোংলকপগা লোয়নদা নিংথম ম্নিপক থোক্লে। অহিংচুমদি মা নিংথিনা তুম্বা কংজরে। অচুবু মিকপ থোক্লকপদগীদি শকথঙদবশিং অচুনা কম্নি তৌরকদগে খনবদা লৈত্তাকম থঙদে। পুম্নম মম্মী। করিগুম্বা অমত্ত উদে। কনা কুইনা রাখল খন্মুনা হিপ্পী। মাদা অচুক রানা হোংনজরিবা অচু মরাইবক্তা করি ভম্নমগদবা থল্লি। লমগী উচেক-রারাশিং খোংলক্লে। রাচেংকী খোঙ অমম্বুং ফক্লাংগী অহোবা লিং-লিংচুনা কোরোগী মঙালনা ইমুঙগী অনম্বু থম থম ইম্বোকখিবগুম তৌরক্লে। নিংথম হোগংচুনা খোঙ হাংদোক্লে। কনাগুম্বা অমত্তা হোগংনবদি উক্রি। মমায় মমিং তাথোক্লে। হোনবী মফি-মরোল শেংচিল্লে। মাগী থাঙশাং অচু পারহুনা গুমাঙ অচুদা থোরক্লে। করিগুম্বা চিংনবা রাখল অমত্ত লৈত্তবগুম্বা লাউ-খোংচুনা শাম্নরি। মাবা তৌম্নিবচু মকম অচুবু ভাক-শেল্লিবশিং অচুনদি চেক-শিন্না য়েংলি।

তুম্নম্বশিং হোগংনরক্লে। ইকোম কোম্নমা য়েংনৈ। অমুক্তী মেঙ-লবা, ভাঙলৈনবা ভুমিংকী মশেক মঙাল মরক্তা পাথঙ অচুনা থাঙশাং হাইচুনা শাম্নরিবচু মিংকম হোংদবমথৈ য়েংনৈ। কনানা থাগংচুনা লাউরকপম্মু মাওরি। অহল অচুদি ইমুন মুনবগু তোল্লে। শান্নবা হেক লোইবগা নিংথম মোমোন নোক্কুনা অহল অচুগী মনাক্তা চঙশিল-লকই। হয়াওনা মনঙন্দা পোপ পোপ ফুই। মনাক্ত কমহল্লি। পীক-পীথকই। হায়রকই,

—পাথঙ! নঙ ঐগী ইনাক্ত ভুমিং থমনিজং লৈয়ুদনা। সিদা লৈরিবা ইনাওশিং অসিবুম্মু থম তম্বীরমউ।

—অহল! শাম্নমিম্নবদি রাবনি। অচুবু তমগী বান্না মায়দি ইমানা ঐনা ইনে খিনবগীদমক ভুমিং ভরামঙাখকী মতম পীরিবিরা ভুমিং

—তরাঙ্গৎপি চৎলিরমগনি। হাইরিবা লৈপ্লাকললি ঐবু হাকনা ইচিন থম্মুনা য়ান্না শাওবীগনি।

—নঙ মকিম্ন্নবগী শীরনাদু। মরুবাক্তনা শাওনবা ঐনা কন্না হৎবীলনি—অরিবাগী শোইদনা লৈরাক্লগনি।

কান্নে ফুই, কান্নে ফুই নিংথর হাইরিকম তৌকম থঙত্রে। "নুমিৎ নিনিথকুৎ শাল্লমিরগে হায়নরে। লৈরম্লিবা মহাক পামজবা থরগা শাল্লমিরে। থঙহৌদে, নুমিৎ নিনি হৌখ্রে। মিংথৈম চৎলাগে হায়রজবসু ওমজদা য়াম্না য়াবে। খ্রো খ্রো খোংতুনা থাওবা হৎরিবদু য়োরে। মামা য়াম্না চৎনিঙবগী খোমরাংবা মতৌদু উরগা অহল অদু লুকুঙইরক্লমাবে নুমিদাংবাম্নরম অদুদা নিংথর অমদি নহাশিংদু কৌশিল্লে। অদুগা নিংথরদা হায়,

—পাথঙ! নঙ য়াম্না চংনিঙলে। ঐ থঙই। ওসি নুমিদাং ঐখোয় পুন্না লুকুঙইনা চাক চামিন্নরসি। ছয়েং অবুক মঙবু খিজোকপীরিগনি। অদুনা মঙনা লম্পাক্ত লৈরিবা য়েনবা খুইদগী চাওবা অদি অসি অমিরক কাপ্লদা হাংকৈবা নত্রগা কাগেন্না তৌ।

অহল অদুনা য়াম্না লুনা থমজবা য়েনবা ওাক্তনি। মতমদু য়েনশাংগীদমক থর য়াবা মতাং অমা থোক্তুনা অতোপ্পা পীজনিঙাই লৈত্তে। অমরোমদসু পাথঙ অদুগী হৈ-শিংবা অদুসু য়েংনিঙই। লৈত্রগা মচং চায় হায়নবগুম নুমিদাংগী চাক্লেন অদুগী য়েনশাং য়েনবা অনি অদুদা তাপ্রে। নিংথর মাগী লীরুংদু শায়রোংগী লীরী পানশিল্লি। অরুম্বা মরু অনি থল্লে। চেং থর অহাওবা য়েংদুনা চাইথোকই। য়েন মরাম চেনশিল্লকুনা চারি। শায়রোং অদু মরু হাপ্লগা মচিন্না ‘ক্র-য়েং’ লাউনা থোংই। য়েনবা অনীদু মাবা থোংলিবা অদুম্না থোংই। য়েনবী য়েন্নাওশিংদু মকম মরাং তন্না চেনশিন্নুবা লোংনৈ। মঙক থাক্তংতুনা, চেপ্পা নোংথক্তা য়েংলিবা য়েনবা অমা মকোক শায়রোং অদুনা থাই। মকোকু লৈবাক্ত য়ুংশিল্লগা মশাদু কোয়নৈ নৈ। অতোপ্পা য়েনবা অদুনা ওাওরবা য়েন অদুগী মনাক্ত চেনশিন্নুনা থোম্বোক অদুমক

থোঁংনগা মঙক কন্নোকুনা লেই। মতুমমু কাপ্লে। লেংজিবশিংতু মথয়াই তানা নোকই। থুবাক থুনৈ।

চুমিদাং অতুদা মথোয় ময়াম হরাও-নুংঙাইনা চাখিরে। নিংথর, অহলতুগা কমিয়তুনা য়ামী শাঠৈ। মৈথেং উপুওবা অপীকপা য়াম্মা চেকশিন্না য়োম্বা পোথয়োম অমা নিংথরম পী। অতুগা হায়,

—ঐনা পীরিবসি নঙগী অমগী বাবাগা ইমাগক্তা পীয়ু। নঙগী শরুকসু য়াওরিবনি। য়াম্মা চেকশিন্ন পুগদবনি। মথোয়গী মথুং য়োন্থিবা কাওবা হাংদোক্লোইদোবনি। সে! অইবা চে অসিনা নঙনা হয়েং থুংগদৌরিবা থুল অতুগী থুম্লাকপদা পীয়ু। মানা নঙগী মতেং পাংবীগনি। করিগুম্বদা ঐথোয় অনি উনবদা নঙ ঐবু শক খঙগজ্রা?

—উম! খঙগনি। অঙ্কলনা হায়বা থুদিং তৌগনি।

পুক্লিঙ শেংনা মশানা মশাবু থাজবা মীদি মাগী লাইবক্ত লাইনম্মু লেপ্লী। মতৌশাগুম, মহাকী হৌনবী লোইশিল্লে। চাক থয় চারে। চয়োম য়োম্নে। অহল অতুনা লফোয়-য়েরুম থয় হাপ্লীরে। মথুং শোকুতুনা কায়নরে। থরনা নিংথরবু থিন্দোকপীরক্লে। ফনা শাংনা থিন্দোকপীরক্লে। মানা চংকদবা লম্বী'তু নিংথিনা তাকপীরম্লগা মথুং শোকুতুনা মথোয় কায়নরে। অবাবা পুম্নমক্ক কাওথোক্কনা নিংথর মনেগী য়াথলদা থুনতু পাংলক্লে।

## ৮

# লৈরক অমা লৈশক অমা

পামদা থবক রানা শুরুবগী হল্লকপশিং, ঈশিং লোকপা হল্লকপা লৈশাবীশিং, চোং-ফন্দুনা শাররম্বা অঙাংশিং নিংথরকা মুনা মুনা লেংলৈ। অহল অচুনা তাকপিরকপা খুল্লাকপা অচুগী মুম মানবা য়েং-য়েংচুনা খুল অচুদা লেপ্তুনা চঙশিল্লি। মুপা অমনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্ককপা মুম অচুদা চঙশিল্লে। খুল্লাকপা-খুল্লাকপী অনিচু নহানি। শিন্নরকপা চে অচু মঙোন্দা পী। য়েংলগা নিংথরবু ফুন্না অচুদা কৌ-শিন্দুনা কমহল্লি। মতৈ-মনাও অনি করিনো ঙাওনৈ। নিংথর করি হায়রিবনো থঙদে। 'জেমস' হায়বদি য়ায়া তোম্বনা পল্লি। মানা খল্লি—লৈহৌরিবা অহল অচু জেমস কৌরম্বা তাই। তাংখুলগী মুম অমগী চংনবী ইমুঙ অচুদদি ইউ-উদে। নিংথরনা তম্নাচংপী অচুমথক মুপী অচুদা চেং থম্বগা য়েকম থম্বগা পীম্ব হায়দনা পী। মুপী'চু নোকফেং-নোকফেং তোরগা পৈশাচু লোই। হাইফেং য়েংলগা খুল্লাক-পম্বা হংলকই

—করি লৌগে হায়বনো?

—ঐদি হয়েং য়াম্না ওম্না অয়ুক্তা চংকনি। অচুনা চাক থর চারগা চংনিঙবনি। অচুগা লম্বীদমু চানিঙাই য়েকম থর পাম্বনি।

—নঙদি কনা খুল্দা থুংগে হায়রম্বা?

—লোয়া খুন্দা খুংগে।

—করি তৌগেয়া ?

—ঐগী ইনে অমা লৈ। মাবু অমুত্তং উনগে।

মুপা অমা চঙলকই, চিবোন-চিবোন তৌনরগা নিংথরদা হাইকেং য়েংলমগা থোকখি। ঙাইহাক লৈর থর অমুক চঙলকই। রা থর মুগুক মুগুক গাঙনরগা থোকখি। চঙসক্লিবা কনা অমত্তনা মঙোন্দা করিগুম্বা অমত্ত হায়রম হংলমদে। নিংথর মতৌচুদা ইচিং চিংবৈ। মপৌৎ মচৈ নিংথিনা লোইশিল্লগা ফুঙ্গা মনাক্ত লৈবা উককী কাল অমদা চুমন্না কমী। মতাইকনা মমাংবু মুককশিন্দবা য়াদবনিনা উদশিন্না মিংলাওবী, চাদশিন্না চথোম চাও হায়নবগুম খঙশিন-উশিন্নদবা শাহুনা কম্মী। করি তৌরকদগে হায়বসিমদি খল্লি-য়েংই। মুপী চুনা চেং থর পুথোক্তুনা চীক থোংবীরে। থর চাঁরগা নিংথর হিংলে। মুমিংতু মহাক শান্নথোংনবগী বাথলকা চঙলে।

হৌদলানি—মৌরা কত্তবা শিবা ঙাইবা, মচা কত্তবা চাঁওবা ঙাইবা। খুনথুগী মীশিংগী চংনথোক্লিচং খঙকবনিনা নিংথর ইচিংচিংবৈ। লোন-লীগা তিন্নজে, খনু-খল্লুরগা মপুক্লিত্ত লৈতানা চুবা উমজে। মকম অচুবাইগী চংথোক-চংশিনগী লম্বী মুন্না খঙলমবদি মহাক মকম অচুদা পন্দুনা লৈরম্লোই। ঙাচৌনা চেন-তৌখবগী মথোল তাবদা ফাঁওবা মহাক মপুক্লিত্ত লৈতাদরে। রায়বন্দু য়ামা নৌথত্তানিকা ঙাইবা মত্তনা অতোপ্পা পাথৈ অমা লৈতে।" ঙাইবা হায়বসিমন্দু অঙাব-শিংগী মরক্ত অমানি। তোচ কাপ-কাপতুনা খড়ী য়েংবদা রাখল অমাদি অমিং চোকখিরে। নৌংয়াই চবুক বিত্তং হেক লাল্লকপগা হৌগৎতুনা মমাঙ্গ-মমিং তাথৌরে। মুপীচুনা পীবা চেং খমহু চকু মচা অমা লৌথোক্তুনা থোঙ্গংলে। মপোৎ-মচৈ নিংথিনা শেমজিল্লে। ঙাইহাকী তুংদা মুপী অহুম্ব হৌগৎলরে। মানা শা মতুম থর পী। মাগী হাঙ্গত য়েংলগা চকু অমা লৌথোক্তুনা কুংকৎলে। শান্নথোংনবক চঙদে। খুনা মকমহু বাদোক্লবা হৌৎনা মলি লাইহিনিত উইরে। [illegible] চারে। থরনা অফুংগা শা মতুম অমাংঅানিগা য়োংশিল্লে [illegible] শাখত

অহুনা তৌরিবা য়াম্না চংলিঙবগী মতৌহু উবদা থুন্নাকপহু হৌদোক্লে। নিংথরদা য়াবা চংকদবা লম্বী অহু ভাকপীরে। নোংভাল্লকপা উবদা নিংথর মপুক্লিঙ ইরুম লূবগুম তৌই। মপোং-মচৈ শেম-শাহুনা মথুং শোক্লরম্লগা খোঙশানবা হৌরে। থুগহু তুংগইনরম্লে। মতু মমান থর খিঙজবগুম তৌই। মশাহু লুক্রাকমুক য়াংনা হুংশিংকী মাঙথান চেনবা ঙমজগদবোই নিঙই।

নপচোবগা নপচোবগা, ভিজোবীগা ভিজোবীগা, মচু মান্নবা উচেক্লা পুন্না চাক্তামিন্নৈ। হুমিং ভাগদৌব কনা য়াম্না য়াংলিঙৈদা খুল অমদ থুংই। মুপামচা অমনা থুল্লাকপগী য়ুম ভাক্লয়গা চংগ্রে। পাখঙ অমা ইমুঙদগী থোক্লকই। মুন্না মেংলগা য়াম্না থাজদনা লাওরকই,

—হাই! নিংথর! কদায়দা চংপনো নঙদি?

মাবু উবদা নিংথরনস্থ ইঙক ঙক্লা 'জোসেফ' হায়না কৌবোই থুম্বোই লাওরকই। চঙশিন্দুনা মথোয় অনি মথুং শোক্লহুনা কৌম্নৈ। মাঙ্গোলদা কাথংতুনা কম্মিন্নৈ। মচল মুপী কৌহুনা চানবা উহৈ-রাহৈ পুরক্লবা হায়। নিংথরনা থুল্লানবগী মরম ভারগা জোসেফনা হায়,

—নঙসিদি অঙাওবনিনে। ভম্পাক্ত লাইরিক ভম্মিনবা মতমদা ঐঙোন্দা হায়রবদি ইরায় লায়বনি। কদায়দগী—নঙনা চংপহুদি চগোংভ চন্দোল লাম্ব'নিনে। অসঃ রাগনি। হোয়! অহুবু করিস্থ নত্তেদা। খঙদবা হায়বসিদি উদবগুম্বনি। হয়েংদি ভস্তানা সোরা থুলদা থুংগনিদা।

—হাইস! জোসেফ! ঐনা চংপসি রাবদি বাই-য়ে। পুক্লিঙস্থ য়াম্না রাবনি। অহুবু মুংঙাইবস্থ মুংঙাই। পুন্সিসিদা অমুক হম্না থোকনি হায়বদি নিঙজে।

মচলমুপীনা লফোয় লকাং অমা পুথোক্লুনা পী। ঈশিং অশাবা কপ অমা "ইবুং থকউ" হায়হুনা পী। নিংথরগী মরমদা থরগী মথৈদি খঙজবা জোসেফনি। মপোং-মচৈশিংহু জোসেফনা ইমুঙদা পুশিল্লি। নিংথরবুস্থ ইমুঙদা কৌশিল্লি।

নৈশাবী অহুনা ইরুজনবা ঈশিং অশাবা পী। চংনবীম্নি—মরুপ-মপাং, মরী মভানা থুন্নানবা লাকপদা অরৈবা শা-মেন থোং-থাক্লুনা

মখোয় মন্নায় হৌহুনা ইযুঙ অহু পোকখায়গদবনৈ নোকমিন্নৈ। নিংথরনা খঙ্গে—মানা মমাঙগী অহিংদা থুংলগা খুদ অমসুং খুংলরিবা খুদ অনিগী খেয়বহু। লৈশাবীশিং অহুনা তৌরিবহু উরগা মমুমদা লৈহৌরিবা মচলফুগী অমি'হু নিঙশিংলকই। লৈশাবীশিং অহুদা হংলকই,

—ইচলশা! খুদ অসিস্থ অহুগা লৈশাশিং নখোয়স্থ ঐনা কাওদনবা ওজা লৈশাশিংনা কজনা তাকপিরে। অহু—, ঐনদি মন্নামসিনা ঐবু কাওদনবা করি তৌগনি?

—অহুম্না ওসাইনা ইবুংনা রা হায়রবদি করিগী ঐখোয় পঙাঙ ভাঙ-গনি? ইবুংনা খুন্নানবা লাক্পগী মারী অহুনা ইবুংবু ঐখোয়না মতম কুইনা নিঙশিংবা ওইগে। তাংখুল লৈশাশিংগী চংনবীদি ইবুংস্থ খঙ্গনিদা।

—খঙই। তাংখুল লৈশাশ্রিংগী য়ান্না চমজবা মীহুংশি চাওবা পুক্নিঙ অহুদি ঐস্থ করিগী খঙরগনি।

নিংথরনা খুন্নানবগী মরম অমসুং মানা থেংনরকপা অবা-মুংঙাই কয়াহু রারী লৌহুনা তাহল্লি। মখোয়নদি পুক্নিঙ চঙ্ন্না মুংঙাইনা তারি। অহুবু মাদি, চাকচা তোক্লকপদা মৈগী মৈন্নিলনা মৈবগী মুঙ্করকপগা, মাগী তুম্নরগী মতম য়ৌশিন্নকপগা কন্না ওন্নক্লে। তুম্নগে হায়বস্থ ওমদা। য়ান্না রানা থাওদে। উচিন-নাচিন্না রারী লোইশিল্লে। মাগী মতৌহু উরগা লৈশাবী অমনা হায়,

—ইবুংস্থ লমশাঙ লাকপগী রারগনি। পোংথানবা তৌহনসে। ইবুংগী রারী তারগা য়ান্না মুংঙাই, মুংশিবস্থ মুংশি। মুমিং থর ঐখোয়' খুলদা লৈথিসি। ঐখোয় লৈশাশিংনা খোংবা চাক-য়েনশাং হাওবরা য়েংখোকদা।

—ঐনা ঐগী ইনে উনবগী পাউ অহু ইপাদা ওন্নরগা ইচলশিং অমদি মরুপশিং উনবা শোইদনা লাক্লে। জোসেফহু ঐগা লাইরিক তজিন্নবনি। ঐখোয় অমি লাকমিন্নগে।

অহুম্না রারী ভাইহাক শাকরদা কাম্না রাইহে হায়না—খুন্ন-হুন্না কায়রে।

# ৯
# কৈনবু তোকপা পোকপরা

অঙনবা অয়ুক অতূদা নিংথর মাগী মরুপ অতুগা চামিন থকমিন্নরে। জোসেফনা মাগী মরুপ থরগা নিংথরবু থিন্দোকপা থোক্লক্লে। ঈশিং শোকপা লাকপী অমসুং হল্লকপী লৈশাবীশিং অতুগা মথুং হাইনা হাইনা থুল অতু থাদোক্লম্লে। ফনা শাংনা, জুমিংঘুংবা মতম ফাওবা মাবু থিন্দোকপিরক্লে। মথোয় চয়োম থোক্তুনা চামিন্নরে। জোসেফনা চংকদবা লম্বী অমসুং থুংগদবা থুল মথুং থিন্দুনা নিংথিন' তাকপিরে। মথোয় কায়নরে। মানা হোৎনজরক্লিবা অতুগী মহৈ ফংলগনি হায়বগী রাখলদা নিংথর মুংঙাইজবনা মথুম মরাও হোৎখ্রে। অরাবা ফাওখ্রে। মমাঙদা উরিবা হাইফেংতি চাওবা লোক অতু লান্থোক্লবদি ইকুই কুই-ফনা থুংবা ঙমগনি খঙলে। ঈশৈ ঙংলদুনা চংলি। থুংশিং-থুনাম্থোক মুঙতুম অমা থক হেক ফাওরে। মুঙ অতুনা ওন্থবোই-চেম্থবোই উচি অমা লুমদুনা লৈরিবা লিন অমদা থেংবগুম তোকরে। লিন অতুনা থংবগী তাঙ্গা লোতুনা উচি অতু চেনখ্রে। শাওরবা লিন অতুনা মমৈনা কৈথি কোল্লগা মঙক রাংনা থাঙৎতুনা মকোক পাকথোক্লগা নিংথরদা শংত্রিক য়েংতুনা চোংশিল্লকদবগী তৌরিবতু থংউ উরক্লে। শেমংশাবা নংহোখে। পাইরগুম্না চোংশিল্লকই। মানা পায়রিব্না লীকংতুনা ভাকপোই-ইনবোই তৌতুনা থৈদোকহোরে। অঙম্না লকী অতুদগী

লিন অহ্ অমুকন্থু চোংশিল্লকই। মিংথর উবদা কিরদা অশিক্পা খৈরোয় অমত্থু লম্বীগী অরাংধা নাকলগী লোকিথা তাম্না চেমনবা অরীদুনা চোংথরকই। লিন্দুদগী মিংথর মৈথেৎপিহৌরে। লিন অমত্থু খৈরোয় অশিন্থু মকম অমত্তদা হৈক তাথিল্লরে। অনিয়ক থুনা ফিবম শেম্লে। খৈরোয় অহ্ তপ্পা তপ্পা হন্দোক্লগা ফিবম শেমই। লিন্দুনা চোংশিল্লবা তাম্মা লুমই। মকোক থাজংতুনা লিন অহত্থু খৈরোয়দা শংত্রিক য়েংই। হমহুনা লাক্লবা তাপ্পা য়েংই। খৈরোয়না চোংশিল্লি। লিয়া হুমজিল্লি। খৈদোক্লে। অশিংগী লান্দু য়েংবদা নিংথয় মুল্লে। লীরুংদা শোহুনা নিংথর কমথরে। অমনা অমবু লাকশিল্লবা ওয়দনা কনা কুইনা লাক্-রক্লে। লিন্দু থর চোকথরকপগুম তৌই। শরক য়েংহুনা থংহম হমহুনা খৈরোয়হু লাক্লবা লামই। খৈরোয় অহত্থু হাইকেং চোংথংথি-বগুম তৌই। লিন্দুনা খৈরোয়হু লাকথিবগুম্না উই। নিংথর ফুক হৌগংলি। তাইহাক খৈরপদি লিন অহ্ মকোক ঈনা পুমতাং তাং-লক্লে। শাংলব মশাহু থয়ো থয়ো লৈমায়দা ওল্লক্লে। মচিন অমদি মকোক ঈনা পুমতৈ তৈরবা খৈরোয়হু হুংশা থবেং থবেং হোন্দুনা কোইরু কোইরু য়েংলল্লগা অঙম্বা চীঙথারোমদা চোংথহুনা চেনখ্রে। নিংথর হুংশা শোর শাংমা হোন্দোক্লগা লিন্দুদা য়েংই।

য়েরুম লফোয় লোথোক্লগা চানা চানা চংলি। পংপাক্তি পাক্লবা, ইকোক কোকপা লম্বী অহগী মতুংইয়া চেন্না চেন্না লোক্তু তম্না কুমথ-রকই। হুমিংনা কোকতোন লৈথরকপা মতমতুদা মপোং-মচৈ থমহুনা লোক্কী ইওলবা ঈশিং অহুনা মমায়ংমমিং শেংনা তাথোক্লে। মনে শোইদনা উনজরগনি থনবদা নিংথর হরাওবনা লুতোন থুমলে। রাথিবা 'পুম্বা কাওখ্রে। থুলহু তম্না চংলিবা লম্বীহুদা কাথংলক্লে।

তম্না তম্না কোরৌহনবত্থু মশেরু-মঙাল 'পুম্বা তাশিন-থোমজিন্দুনা লোংচুপ চীঙথোন মরুমদা লৈথরক্লে। উচেক রারাশিংসু মকোন মায়কৈ অমরক্লে। পীর্ক্কাঙ্গী থোম্থাং নৈনা মেংলবা শরিকী থোঙেল তাবদা কক্কয় মরাঙ থঙদনা হুংঙাইবা ঈশকা থুমহৎথিহনা নিংথর শোর কুপ্লি।

প্রথুক্কিঙ থংলুং লুংশিরকপগুম তৌনা মিংলুদা পিরাং ইহৌরকই। থঙহৌদনা, মহাক্না লুংঙাইবা রাথকনু থুগাইরক্লিবা খোঙ্গোল অচুগী মাইকৈরোমদা য়েংশিল্লুই। উই—মখা মউ করবা নোংমৈ পায়বা মুপা অহুম। অদিনা পাবোং লোন্দুনা চাওরবা শজি অমা পুরি। নাইতোম চংশাকুনা হায়রকই,

—হে পাখঙ! ননা পান্না? কদায়দা চংপনো হংলগা নঙনা খুমদবদি করিগীয়া? অকনবরা?

—তাহৌত্রে, শাওবীগমু। ঐ খুল্লানবা লাকপনি।

—করি খুন্নো?

—লৈসিফুংনি।

—করিগী অচুক লাপ্পা খুল্লানবরা? নঙগী লুংশিবী থিব্রনে? মখোয় অহুম অচু য়াম্না উশিংঙনা কাক কাক নোকই।

—নত্তে। ঐগী ইপু-ইবেন উনগে হায়বগী লাকপনি।

নিংথৌগী মপাম্বোম তাপ তাপ পায়রগা নাইতোম চংপহুনা অমুক মখা তারকই,

—নঙগী নশাসিদি কৈহে। ফুহুনা শায়বা লুংঙাইগদবা মাল্লিনে।

—ঐদি মীগা খংনবসু হৈত্তেদা। নখোয় শাওবীগমু। ঐ মাঙ থর থারমগে।

নিংথর পরপ পরপ চংথংলি। মখোয় অহুম নোকুনা লাকহৌই। 'চাওখংলবা মতম'সিদা অকনবা শাবসু লৈবমানে'—নিংথর মখম্ভ লোইক্তে। মপ্পি-মপ্পি তৌরকপা মতমদা খুলচুমকুদা থুংলে। অঙাংশিংনা খুল্লাকপগী য়ুম তাকপীহুনা মচু তম্না লাক্লে।

মুপামচা অমা চোং চোংহুনা য়ুমচুদা চেনশিল্লকই। হংলুবদা খুল্লাকপগী মচা ওইরম্লে। অঙাংহুনা নিংথরবু ইমুঙদা চঙহল্লক্লে। মপাদা খুল্লানবা মী লাকই তাকই। মপাগী লেপ্তা ওইনা তৌবা খুল্লাকপা অচুনা নিংথরবু কৌশিন্দুনা কুপ্না মনাক্তা ফম্মিম্লে। মচাকুপী লৈশাবী চাক থোংলগী অচুনা ঈশিং অশাবা কপ অমা থকবা নিংথরদা পী। মপোং-মচৈশিংচু থম্লে। অহল অচুনা খুল্লাকপগী পাক্টকুম

ওইনা মানা খুল্লাকপগী মরম হায়রে। মখা তানা মাগী মপানী মমিং ময়ারপিং কৌই হায়রকপতুনা য়ারী তাতুনা কম্নবী খুল্লাকপী অদু মমিং মনা চপ মুংনা পাখও অদুদা মুন্না য়েংই। মপুক্রিওনা চওনা নিংথরনা মখা তারকই,

—ঐনা অত্তাং ওইবা মতমদা ইপানা মুমিং খুদিং ইবে অদুগী য়াথলদা কপতুনা য়ারী শাবনি। অতুকুং ইনেগী খোঙ্গুল লীতুনা কংবা ওয়রবদি ইপাগী নিওবা থুংহনবা ওমগনি খন্নুনা লৈরকপনি। হৌজিক্তি পাখওসু ওইরবনিনা ইনে অদু কংবা ওমত্রা য়েংগে হায়তুনা খুল্লানবনি।

খুল্লাকপীতুনা তপ্না হংলকই,

—নওগী ইনেগী মমিংদি করি কৌই হায়বরা?

—নিওশিংলা কৌই হায়, ইপানদি।

খুল্লাকপী অতুনা খোঙ্গেল নিক্না হংই,

—নওগী ইপা'তুদি ছিংলিবরা?

—উম! হিংলি। মচলমুপীগী থনবদা থরদি শোনবগুম তৌরে।

খাওবা ওয়রক্ত মানে, খুল্লাকপী'তু মিংলু পিরাংনা থুমহংলক্লে। মখুং অনিনা মমায় খুম্নগা খোঙ্গেল খোক্লা তেংথারকই,

—"প্রহো যিশু! ঐনা পুক্রিও শেংনা নওবু নিওজরকপগী মহৈতু ওসিদি নওনা ননাইদা পীবীরে। ঐগী মুংশিবা ইবুংগী মপাও তাবদি মুংশিখোইবা প্রহো, নওগী নশেক নওাল পীবীবনি। নহানমথৈ ইনেনদি মুপী ওইবনিনা মুংশিবা ইবুংগী খোঙ্গুল লীবমু ওমদবা, লাইবক ফত্তবনিনা নওগুম্না অচৌবা ইচানুপামু লৈতবা, অদু মরম্না পুক্রিওসিনা মুংশিবা ইবুংবু নিওশিং নিওশিংতুনা মুমিং খুদিং প্রহোবু নিওজবা নত্তনা করিসু পাঙ্গল লৈতবনি।

খুল্লাকপীগী মতৌদু উরগা মনেনি হায়বা খওলক্লে। খম্মোয় লকা মুংকপী খোক্লকপা শেংলবা মুংশিবগী ঈকুথনা নিংথরগী মিংলু অনিদা ঈচেল নাইনা পিরাং শিম্নরক্লে। হায়রকই,

—ঐনা য়ানা থিরকপা লুংশিন্নবী ইনে অছু নঙ ওইরমগদবা ? ইপাগী নিঙবা থুংলে।

খুল্লাকপী, কয়মদগী হৌগংলকুনা মবুংনা অঙাং ওইরিঙৈগী মাম-য়োং মানবা ময়াগী মিংলু পিরাং তৈথোকপী। হায়রকই,

—কপকনু ! নোংশা মানবা নঙনা কপ্পা হৌনদে।

—ঐনা কপ্পসিদি লুংঙাইবগী কপ্পনি। ঐগীদমক থনবদা ঙাওহনা চংথিবা লুংশিবা ইবুংনি। থৌনা লৈবনি। কৈনবু তোকপা পোকপা হৌনদে, কপকনু।

অনিহুগী মতৌ উবদা ইমুঙগী মী পুম্বা হিক হিক কপ্পরক্লে। লৈশাবী অহুনা ফি-রোল অমম্তুং ইরুজনবা ঈশিং অশাবা পীহুনা নিংথর ইরুজবা চংখ্রে। খুল্লাকপীনা মচাম্নুপাদা রা থর হায়। অঙাং অছু মঙক নোম্নগা চেনথি। মপা মচা অহুম চিবোন চিবোন রা তানৈ।

ইরুজরুরগা হঞ্জিল্লকপদদি ইমুঙ অছু হন্নুবা-হন্নুবী অমম্তুং পাখঙ-লৈশাবী ময়াম লৈরম্লে। নিংথর ইঙক ঙক্লা য়েংই। হায়রগী কমকমদা চঙশিন্নুনা ফম্মী। নোংশাগী মওংগুম উরবা পাখঙ অহুদা ময়াম পুম্নমক্তু মিংফম অমত্ত ওইনা য়েংনৈ। মনে অহুনা মাবু মথুং পায়হুনা চিংলগা শক তাকই—"অহল অনি অসিনা ঐবু মনমদা পোরগা লুংশিনা য়োকপীরকপা ইপাতোন-ইমাতোম্নি। নঙগীনা নপু-নবেম্নি।" মপু-মবেন অনিনা নিংথরবু কোল্লগা কপ্পী। মপাতোন-মমাতোনশিং অমম্তুং মনাও-মচন্নশিং পুম্নমক শকথঙনহল্লে। পুম্নমক হায়ফম থঙদনা হরাও-লুংঙাইজরে।

পাখঙ অমা চঙলক্লগা খুল্লাকপগী মমাঙদা শজি মকৈ অমা বোপ থাদরগা য়াম্না উশিং থওইদনা লুংশিনা শানরিবা রায়ী অহুবু থুগায়হুনা হায়রকই—"ইপা খুল্লাকপা ! ঐনা শজি অমা কায়। মকৈ অসিম ইপাগী চানবা পুবিবনি।" নিংথরদা মুম্না য়েংই। কম্নিবা ময়ামহুদা ওনশিল্লগা মথা তারকই,—"কম্নিশীরা, শা অপুম্বদা হঙিং, ইরুবগুম্না ময়াম ইরাও লাঙবসিদি ? পাখঙ মচা অমা লাকপদা অহোয়বা খামা লাইগুম্না য়েংবসিদি লমগী থম্না মচী শাংই হাবিবহুরা ? কনামত্তা

হোয়-মায় হায়নবে। নিংথর খঙলে—মহাক্না খেংনরব্বা অকাওবছুনি। খল্লি—মুপাহু খুলগী মীশিংনা কি-তুরুচবা মী শোইদনা ওইরমগনি। মানা কল্লক খম্বনবা অমদি ইমুঙ অতুদা লৈবা তাই। মহু ইমুঙতুগী লৈশাবীহু ওইরমগনি নিঙই। মা তুমিন অতুম কম্মী। মপাতোন অমনা হায়রকই,

—সোমী! মীওইবা হায়বসিদি মুংশিননা লৈমিন্নবা কঙবা রারী শানবনা কবনিনে।

—'হাইস! নরাস্মু তানিঙদে।' হায়রম্নগা হুৎ লৈথোক্লুনা থোকখ্রে।

হম্নবা অতুনা মচামুপাদা হায়—'অপঙবা, মপুক লোম্বা মীদা অকবা রা ওইরবস্মু পাউস্তাক পীরূগদু। মতোন্দদি অশাওবা ওইগনি। শঙোম পীথরুগা লিনগী হুতমক হেল্লি হায়বা রা লৈবনি।" খুল্লাকপনা শক্তি মফৈ অহু খোংবিগত্রা হংই। খুল্লাকপীনা শাওরপ্পা খুমকই, —'মুংশিবা ইবুংদা পীজবনি খন্দুনা পীজগদবনি। কনানা পীবা করি পোংস্মু খোংলোই। ওসাইনা থোংখ্রে। ইপাতোনগী চানবা পীখো।" খুল অতুগী চৎনরিবা ইরাং-ফসাং নিংথিনা থঙলিবা অহল অতুনা হায়রকই,—"করে! করে! ইচাশা-ইঙশা! অঙাং অসিস্মু লাপ্পা লাকপনিনা রারম্নগনি। মাবু পীজ-পীথরুবা তোরো। হয়েংদি ঐথোয় মন্নাম পুন্না ঐগী য়ুমদা চাক চামিন্নসি। ঙসিদি মুংঙাইবস্মু মুংঙাইরে।" নিংথর মতম কুইনা মানা নিঙজরকপহু হেক থুংবদা পুম্নমক পুমকাও কাওবগুম তোখ্রে। মনে অতুগী য়ুমহুদা নে তানা পোংথাজরে।

# ১০

# য়ুমদাংবনা কৈনাবা

অঙনবা অয়ুক অতুদা, লৈশাবীশিংগী ফৌও খোঞ্জেল মরক্ত, নিংথরনা শান্নবগী অমুক অমুক লাউরকপা খোঞ্জেল অতুনা খুঞ্জাশিংবু হোৌদোকপগুম থোকখ্রে। ইশিং শোকপা চৎলিবী লৈশাবীশিং অতুসু মুল্লা মুল্লা য়েংলগা চিবোন চিবোন ভাঙনতুনা চৎনখি। মুমিং খোক্লকপা মতম অতুদদি খুল্লাকপগী গুমাঙ অতু মীনা চোল্লে। মনাও মুপাশিং অতুদি হরাও-মুংঙাইজবগা লোয়ননা য়েংলি। শান্নবা লোইরগা মানা য়েরুম-লকোয় য়াম্না লিক্লা চাবতু উরগা মনাওশিং অতু চেন-চেন্দুনা ময়ুমদগী লোক্লরগা নিংথরদা পী। পাখঙ ময়াম অমসু লাক্লুনা শকখঙ-মান্নখঙনৈ। হরাও হরাও ব্লারী শানৈ। নিংথর মাগী খুলদদি খুনু খোংবগুম্না ভরক ভরক লৈবনি। খুল অতুদদি মপা-মতোল অমসুং মচিন-মনাও মন্নামতু উবদা হান্ননিঙাই লৈতনা মুংঙাইজে।

খুল্লাকপগী মনাওমুপা মপাংথৈ, সিকাই খল্লবা থবক্তগী পোৎ-থারবা, মী লুবা, মীত্তিক মীরৌ খঙগনবা, ভানপ মথী ঈশিংদা উবা মীদানি। খুল্লাকপম্না নিংথরগা শক খঙনহল্লি। মোং হাত্রবা, মুপা-মচা অমা ওইবগী হৈ-শিংবা নিংথরগী মতৌতু উরগা মপুক্লিঙদা মতম কুইনা কুমথুল্লা লৈরকপা অনিঙবা অমা পাঙথোকপা ভমগত্রা নিঙই।

খুল্লাকপদা হায়—"তাদা ! ইমাকচুপা অমা হন্দক খুলসিদা লাকপ-সিদি সুংডাইখিরবা 'খুজিন্দা য়ুবা তুম অসি শন্ত্রোকপা ঙমদবা মাল্লি।' 'করিনোনে', খুল্লাকপনা হায়—'নওগী রাত্তু ঐদি খঙদেদা।' মপাংথৈনা মখা তায়রকই,—"এ ! খঙলগনি। অচৌবা কুমৈ অমা য়েংসি।

লৈশাবী, অঙ্গানা চাক চামিন্নবা খুল্লাকপদা হায়রৈ। পাখঙ মচা মরাম অতুম্ 'চাক চাথোক্লগা শা তানবা চংসি' হায়নচুনা লাঙলাঙ-চুনা চংনখ্রে। সোমী মাগী খোঙলোয় অনিচুগা লাকই। রান্না খৌ-রা শাদনা হায়রকই,—"ইপা খুল্লাকপা ! ঙরাং ঐনা ফাগী শাচুনা রা পংহায় হায়খ্রে। পাখঙ অসিসু কনানো হায়বসু খঙদে। ইপা শাও-রম্নগনি খন্দূনা শাওবীগমু হায়জগে হায়চুনা লাকপনি। অচুগা পাখঙ অসিগসু শক খঙনগে।' খুল্লাকপনা শক তাকুনা খঙনহল্লি। নিংথর ইখৌ খৌশাদনা মখুৎ শোক্লে। 'শা তানবা চংলুসি', হায়রম্নগা মখোয় চংখ্রে। সোমীদি খুল্লাকপগী শক্তাক রাহৈশিংতু তাবদা কল্লক-মিহৌবগী অচৌবা পোংলুম অমমুক থোঙ্গংলকপগুম তৌখ্রে। মখা তানা মপাং-থৈনা হায়,

—তাদা ! মখোয়গী মপা-মচাশিং অসি ঐখোয়না খুল অসিদা লৈহল্লুবসি রান্না লানখ্রে। কৈ মচা চাওনবা য়োক্লগা মপু চায়, হায়বচু তাগদৌরি। মখোয়গী অরাবচুদা সুংশিচুনা অচুক রানা ঐখোয়না মতেং পাংচুনা হোৎনরকপনি। অচুগা মখোয়নদি হৌজিক শাকরক্লবা মতমসিদা ঐখোয়বু নমথনবা হোৎনরক্লে। য়ুমদাংবমা কৈনাবা হায়বচু চপ চানা থোকদৌরি।

—ইপুনসু ইপানসু অতুম হায়রক্লবনি—মী তুশি হৌগৎলুবু, মন তুশি হৌগৎলু, হায়দনা। অহলশিংগী রাদি লাইনা হায়বা অচুম্বা ঙাক্লনি। কদায়দা লানগনি—মী তুশিনা হৌগৎলক্লবদি কাওরক্লদবনি। মন তুশিনা হৌগৎলবদি নোংমত ওইরবসু থবক কায়গনি। মমাঙদা ঐখোয়না মখোয়বু রান্না সুংশিনা তৌবীবা অচুদা মখোয়না তৌবা খুদিং য়াগনি খল্লে। হুইনাও মচা চাল্লগা লৈতোন লেকই, হায়বচুনি। মখোয়না ঐবু লুনা তৌবা শাবচু

ঐ মুমা থগুই। মথোয়নদি ঐথোয়বু অপঙবা, কগিস্নু কৌবা ওমদকনি খল্লি। মথোয়না তৌরিবহু হৌদোং মখী উংবা খুবনি হায়বসিদি মথোয় খঙজদে।

—এ! হন্দক্তি মথোয়গী মমু য়ৈথেরুবগী খুদোংচাবা অমা তৌহৌ-কবা য়াদে। মচিন্দনা মুংশিবা শাবা, অতুগা মী খুদিংদা হু গুম্বা রা হায়দুনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনবা; খঙগনি, চিন্দবান্দা লাংবন খোইহি তৈবা, কয়া কুইবরা য়েংসি। ঐসু ওসিদি শা তানকা চংকে।

—চিন্দা রা য়াম্না ঙাঙথোকলুগনু। নিংথৌ মনা ফঙ্গাংদা থেংনি হায়বসি চুম্বনি। ঙাঙথোকপুবা রাদি হেক্ত ভাবনি। শানা শিবনা থোঙ্গুন্দা, মীনা শিবমা চিন্দা শিবনি থক কাওগনু। তুংগী রাখল মুম্না তৌরগা রা ঙাঙগনি, থবকসু তৌগদবনি। ওইরোঙ্গ-পারোইদৌবদা পঙাঙ ঙাঙবা ইশাগী থাজবা মাঙনবনি। থাজবা লৈত্রবদি শিবগা চপ মান্নবনি। চংলো চংলো চাক চাথোকলুরো। পাথঙ অসি চাক লাম্নগনি, চামিন্নবা তৌগে।

নোংজু-মুংশা মরক্ত য়াওনমিন্নরকপা মপোং-মচৈ অমদি খুংগু-খুংলায়শিং পুথোকুনা তৈথোক-শেংদোকই। অঙম্নানা নিংথরগী মোং-লরা মফি মরোলশিং শুদোকপীনবা হায়নরি। লৈশা-পাখঙ অনি য়ারী শানরিবৈ, মপাংথৈ নোংমৈ অমা পায়দুনা লাকই। নিংথরগী মনাওশিং অতুসু হরাওহরাও লাকৈ। সোমীনা থাঙ অমা পায়, মথোয় থরনা নোংমৈ পায়দুনা লাঙলাঙদুনা লাকই। লৈশা-পাখঙ অনিগী মক্তৌহু উবদা সোমী মুংঙাইতে। খুল্লাকপগী মুমদা নিংথরনা খুল্লানবা, লাকপঙ্গিদি সোমীরদি কাংথল জিন চঙবগা চপ মান্নগে। কন্নানা শা কাবা ওন্নপে য়েংসি হায়দুনা মথোয় ইরাও লাওনরি। অপাং-থৈনা সোমীগী কাঙবুহু হান্না থাদোকপ্রে। নহা-অহল ফনা য়ায়ে শা তানবা য়াওবা লাক্কুবিবা। নিংথর মাগী লৌকং-তেন, শায়রোং মক্ত থাঙনচিংবা শেমগাদে। কনা অমনা নিংথরবু খুল্লাকপগী নোংমৈ

অহু পাক্লবু হায়। নিংথৱনা হাদে। হা-মাগী খুচোবা খুৎলায় পায়ন-
তুনা চৎনবা লেপ্পল-শানরে।

খুল্লাকপগী মনাও, মপাংথৈনা লুচিংতুনা হায়া চৎখিবা অহুম্ন ওয়-
তৈনবা মাইকৈরোমদা চৎলে। চৎনা চৎনা মপাংথৈনা নিংথৱদা হায়ী
কয়া শাই। লম্মিৎ তুম্মিৎ অমঙুৎ শায়ম নিংথিনা থওবা মীনি-মপাংথৈ।
মাগী পাওতাক মতুংইন্না মনামচু শা থংপা য়াও, লুম্বা য়াও, হোইবনা
হোইবা তৌদুনা মুংখিল ওল্লিতৈদা শজি অনি, অচৌবা মথলগী থৈরোয়
অহুম কারে। মথোয় মনাম হরাওনা চয়োম থোক্লতুনা চানরে। মপাং-
থৈনা মথা ভানা শা ভাল্লরোইসি, হল্লসি হায়দুনা য়ান্না ওন্না খুল
তন্নক্লে। খুল্লাকপগী শুমাঙ অহুদা নহা মনাম শা শেম্বা, শাঙ থায়বা
ইরাও লাওই। মনান্না তৌরিবহু নিংথৱ কয়া থোয়জওদে। মনেগী
পাউ পুদুনা মপাগী নাক্ত য়ৌনিঙবনা থোরো থোরো থোৎলে। তুম্মিন
ফুঙ্গা মনাদা ফমদুনা ঈশিং থক্লি। মাগী মতৌচু উরগা মপাংথৈনা
হায়—

—নিংথৱ! করি তৌরে? মনান্না মুংওাইবসি নওদি য়াওনিঙদবরা?

—অক্কল! য়াওনিঙই। অহুবু ইপু-ইবেন অহুগা ইনেগী পাউ অসি
ইপাদা য়ান্না তাহল্লিঙই। ঐবু ওাইবদা মথোয় য়ান্না নায়ম্লগনি।

—উম! চুম্মী। অহু ওইরবস্তু মুমিৎ অনি-অহুমদি হরাওনা-
মুংওাইনা লৈখিসি। নঙ করিস্তু মুংওাইতবা তৌগনু। ঐথোয়না
নঙবু থিনবীগনি।

শুমাঙদা য়ান্না লাওমল্লি থন্দুনা মপাংথৈ ইমুঙদগী থোক্লকই।
মাবু হেক উবদা সোমীনা হায়,

—হাইস! ইপাতোন! করিগী ঐথোয়বু অপঙবা শেম্বরা?

—করি তৌরে সোমী?

—নথোয় লাকনি হায়দুনা ওাইবদা শা তানবগী মতম কয়া মাঙ-
হল্লে। অহুগা নথোয়না হুরান্দুনা শা ভানবদি করিগীরা?

—ঐথোয়' খুলগী অগুয়া, মপাশাবি হায়দুনা মীশিংনা লুনা নিঙবা
নঙনা করিগী শা কাবা ওমহবনোনে সোমী? করিস্তু নভবা

পাখঙ মচা অনিশুবি শা কন্না য়াম্না কাগ্রে।' নখোয়গী শা কাবক ঙমজ্রবস্তু ঐখোয়না ফাবসি হাউনা হুংঙাইনা চাশিনবি। কবিগী অঁতুক য়াম্না শাওবয়নে?

করেম্নতুনা ঙাওলকপা মপাংথৈগী রাহৈশিংস্থ সোমী, থম্মোয়দা তাশোন্না খিনবা ওইনা থোকখ্রে। শা শেম্নিবা নহাশিং অহুনা হন্নওহুনা ঙাওনরিবা ময়ামস্থ সোমীগী নাকোং শিংজা রৈ। সোমী য়াম্না হুংঙাইজগ্রে। কন্না ঙাওনরুরবস্থ মশাগী অশোনবা লম্নানবা পাখঙ অহুগী মমাঙদা উংথোকপা ওইনা থোকদ্রোরি। মখোয়দা প্রোক প্রোক চাকই। পাঙ্গল থোক্কে, লেম্নে ঙানা য়া ঙাওবদা লাই-জনা পল্লি হায়বহুমক সোমীদ থোকই। মাগী থোঙলোম্নশিং অহুনা মখোয় য়াওগ্রবদি ময়াম অহু হুংঙাইরক্লোই হায়হুনা সোমীবু থেমজিল্লি। অমনা 'মহৌশাশ্নি, অপঙবগী ময়ল অশিংবনা চাবা, চাথোকসি' হায়হুনা সোমীবু তপথহন্নবা হোৎনৈ। মপাংথৈনস্থ মখোয়বু থমজিল্লি। মানা ময়ামদা জাঁওথোকই—হয়েংদি ঐখোয় কুশ্নৈ শাসি। হুঙ লংবা, শুক লংবা, মুক্তা শায়বা অসিনচিংবা ভৌহুনা অথোইবা মী থনসি।" 'মনাদি করি পীগনি ইপাত্তোন?'—পাখঙ অমনা জাওরকই। 'ঐখোয় ময়াম থয়সি' মপাংথৈনা হায়—'চংনবীগী হায়রবদি খ্বাইদগী অহেনবা, অথোইবা মীনা ওক হাংতুনা খুল চাকথাঙবা তাবনি। অহু—, নখোয় করি পাম্বরা?' সোমীনা পাওথুম্নকই—'ইপাত্তোনগী য়া হৌদোকপসিদি য়াম্না ফবনি। ঐদি ঙাস্থ মচা ঈশিংদা থাদব গুম্না পেল্লে। অসিগুম্বা চাং য়েংনবা অসিদি য়াম্না ফবনি।'

সোমীনা য়াম্না পামজরিবা থুল্লাকপগী মচাহুপী, অঙম্নাগা মখোয় অনিগী মরক্ত লৈরংশীঙথোঙ ওইবা য়াবা অমত্তা মানা লৈহম্নিঙদে। মচুমক্কা মহাক্না লিল্লবৌপা কৌম শেনবা দৌনা অঙম্নাবু শেম্নহুনা লৈজরিবনি। নিংথরগী পাউ তাগা মহাক হেম্না থোয়রাঙবা পোকই। চংনবীনা নিঙোল অমনা মহুম পাল্লগা মচাহুপী 'পোক্লবদি, অমদি মবুঙ নত্রগা মৌপ,াগী' মচাম্নুপা অমজা থাজগদবনি। "অহুনা" মানা

নিংথরবু কুইনা খুম অহুনা লৈরমিওনা মপাংথৈনা হৌদোক্লিনা রাকম অহু নিংথরবু মায়থীবা পীনবগী য়ায়া খুদোংচাবা অমনি হায়না সোয়মীনা-থরে। মপাংথৈবু মাগী অশিংবা মীচম্নি হায়না খাগংলি।

ময়ায়া লাওন্নিংথৈনা নিংথরদি মপুগী ময়ুমদা চংতুনা ঙাইহাক য়ারী-শানরগা ওয়ায়াওদা শামরি। শক্তিবু থাগী পানথংলকপা থাজগী ইপোম মরক চোং ফন্দুনা শামরিবা মগুম্মুপাহুবু য়েংলগা মকম থঙদনা চংখ্রবা মচাম্নুপা নিংথরগী মপা অহুবু নিঙশিংলকই। হৌখিবা পুন্সিদা মামিয়রকখিবা কয়া নিঙশিংলগা কপ্পী। পীক্লিবী মচলম্নুপী অমসুং পীক্লিবা মনাওশিংবু-অমা পো, অমা পম কোয়চেন চেন্দুনা কপ্পা থেমবহু শংশংনা উরি। শায়বা লোইরগা নিংথর মপুগী মনাক্ত ফমহুনা য়ারী শানৈ। মপুনা হায়—"পওগয় ইগুশা! মী হায়বসিদি মুংশি চায়না লৈমিয়গদবনি। মীসি য়েংবদদি মায়বগুম্নদি উবনি। অহুবু কনানা পুক্লিওসি কৈ, কনানা ফত্তে। পুক্লিও ফত্তবা মীনা মশাবু মশানা নাপল কাহল্লে। মীবু মী ওইনা উদে। মীগী মথক্ত লৈবা পায়বনি। থন্দবা চফুনা নিকথোকপগুম্না থওদনা অথওবা শা, ওইদবনা অওইবা শাহুনা অচৌ অচৌবা য়া ঙাওবনি। মা মশানা থাকচবা লাংদা মশানা থুবা হায়বসিদি মহৌশানি। মানা ঙাওথোকপা য়া, তৌয়কপা থবক অহুনা মপাগী লাং অতুম ওইবনি। পুক্লিং ফবা কনানা মীবু মী মশাগুম্না থনবনি। উৎৈ পানবা উপাসনা মরু লুকই। মতৌ অহুগুম্না, কনা থও হৈহুনসু অতোপ্পা কনাগী পুক্লিও নাথিগনি থন্দুনা অফ ফত্ত য়েংনা চংলি। তমগী হন্নুশবনা পেমা য়েংহো ফবী তু গী পোনোই য়েংউ হায়নবগুম্না মী ঐথোয়দি তুংদা করি থোকক্ত্রা মুয়া থল্লগা য়া ঙাওগনি, থবক তোগনি। হৌদোকপদি লায়বনি, লোইশিনবদি লুবনি। অহুগা কনানা ঐবু থীমা তৌবীরে হায়হুনসু মাগা মাথোক্লবা ওমজ্জিবা কাওবদি মাগী য়াকা য়েংহুনা থাওবা তাবনি। উগী উথা থাবদবু পংপনি, মীগী মীথা থাবদি পাংতবনি। অহুনা পাংলিওৈদদি হন্নিংদসু নোঙ্গু হায়বসিগী য়া হন্থোকপসি মুয় থঙনা চংকনি। হুই অঙাওবনা চিকপা মীদি মাগুম্না ঙাওবনি। অহুনা হুই অঙাওবা থক চিকলোইবৌবনি।

অহুবু কানবা লৌশিংদি থিগদবনি। ইভুশা! কিবদি কিশঙ্! কিৎ-লিদি মাঙ্গবীবনি।

মপুনা হায়রিবশিং নিংথর মুন্না ভাশিল্লি। অওঙ্গা লাক্‌না মপুং মবেন অমসুং নিংথরবু চাক চানবা পাউ হায়রে। হন্নুবা-হন্নুবী অমিনা থুলগী খ্বাইদগী অহল ওইরে। চাকচা-হৈজানবা অমসুং শা কারকপদা মথোয়গী শরুক অতুম তয়ে। চৎনবীনি—যুম-যুমদগী পুন-রকপা চাক শেম-শানরগা অথোংবা য়েনশাং নহাশিংনা য়েন্দুনা মঙ্গাম হরাও-তয়ামা চামিন-থকমিন্নবা। মপাংথৈনা মথং মুমিৎত পাওথোকদবা শায়-থোংনবগী থৌরম লাওথোক্লে। মানা হন্নু'-হন্নুবীদা হায়—'হয়েংদি চাক ওন্তা চাথোক্লগা নচামুপীগী শুমাওদা কুম্মৈ য়েংউ। মুংঙাইবা কুম্মৈ হয়েংদগী হৌগদৌরিবনি।"

চাকওন চানতুনা থুম্লাকপগী শুমাও অতুদা পাথওশিং লাক্লে। কুম্মৈ তৌগনি হায়বতুদা অঙাংশিংনা চোল্লে, শুমাওতু। শেং-চাবা অমদি কেজনবগী মতম ফংজরবী, শুজ-নোমজবনা মশিঙ্গাং ওইজরবী লৈশাবীশিং অয়েবা শেং-চাতুনা হৌনা হৌনা লাক্লে। অওঙ্গাগা হকচিন্না তিন্নজবী থরনা নিংথর অমসুং অওঙ্গাবু কৌথোকুনা মাঙ্গোলদা ফাগী জোগাই তৌনতুনা কুম্মৈ হৌবা ঙাইরি। সোমীসু মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা নোক-খেনা থুংলরে। মাঙ্গোলদা লাওলি-তৌরিবতু হেক উক্লরে। কল্লক মীহৌচাওবা মীগী পুক্লিঙদি লৈতাবা থক লৈতে। মাগী মনাক্তদি নোংমত লৈশাবীশিংগা ফম্মিন্নতুনা ম্বারী-ম্বাতাই শাবসি অতাওবনি। মমাওদদি মুংশি শাবা, মতুংদনা থুতুম শিওনবা ওাক্লি। অওঙ্গাসু অতুমতায়। য়েংবা মুংঙাইরক্লতুনা সোমীনা চঙশিল্লগা হায় 'ঐথোয়' থুলগী লৈশাশিং'সিদি ফংজদ চাকচা মাল্লে হে। মীথুলদগী লাকপা পাথও অসিগী মমাওদা ইকাইবিগ্রে—মুপা মমাও অহৈ শাব'সিদি।"

ম্বাঙাওতু তাবদা খোয়রাং খোয়শাওনরবা লৈশাবীশিং অহুনা নিংথরগী মথুং পারতুনা চিংবা ম্বাও, ইনবা ম্বাও, কুম্মৈ অহু মাবুং

ম্নাওননবা হায়। সোমীনা শাওরম্না হায়রকই—"মীনা হায়বশিংসু ইকাইবা থওদে। নথোয় নথোয়গী মুপা অমন্মম অতুম থুংবীগদবনি। মরিংনা শাবা শংবাই নামা হাংদে হায়বত্থু নথোয় থওবরা ? 'ইকাইবা থওরগা মাইবী চঙই হায়বগুম্না নথোয় মীথুল ম্নৌবা ম্নাওগনিকো।' শাওরবা লৈশাবীশিংতুগী মরক্তগী অমনা খুম্নকই—'নথোয়গুম্বা খুমুনা মথোংদা কনবা শাবা, খুলদা পানমিন্নবা ইচল-ইচানি হায়বসু থওদবা মীশিং উতুনা লৈব' শরুক মীগী খুল ম্নৌখিবনা ঠেন্না কৈ।' "ফুংম্নো-লানা হায়বলি চুম্বনি" হায়তুনা লৈশাবীশিং অতু য়ো·য়ো তৌনরকই।

মানা য়েংখীরিবা লম্লানবা পাখঙ অতুগী মমাঙদা ঙাওলকপা রাহৈশিংতু তাবদা সোমী খোয়দৌ শিকই। কল্লক মমাঙ চাং তাবা হেক থোক্লে। ইকাই-থুংশি য়াম্ননা, সোমী শাওতুনা মতিন শিংলম্লগা হুং লৈথোক্তুনা চংখ্রে। লৈশাবীশিং চিবোন-চিবোন ঙাওনতুনা থানা য়েংনহৌই। নোকফেং-নোকফেং তৌতুনা মপাংথৈ লাকই। মাবু হেক উবদা পাখঙশিংনা "কুম্মৈ হৌরসি" হায়তুনা 'থোইরেন মশা পাইররে।' রাতেন্থীনবা অহল থর থল্লে। লৈশাবীশিং অতুদা ফজবা শুক থর লোক্লনবা শিন্নরে। পাখঙ মচাশিংদা লংনবা মুঙ লৌহল্লুরে। ম্নাওগদবা মী থনগংতুনা শেম-শানরে।

ফম্বা ম্নাও, লেপ্পা ম্নাও ইরাঙ লাওনরি। রানা শেম্বা, শুমাঙ-তুগী মতাই নাকন্দা লৈরিবা কমকম অতুদা সোমীগী মপাতু খুল্লাকপগী মনাক্ত ফমতুনা মচাগী মতৌ য়েংনবা ঙাইরি। মচানুপানা মন্নামদগী অসুম হেল্লকপতুদা হরাওনা লাওরকই—'কৈনবু তোকপা পোকপা হৌনদেদা, অতুনিদনা মুপামচা হায়বসিদি।' হান্নদগী ঙকচাও থেক-তুনা লৈরক্লবা সোমীপা, মচানা মাঙজিল থারকপতুদা অমুক্ত হেন্না নাপন্না থুমহংখ্রে। খুল্লাকপদা ওনশিন্দুনা মথৌ পোংনা হায়—"খুল্লাকপা! নচানুপীসি ইচাদা পীয়ুবে। খুল থরসিদদি ইচানা ইথোই থোইগনিদা। লম লাপ্পা অমত্ত ঙাম্নবা নচানুপীবু পীথোকপা চুম্নোইদা। ঐগী ইচাগুম্বদসু থোকফবা মান্দে। কোম্মু ম্নোহোক্লগা

হুন্না লেপ্পা থোকবিকো খুল্লাকপা !" মাগা থংনুনা কল্লিবা মপাংথৈনা খুল্লাকপনা খুমজিঠৈভদা ওকুনা খুম্নকই—'অচুম্বনি য়োমীপা ! অদুবু চংলবী অমা লৈবনা ইয়াম্বনা 'হোয়্' হেক হাব্বস্থ রাগনি। ঐগী ইতৈমাগী মচানুপীদি অঙম্না মথস্তনিদো। হৌজিক লাক্লিবা পাথও অম্নিনা ইতৈমাগী মবুং-মৌপা শিংগী মচা অহল ওইরবদি করম্না ইয়াম্বনা 'হোয়' হেক হায়গনি ? শাগৈগী অহলশিংস্থ লৈরি।' 'উম ! য়োমীপা !' খুল্লাকপনা হায়—"ইনা ওগ্নপানা হায়রিবা অসিস্থ চুম্লিবনি। অহুবু য়েংস্নি ! অঙাংশিংগী মরায়বক্ত করি ভস্বরা।"

সোমীপাহু নোকপদি নোকই। পেনবদি পেন্দে। মচিন-মনাওগী মরৌ লৈবা রা'হু থঙদবদি নত্তে। চাংয়েংনবা অতুদা য়াওদনা নিংথরনা কমহুনা লৈবহুনি মানা য়াম্না মুংঙাইত্রিবসি। অতুবু মচাবু কিহুনা তৌবা ওইরমগনি থল্লি। মপাংথৈনা শিকচিনখ্রবা রাজেম্নশিং অতুনা চাংয়েংনবা পুম্নমক্তা সোমীনা হেনবা অতুদা হরাওহুনা সোমীগী মথুং শোকপা য়াও, থাঙ্গংপা য়াও, খুলগী অগুপ্পনি অমস্থং মপাশানি হায়হুনা লাউ-থোংই। নিংথরগী মমাঙদা খুলগী মীয়াম্না মচাবু থাগৎ-নরিবা অহু উবদা সোমীপা পুমপেন পেঞ্জে। মাগী ওকশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী চাওবা অমা ফারুনবা পাথওশিংদা শিন্নে। তাঞ্জা চানা, নাপল কানা ফম্লিবা, অঙম্নাগী রাথলদা মমিদা থৌশাজরিবা সোমীদা অঙম্নানা লুচিংবা লৈশাবী কাঙবু অমনা চান-থরুবা অথেনপোৎ লাল্লি। সোমী হুংঙাইজবদা মমিং কাওবা উথিজ্রে। মমাঙদা শা তানবা চংমিন্নরুবশিং অতুদা মপাংথৈনা হায়—"ভায়াংদি অপঙবা ঐথোয়গী ইরল অশিংবশিংনা চাগ্রে। ঙসিদি অশিংবগী মরল অপঙবা ঐথোরনা অমুক চাবা তারে। 'সিনিনে মীওইবা হায়বসি খুবাক খুনমদনি হায়নম্নিবা।"' পাথওশিং রা রা নোকই। মানা অমুক লাউথোকই —"হয়েংদি করি কুম্মৈ শ্যাসিগে ?"

"মপাংথৈ ! ঙসিগী কুম্মৈ অসিদি খুবাক নাজও খুবা মথোক্নে থোক্তে হায়বহুনি। ইচানুপা সোমীগী লঘা অমত্ত য়াঙবে। মাগী ওঙা চাবা লৈরক্নবদি য়েংবস্থ হুংঙাইগদবা, খুবাকস্থ মথোক্নে থোকদবনি"—

নিংথরগী মপাতোন অহল অতুনা লাউরকই। সোমীগী মপাকোয়া থুয়রকই—"থুবাকী মথোল তানিঙলবদি লোংতুনা থম্বা নচাসুপাদো পুথোক্লকউদনা।'

—ইচাসুপা অমত্তসু লোংতুনা লৈত্তেনা। করম্বা ইচানো লোংলি হায়বদি ?

—নথোয়না লাইগুম্বা নিঙবা খুল্লানবা লাকপা, আ—কাচিন্দা হৌদোং অনাবগুম্বা লৈবসিনিনে।

পাখঙ মচা অমনা হায়রকই—

—মুংঙাইবা কুম্মৈ য়েংসি হায়ববদি ইয়াম্বা সোমীগা ইয়াম্বা নিংথরগা মরূপ ওইনা থোক্লিং তৌহনসিনে।

মপাংথৈ মাগী নিঙবা থুংলকদৌরে থল্লি। মানা হায়রকই—

—ইচম চম্বা খুল্লানবা লাকচবা পাখঙ অসিবু করম্বা ঐথোয় ময়াম চঙতুনা তাথীনা তৌবীগনি ? অতোপ্পা খুলগী মীনা ঐথোয়বু চাউখৎতবনি হায়থিরোইদ্রা ?

পাখঙশিং য়া-য়া লাঙনরকই। অমনা লাওরকই,

—মাবু তাথীনা তৌবীবা কনাগী মতিক লৈগনি, ঐথোয় অমুক য়াম্বা লৈরিদ্রা ? মরূপ-মপাং ওইনা অতুম চাং য়েংনহনসি হায়বগী য়ানি।

—ফয়ে ! পাখঙ অসিবুদি ইকাইবদগী য়ারক্লগনি। অতুবু সোমীগী য়াদি তাদনা করম্বা ঐথোয়না য়া লেপকনি ?-মপাংথৈনা হংলকই।

মপাংথৈগী য়া তাবদা সোমী মপা-মচা হাকচবদা থুং থাজিনবগা চপ মান্নপ্রে। মথোয়না নিঙজরম্বতু হেক থোকপতুদা মপানা থুমই,

—মতুমক্লিনে ঐথোয়না য়েংসি হায়বদি।

"মুংঙাইরে"—মপাংথৈনা মথা তারকই,—'হয়েংগী কুম্মৈদি ময়াম্বা পায়-য়েংনিঙলিবা অতু তৌবা তারে। ময়াম্বা পায়রিবা অতু নিংথরদদি অপাংপদা হয়িং থাজিনব ওইনা থোকপ্রে। মানা হায়বা ঙমদবগী তৌবনি। সোমীথোয়গী কাঙবুহু অমুক্তং মমু মৈথেকপা হায়বসি নিংথরগী অপাম্বনি। মপাংথৈনা মথা তানা হায়রকই—

"ওসিগীদি অখোইবনা শা খাওসে। হয়েংস্থু অম্বুয়া তৌসিয়া নত্রগা ওমদবা, মায়থীবা মীনা কোংহনসিয়া? করম্বনা কগনি ময়াম থয়সি।"

সোমীগা য়েংনরুবদা নিংথরদি অঙাওস্থু থর ওইবগা, ইতুক-তুকথনা উবত্তুদা সোমীগী মপাতোয়া মচানা শোইদনা ওমগনি থন্দুনা হায়—"হয়েংগী অসিদি চৎনবী নত্রবস্থু ওমদবা, মায়থীবা মীনা কোং-হনসিনে।"

মপাংথৈনা হেক পামজনা নিঙজরম্বা পুম্নমক থোক্লবত্তুদা মুংঙাই-জরে। মানা লাওথোকই.–'য়াম্না মুংঙাইরে। ময়াম্না অপাম্বত্তু তৌরসি। ওসিগীদি ময়াম পুম্নমক মুংঙাইনা-মুংশিননা চামিন-থকমিন্নবা হোৎন-রসি। অত্তুনা লৈশাশিংনা ঈশিংগা শীওগা পুরক্লবা তৌরো। পাথওশিংনা য়েনশাং থোংনবা হোৎনরে।"

# ১১

# য়াতোন্না য়াংল' কাক্না ক্ষমদেকই

গ্রীকী চায়নবুংগী শক্তম লাঙ্গদোরিবা সোরা খুলগী খুল্লাকপগী শুমাঙ অহু, অমুকী চাকঙন চানহুনা লাক্নবা মীয়াম্না চোন্না তিল্লে। থেংনগদোরিবা লান্থা অনিহুগী মাগী মাগী মুংশিজবনা ঙমহন্নিঙবগী য়ায়ী তৌনহুনা কুম্মৈ হোৌবা ঙাইনরি। হন্ন হনা চিংথবা লৈখিল্রে। থেংনগদোরিবা অহুগী য়াতেমগদোরিবা অহলশিং থোক্লকুনা চায়নবুং অহু য়েংশিল্লি। মাগী মাগী মীনা অনিহু পুথোক্লরক্লে। শারংদগী থাদোক্লকপা নোংশা অনিনা তাঙ্গা লুম্নবগুম য়েংনহুনা থোক্লরকই। রাতেন্থা অহলশিংনা মথোয় অনি মথুং শোক্লহল্লি। শাওনদনবা হায়। নহানমথৈদি তুফকতুফাই চন্না উবহুদা সোমীনা য়ান্না লিংবগুম থন্ন-রম্বনি। অহুবু ফিজোল নিংথিনা শেৎহুনা থোরক্লিবা লন্নানবা পাথঙ অহুবু সোমীনা তরাই-তরাই মায়থীবা পীগনি থাজনরক্লে। য়াতেম্ব-শিংনা মুঙ লংনহন্নবা শেম-শাই। সোমীনা লংগদোরিবনা পাঙ্গল থক্লনরি। নিংথরনা পাঙ্গলগী মথক্ত হৈ-শিংবা য়াওনি।

নিংথরনা অহানবদা মুঙহু লংই। সোমীনা থর হল্লি। সোমীনা সোমীনা লংলিবা অহুদগী হেন্না শান্না হুনবা ঙমল্রে থঙলবদা নিংথর, মহাক্কী অরৈবী থাহুনা হল্লি। কনা শাংনা হেল্লি। সোমী

কনা কল্লা হোৎনই। অহুবু তানবদি ওমল্লে। শুক অমুক হল্লৈ। মহুস্ন্ অহু মচায়, নিংথরনা অহুম মহেল্লে। রাজেম্বশিংনা মাগী মাগী ফমকমদা ডাইহাক কমহল্লি। পোৎথাহল্লি। লৈশাবীশিংনা অচা-অথক পুথোকুনা লাম্বা অনিহুদা পী। নাপলনা থুমহৎলবা সোমীগী কাওবু রান্লান ডাওনখিল্লে। মীমাঙ কম্বা ওইনা থোকদো-রিত্রা মুশুক-মুশুক ডাওনৈ। ময়াম্না য়াম্না থোরাংনা ডাইনরিবা চাংয়েং অহু হৌননবা ইরাঙ লাওনরকই। নিংথরনা মপাংথৈদা লোম্লা রা থর হায়খি। মপাংথৈনা লাওথোক্লকই—"পাথঙ অসিদি মী অমত্তগা লাক্ল-ফানবা শাল্লবা হৈতে হায়। অহুনা সোমীগী মী থর, য়ামদ্রবদা অহুমভুবদি থোক্লকউদনা।" ময়াম্না "য়েংসি-য়েংসি লৌক্লকউ" হায়হুনা লাওনা-থোংনরকই। সোমীগী থাদোক্লববা মরূপ অনি অহুগা শাওরপ-শাওরপ তৌনা থোক্লরকই। অনিহুগী মমুঙদা অমদি খুল্লাকপগী শাগৈ মচানি। লাইরেম মত্তুং ঙা ইনব শুম্না সোমীগী মত্তুং ইন্দুনা মানা হারবা থবক কম্না তৌবদগী অহলশিংনা থুরঙী ঈনা লাই শাই হায়হুনা য়াম্না শাওনহুনা লৈরিবা মীনি। চায়নাবুং ময়ায়হুদা মথোয় মথুং শোক্লহল্লি। শাম্নবা হৌহল্লে। হৌরকপহুদা নিংথরনা মথোয়গী মতিং থওদোকে থন্দুনা থর থাদোকুনা শাল্লৈ। থওলে—মথোয়দা থোইদোকপা হৈ শিংবা লৈতে। থোওকম শেমহুনা মথোয় অহুম্না কোয়শিহল্লল্লে। য়েংলিবা ময়াম অহুনদি মথোয় অহুম অহুনা কোয়শিন্দুনা ফুবিরনি নিঙনরি। মপাংথৈদদি থওজৈ—ওজা নাইবা হারব-সিগা নাইদবা অনিগী থেম্নবা। মুঙগা য়েক্লমগা কাউনবগুম থোকত্রা নিংজৈ।

মপাংথৈনা থগুবা অহুমক্লি। কম্না লাওবগা ইরোয়ননা লৈহুনা মথোয় অহুমহু মথং-মথং কাউল্লে। পাইথোকপা, থরো-থরো ওনবা তৌনরগা অমুক হৌগৎনৈ। অমুক অনিরক অস্নুম চৈনা কংলকপদগীদি থোওলোয় অনি অহুগি ইকাইখাও কং কোৎপা হায়বহুনি। য়াওরুরে হায়বগী মতৌ মাহুলনবত মচায়রে। নিংথরগী য়নীক নকপবা তশেংনা ফিরে। সোমীহু অহয়কত্তবা খুকাউবক্লি[illegible]থিৎ-মনা তনাব পাইহুনা

ওনখ্রে। অনিচুদি থুরুপ্থুদক কুম্নুনা মাগী মাগী কমকম মৌনবা চংনখ্রে। অয়েংবা কনামত্তা চেক-মোক লাওনখিত্রে। কন-কন চোংহুনা কিবম শেম্লি হায়বতু মতাম্বরে। সোমী ইকাই থাওনি। ভাওথোক-শক্তোকলুবা অহুগা তৌরিবতুগা সোমী হৌদোং মচা উরাদা মেপ্পী। য়াম্না থীনদি তৌনিঙদে, নিংথরনা নিঙলিবদি সোমী অমদি মাগী কাওবুতুগী নাপলতুদং থুদেকপত্তুনি।

অতৈ পাম্বে লৈরকত্রম্নুনা চেনশিল্লগা হেক্ক কোম্নুনা নমগে হায়বগী মওংদা সোমী তৌরুবনি। খওহৌদনা মথুং নামা ফারগা হাইতুনা লৈ। মম্নিং তন্দন পাইরিবৈদা নিংথরনা মথক্ক থাঙ্গংখিবা খওহৌদে। মপাংথৈনা চেনশিন্দুনা লৈমায়দা লংথদবা থাম্মী। নিংথরনা সোমীহু তপ্পা-থম্মী। মকোক ডাওতুনা তুগে তৌই সোমীহু। নিংথরনা পায়-তুনা নিংখিনা লেপহল্লি। মথুং শোকই। কোম্নুনা পুরগা মপাগী মনাক্ত কমহল্লি। উকুল ইতৈ তৈরবা. খুংথীবা ফংগ্রবা অনিহুগী মনাক্ত চঙশিন্দুনা নিংথরনা মথুং শোকই। মথম্মোয় শোকুনা লৈরম্বী লৈশাবী, কুংয়োলানা লাওরকই,—"মন অতেবনা রাইবা শরু ফংবনি. থওবা কৈ।" সোমীগী মপা-মতোনশিং তুমিন-তুমিন মরু লুকথতুনা কম্মী। মপাংথৈনা জীরুং-তেন নিংথরদা পী। পাথও অমা কৌথোক্কুনা পুংকক চাওবা লফু মকক অমা পী। পাথও অহুনা লফুহু মাগী ওমজবীদা কন্না মথক্ক লংথংলি। মতুদা তেঞ্জেনা য়ুংবা ওম্বা, নিংথরনা তেন-কাম্বগী হৈ-শিংবা অহু ময়ামদা য়েংহল্লি। থাওশাং অহু অমুক পী; জীরুং-তেম জৌশিল্লি।

লিংলিবা ফুরিং লৌথোক্লগা চোং কন্দুনা থাওশাং অহু হাইহুনা শামে। য়েংলিবশিং অহু তুংঙাইহুনা খুবাক খুনে। শায়বা লোইরগা ময়াম অহুদা মকোক নোল্লগা নিংথর ইমুঙদা চঙখ্রে। সোমীপাহু, মথোয়না ভাওথোক-শক্তোকলুবা অহুগা তৌথোক্লক্লিবা অহুগা থোম্লা হৌরগা পোক্লাওবীনা লোইশিনবা তারে খজে। অমুকহু হেক্না ইকাইকে—মুঙগা য়েরুমগা কাউনবা ওইনা তৌবহু উরগা।

স্নোমীগী কাঙবুহু ফম্বস্তু ঙমম, হৌগৎপস্তু ঙমদ য়াম্না য়ানা থাঙনরে। খুল্লাকপনা শোম্ন্থাংননা হায়—"অসি ওইরে অহলশিংনা য়াত্তোম্না য়াংল' কাক্লা ফমদেকই হায়নবদো।" মপাংথৈনা নিঙবা থুংলে। মানা ময়ামদা লাওথোকই—"য়াগী মতুংইন্নদি শা থাঙবা অসি সোমীনা তৌকম থোকপনি। অহুবু ঙরাংস্তু মথোয়না থাঙম্রে। ইমুঙ অমত্তদা হন্না হন্না য়াহনবসি চুম্লোই। অকুৎপদা লৈত্তৌবা, অত্তোঙবদা লৈথোনবা থেংক্লগনি। অতুনা ঙসিদি ইয়াম্বা খুল্লাকপগী মহুৎ শিন্দূনা ঐনা ঐগী লৈজবা ওক অমা পুথোক্লগে।"

নিংথরগী মপাত্তোন অহল অতুনা হায়—"ইচা-মীচাগী য়া নত্তনা কুম্মৈ মুংঙাইবগীদমক ঐনস্তু ওক অমা পুথোক্লগে।" সোমীগী মপা-মত্তোন, অহুগা মশামক ময়াম্না ঙাঙন-শরুন্নিবশিংতু তাবা ঙমম্রে, নাকোং শিঙজা য়ৈরে। 'অরেঙ-অরেঙ পুংথবগী ফিবমদা লৈরে। তৌরকদৌরিবা পুন্নমক মথোয়গী লেমজনিঙাই অমত্তা ওইরোইদৌরে। মথোয় য়া-লান অমত্তা ঙাঙনদে। তুমিন-তুমিন হৌগৎনতুনা চৎনখি। পুন্নমক্তু উরিবা নিংথরগী মপুবোক্লা খুল্লাকপা, মপাংথৈ অমস্নুং মাগী মচাশিং কৌশিন্দূনা মনাক্ত ফমহল্লি। হন্নুবনা তপ্না হায়রকই—"ইচাশা! কুম্মৈসি য়াম্না মুংঙাইরে। মীগী মথৈ ফংলগা শাওই, লাইনা মথৈ ফংলগা হরাওই। মীবু য়াম্না থীনা ইকাইনবা তৌগন্তু। ইকাইবৈ শরুক শিবনা কৈ হায়না থম্নরক্লবদি খুল অসি মৈশা লাংগনি। মৈরিকপীদৈ মৈজাওবী হৌই হায়বসি কাউবা চুমদে। করিস্তু লৈত্তবা য়া অদুদগী খুল 'পুম্বা য়াথোক ওইহনবা অশিংবগী থবক ওইরোই। অঙাওবা নহাগুম্না পংত্তৌ তৌবা নিংথৌ ওইবগী লীচৎ নত্তে। নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি হায়বা য়া থক কাওরোইদৌ-বনি। নিংথৌগী কাঙবু ওইবা নথোয়দি খুলগী মী থুদিং মুংঙাইনা-মুংশিননা লৈমিন্নবা মুন্না মুন্না থল্লগা ফজবা থবক তৌগদবনি। নত্তহুনা মথোং শঙদবা নহাগী থবককুম তৌরবদি অকায়বা, ফত্তবা ঙাক থোকনি। 'হন্নুবী কৌণ্ড মচং চায়, নহা কৌণ্ড [illegible] চায়

হায়রতুনা অহলশিংনা হায়বসি করিনো সুরা থওনা থবক তৌগদবনিকো ইচাশা! নিংথৌগী কাওবু ওইবা হায়বসি অনায়বা নত্তে।"

হনুবগী রাতু মথোয় তুমিন-তুমিন তায়। মপাংথৈনা হংলকই, "মামা! হৌজিক ঐথোয় করি তৌবা তারে?" হনুবনা মথা তারকই, —"অকনবনা অচুম্বা শকপা থবক থক তৌরোইদৌবনি। অচুম্বনা অকনবা ওইবা মকমদা মী খুদিং মনিঙতম্না লুংঙাইনা পানগদৌবনি। হৌজিক্তি মথোয় অকন-অম্রিং শীওবা কাওবুতু মশাগী মরাল থওজ-রম্লগনি। কম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি হায়বগুম্না হৌজিক অফ-ফত্ত নিংথিনা তানবা য়ারগনি। অতুরু য়ারে হায়রতুনা হেক্সিনবদি থক তৌরোইদৌবনি। চানিওলে হায়রতুনা খুৎ অনি থাবা য়াদে। মতুনা অশাওবা লোয়নতুনা খুল মহি লাওগনি। অতুনা নথোয় থর চৎতুনা মথোয়গী অহলশিং অতু পুক্লিঙদা লুংঙাইতবা তৌদনবা য়ারী শারু। অতুগা ঐথোয় পুম্না কম্মিয়রতুনা লুংশিবা য়ারী শাসি। ঐথোয়গী শাগেগী ইচা-ইশু অমত্তনা মী কনাগী পুক্লিঙ নাবা থবক তৌবা ঐনা য়ারোই।"

লিয়া মখুল চঙলমদাইদা চুম্মী। সোমীপা অতু মথোয়না কাজরুবা নাপল, ওকচাও থেকলুবা, ইনথংলকপা মচাবু রারক-রাতেম্নগী য়েংলতা মচাগী মতুং ইল্লুবা, পুম্নমক থল্লুরগা মতোমন্তা নিঙমদবা লোল্লক্লে। মচাগী মীচঙ ঙাক্ত ওইনা উরম্বা পাথওশিংতু মনানা হৈম্নাও শাবা ওইরম্লে। মথোয়গী অরাবা মতমতুদদি কনাশু উদ্রে। থল্লু থল্লুরগা মথোয়মুক পওবা লৈরমক্লে থঙরে। মশাগী মরাল থওজরে। খুঙ্গাশিংদা 'লাম্লে' হায়জসিনা কাওবা থল্লক্লে। মাঙোন্দদা তুমিন তুমিন কম্লিবা মপা-মচাতু উরগা সোমী মমাতু মথোয়দৌ থিংলে। মচাগী মতৌ উরগম্বু লুংঙাইজদে। মপাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—"সোমীপা! ঐনা নপা-নচাদা কম্লারক হায়গ্রে—নথোয়না খুলসিদা নিংথৌ শাবতু তৌগনু হায়দবকো। খুলগী মীশিংনা নথোয়গী হুন্নাসবা শাবা পুক্লিঙ অতু থেক থওলকপা ফুমিংত্ত হুরানবগী তরানি, মপুগী নোংমা হায়বগুম্না লৈবাক পুঙজাও থীনগনি তৌগদুসি হায়দনা

কুম্নাক হায়বত্থু মখোয় কনাবা তাদে। হৌজিক করিগী ইকাইবা শাবনো? করিগী অখোকপা শাগুম্না অতুক শোয়া য়ুম্বা হন্নকপনো? নামা হায়রিবা য়াত্রগা পোৎমা লোল্লগা য়াবা মীবু অশিংবনি করম হায়গনি? খুলগী মীশিংগা মুংশিননা-মুংডাইনা লৈমিন্নগদবত্থু করি থোক্লে? নশানা শেমজবা লাংদা নশানা অতুম থুজবনি। কনাদসু শাওরগনু। নোংথক্ত তিন শিংকংলবদি মায়দা ভাবা হৌনশানি। ঐখোয়না ভোজবত্থু ঐখোয়না অতুম কংগদৌবনি। মীগী ইমুঙগী মীনা করি থনবরা হায়বসু থওদনা মীগী মচামুপীবু নওগী ইংখোলদা পানবা হৈ হেকপগুম্না হেকনি থনবত্থু চুম্বরা? মীগী শাগৈগী মীশিংনা ঐখোয়বু থীক নেম্বনা থা লাম্বনি হায়বীগনি। এ! হৌজিক ঐখোয় খুল হোংগদবনি। ঐদি খুল অসিদা পানবা ইকাইথরে।”

মপা মচাত্থু য়া-লান অমত্ত ভাওখিদ্রে। মপাতোন অত্থুসু ইকাই মুংশি য়ান্নবা লাকই। হাইস-ইয়াম্বা! ঐদি ওম্বোক্না ইকাইদ্রে, খুলগী মীশিংগী মমাঙদা। ইচামুপানা নহালমথৈ অকাও-অরিং শাবত্থুদি 'উ হৌদবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওইবা তাদ্রে। করিসু নত্তবদা কল্লক-মিহৌত্থুনা মরাল করিসু লৈজদবা খুল্লানবা লাকচবা মীবু মাঙনবা থল্লুবা মীচা শিসম্থু থল্লগা ইচা শি হায়বত্থু থোক্লে। উচি কল্লত্তুনা মম্নুম মৈ থাবা মীত্থু ঐখোয় ওইরে। ঐখোয় খুল অসিগী মমাঙদা মায়সি করম্না উংকনি? মী অপঙবা লাল্লোইনৈ, উ অকংবা শীও ওইনৈ, হায়বত্থু চুমগ্রে। অপঙবা মপাল থোকসিদি—হাইস! ইকাই-থরে। ইস! 'য়াশসু শাবা, লাম্নুপসু কাবা'! য়া থোক্লবা হৌদোকপসু অত্থুগা মায়থীবসু ঐখোয়না অতুম ঐস! ইকাইবনা থনকমসু থোক্কে।'

মখোয়না থল্লরম্বা, শাগৎচরম্বা য়াথল পুম্নমক কাংহ মাঙ খুজাই কাইগ্রবদা থনকম তোকম থওনদ্রে। মহৌশানি—থিঙেলদা তাইনবা শমনগা নাচিথোংবা তাইনবা। ইকাই-থাঙদগী মখোয় খুল হোৎকী ফিবমদা লৈনরে।

ময়াম অচুনা থম্নরিবা, লাঙনরিবা পুম্নমক অহু নিংথৌরগী য়াথংদা মমি অমত্ত তাদে। য়ুমদা হন্নিঙবগী য়াথংনা লুংঙাইকম থঙদে, পোৎথাবা চঙদে। লৈশাবীশিংগী মরক্ত তৌনরিবা কাঙ্গ্লীংজোগায় অমদি চেন্নরিবা ঈরাওগী ঈচেল কয়া অতুদগী লাপথোকপা ঙমত্রবদি মীয়ান থাও’ ঙমত্রগা লমজা পূই হায়রুনা পুন্সিগী লম্বী ওন্নং তৈনবা চৎথিবা হায়বসি ময়েক্লি। চীঙ অমদি ঙমগী মমা মপাশিং-হুনা মাগীদমক থঞ্জবা পুম্নমক্তু নিঙশিংলুরগা নিংথৌ খূলহুদা মিকুপ অমা ফাওবা পম্বহুনা লৈনিঙত্রে। থিন্দনমক মকমহু থাদোক্তুনা য়ুম্নুম পাংলগে লেপ্লে।

# ১২

## ময়ুম লমদমদা

ঈশিং মন্নুঙদা লৈতুক থাদব'দৌনা মুম্বিং কয়ানি চুপ্না নিংথৗরগী মরা মপাও তারক্ত্রবদা চীঙদস্থু-তমদস্থু মিপাইনরে। তমগী মমা অতুদি থোয়রাও থোয়শাওহুনা চীঙগী মমা-মপা অনিবু চৈ-থাংই। শুক্লবা উমং-য়ামং, শা-কৈ মরক্তুদা মতিক-মপা চায়-চাদে থঙদনা ইনথং-লক্লিবা অঙাং অহুবু থায় হায়হুনা চবেৎ-চবেৎ ঙাঙহুনত লৈরে। তাইনফম থঙদহুনা মপুরোইবদা ওনশিন-ওনশিন্দুনা শামুগী মপোৎ ইরোইদা থোল্লি হায়হুনা ঙাওই। মচাম্নুপীনা মানা ঙাঙলিঙৈদা মরক্তা থৎলুরবদি চৈরমদা থোংথোঙ শায়' হায়হুনা তথী তথী চৈবী। হুই অঙাওবদৌনা অউ অউবা চিকদৌরে। মমাগী মনাক্ত চঙড্রম্নু হায়দনা মপানা মচাম্নুপীদা হায়। শাওমনথিহুনা ওনশিল্লগা ঙাঙলকই —"নথোয় মম্নাম চঙহুনা অঙাংহু মাঙহনগদৌরি। মপাম চাকস্থ চাদ, মম্না চাকস্থ্ চাদ অহুম তোক্লনি। চীঙদা লৈহুনা শুন্নোমহুনা মফম থঙনা লৈত্রা হায়বস্থ নত্ত ; 'সিদা নিংথিনা লৈহুনা মহৈ-মশিং তম্নগা মহৈ চানবা হোৎনত্রা হায়বস্থ নত্ত, মরক শরক কাংথ থাও ওইনা তোক্লদ'পোৎনি।" "মুংশা থীকস্থ"—মপানা থেম[illegible]—'ওসি হয়েংসিদা শোইদনা য়োরক্লনি নচাদো। কৈদৌথে [illegible] শর তপথৌনে।"

চীঙদম্ব্ অহুমঙাম—করি থোক্লমগবা কনবদা মথোম পুন্নমক লৈতাকম থঙনম্রে।

মেনখোং অহানবগী মাঙওইননা নিংথম, মপাত্তোন অনি অমস্থুং মপাংথৈ, মথোম মরি লৈসিফুংগীদমক মোরা থুল থাদোক্রম্রে। অয়ুকী পুঙ ভরেং তারকপদা বস থামফম অমদা থুংই। শক্তিবুগী জুংশিংনা পুরকপা লৈভাঙগী উফুলনা মচু শঙবীরবা, লেঙম-শাঙমজরবা বস অমদা তোংহুনা থোংশাল্লক্রে। থেক্না-থোমনা চংলিবা লম্বী, নোংজুংপাম্বাদা ঈশিংনা হনখিবগী কোংকুং-কুরাং, হৌরকফম্নি মতাংগুম মনিঙ ভম্না চাইনা তাম্নিবা মুঙহুমশিং কয়াহুদগী ঙাক-শেন্দুনা থৌন্নিবা বস অহুনা মাগী থোঙলোমশিংহুবু ম্বানা পুন্নি। মুমিংনা মযুম চঙলমদাইদা লমথাম অমদা কুমথমগা থুল মচা অমা-অনি ফাওহুনা চংলি। হং-হংহুনা লাকই। মুমিদাংগী পুঙ নিপাল্লোম তারকপদা উচিন-নাচিম্না মথোমগী থুল চঙকম লমথাম অহু মোরে। হেক উবদা নিংথম মত্তোমতা নোক্লিঙবা অমা ফাওই। অত্তুক পংশাং শাংবা লম্বী নত্তবা অহুদা কয়া কোইনা ম্বানা চংলুম্নিবনো নিঙই। অমুকস্ম থথৈ—থঙদ-হৈতবদা অরায়বা থক লৈতে। মথোমগী থুল মোরকপফম্নি মীচিক-মীরাওথোল তাখিম্রে। পুমচিক চিকখ্রে। অহিংগী অচিকপবু থুগায়হুনা থোংলকপা থুলগী হুইয়ামগী থোঙ্গেসনা খুম্নাশিংবু মিকুপ-নাহুম শিংহল্লি। কনাগুম্বা থুল্লানবা লাকই হায়বদি অহুম থঙনৈ।

নিংথমনা মচলম্নুপীবু কৌহুনা থোঙ হাংদোক্লবা হায়। মবুংগী মথোল তাবদা নিঙম্না হরাওজে। মৈ থানগংহুনা থোঙ হাংদোকই। মবুংগা অত্তোম্না শকথঙদবা অহল অহুমগা লোয়মনা ইমুঙদা চঙলকই। মমা-মপা অনিহুম্ব মচা হল্লক্রে তাবদা হরাওনা হৌগংলকই। থোংবাংনা অমম্বুং থোম্বরাঙনা ঙাইরিম্না মচাম্নুপাহু হেক উবদা ঙাইঙম শিঙমদনা মচলম্নুপীগী পাও হংলকই, মপানা। কংলে তাবদা মথোম হরাওনা চিখোন চিখোন ঙাঙনহুনা নোকই। লৈশাবীহুনা ভুং-ভুং চাক্লিবা ফুঙ্গাগী মৈহুদা ঈশিং থাজংদি। অহল অহুম অহুগী

পোকংথৈরুশি'ন্থ নিংথৌরবা মকমচাক্লা থক্লে। ভুগা অহূম্নী অকোয়বগা ফাল থাহুনা ফমহল্লি। নিওয়ানা ঈশিং অশাবা কপ অমম্বমপী। নিংথৌরনা শক আহুনা থওনহল্লি।

নিংথৌ মপাম্থ মশাওনুপা অনিহুপম্ন মুম্না য়েংই। রা অমম্ভ ঙাওদে। নিঙশিংলকই—মাগী মনজন্দা পোহুনা, অমনা পমহুনা কোয়গেৎ চেন্দুনা কপ্পা থেমখিবা পীক্লিবা মনাওশিং। পাম্বদগী হল্লকপা অহলশিং ঙাইথদা রামিল্লখিবা শংশংনা উবগুম নিঙশিংলকই। ঈহৌরকপা পিরাংনা মথঙাই অনি পুমচোং চোংলক্লে। ফুমগংতুনা রা ঙাঙবা ঙমদে। মনাও অনিহুম্থ ময়াম্বহুবু উরগা মিৎলু ঈম্না চেল্লকই। মথন্ম্মোয় পুবা ঙম্রক্ত্রহুনা ময়াম্ববু কোন্দুনা মখোন থোক্লা কপ্লকই। মখোয়গী মতৌম্থ উরগা নৈশাবী মমা-মচাম্থ কোয়হুনা কপমিল্লখ্রে। মতম কুইনদগী ফুমহুনা লৈনরক্লবা সুংশিগী ঈফুংনা মঙিও তম্না চেন্থরকপহু উরগা মপাংথৈ মিৎলু নাপোম ঈহৌনা ময়ামহুবু থেমজিঞ্জে।

মপানা নিংথৌরদা য়েন অমা ফাক্লনবা হায়। মপাতোন অহুনা য়াক্লে। হায়রকই—"ইতৈমা! সুংশিবা ইয়াম্বা, ইতৈমা অহুগা ইচাশিং পীজগে হায়হুনা শা পুরকপনি। ঙসিদি ঐথোয়না পুরকপসি থোংহুনা সুংঙাইনা চামিল্লসি। ইয়াম্বগী খোঙ্গুল লীগে থনবদি কুইরে। অহুবু কদায়দা চংসিরা হায়বদি অমুক থওদবা। ইপাগা ইমাগা হম্থ অনিনম্থ সুমিং থুদিং অহুম ইয়াম্ববু শোনবা, ইচেনম্থ অঙাও-বীগুম্না ঙাওবনি। অহুবু নোংশা মানবা ইচামুপাসিনা ঐথোয় পুম্নমক্কী উননবা লম্বী শেম্বসিদি—হাইস! ইচাগীদমকম্থ শিগে থক্লে।"

চাক ঙাইনা ঙাইনা হৌখিবা পুক্নগী য়ারী কপ্পা শানব্বি। নিংথৌরনা হায়রকই—"হয়েংদি ঐহাক তম্নগী বাবা অমদি ইমাগী মনাক য়ৌরবা য়াক্লে। অকবা থবক য়াম্না কৈহৌই। হায়নবা, মতমম্থ [illegible]নি। ঐবু ইবানা য়াম্না শাওক্লগনি। অহল মথৈ [illegible] ইনেথোয় ময়াম্না লাক্কদবা সুমিৎ লেপ্পরো। ইপানা তমদা [illegible] ইয়ানা পাম্না ইনেথোয়গী তম্নিওনা পোৎচৈ লৈনম্না [illegible]।

বাবা-ইমাখোয়স্‌ শক-থঙবা শোইদনা লাক্কে হায়রম্লি।" মখোয় অরা-মুংঙাই রারী শানহুনা চামিন-থকমিন্নরগা পোত্‌লাম্লে।

য়াচঙকপা, নৈ করম্নুনা লাই-তিন খুরম্লগা মতম্লি। নিংথৌ মচল মুপী ঙাম্লোই কৌ কৌহুনা ইমুঙ্গা চঙলকই। মখোয় তাবদা পরপ-পরপ চেম্লোক্লকই। নিংথৌ হেক উবদা 'হো বাবা! হো বাবা! লাদা লাকএ" হায়রুনা খুবাক খুত্নুনা লময়ায়দা চোংই। মপা-মমা অনিমু তুংথ-মাঙথ থোরকই। 'য়োং পুবিরকনি- হায়রগা পুবিরক্কে' হায়রুনা মবুংগী মফি পায়রুনা কোইচিং চিংবদা শেগায়গদৌরে। য়োং ফাগে তৌবদা য়োংজাও অমনা চিংতুনা শেগায়খিবনি হায়রুনা য়োংনা শেগায়খিবা থো'গ্রাওহ্ন য়েংহল্লি। ঙাম্লোই, ইঙক-ঙক্লা য়েংই। পাখোন অমা শিজিন্নবদি য়াররোয় থন্দুনা "ঈশিং থর শাহল্লুচো, য়োংদগী হেন্না ফজবা পোং অমা পীগে" হায়জিল্লে। হরাও হরাও নিংথৌগী মথুং পায়রুনা 'অশেংবগী' হায়রম্লগা চেনশিনখ্রে। নিংথৌ হেক উবদা খোয়রাংলিবী মমানা—"ইচাদি অহাউবা শা-কা য়াম্না চারক্লমাকে মশাকা য়াম্না ফরে। ইসঃ! মশক্লামু য়াম্না ফজরে, চৌঙদা অমুক চেনথিদনা তোকঅরনি"—হায়রকই। মমাগী রাহু থোইদোক্লা থল্লুদনা নিংথৌরনা খুয়কই,

—ইমাগী রাথীহু তোকখোদা। ঐনা চংপা মুমিত্তগী থেংনরকপা ময়ামগী রারী তারগা ইমাগা বাবাগা কপ্লদি য়াদেকো।"

মচামুপাহুদা কাগী তৌগে, রারৌশিন্নগে তৌকবনি। অতুগা ওন্না মুংশাহুম খীহল্লক্লে। হংলকই,

—"হায়য়ু! হায়য়ু! ইচা-করি তৌরক্লবা? হা—?"

মথোয় ইকোয় কোয়না কম্লি। নিংথৌরনা হায়,

—'বাবা! ঐনা য়াম্না ওকপা অমা হাল্লা হায়রগে।"

মামা লম্মাংনরকপা, চম্ম হেন্নহুনা থবকম: তৌফম থঙদনা নৈরিইঙ শরক্ক মামু কাহুনা পুবা, হিংবা শিবা থঙজক্তু বদা অহল অমনা লুম্না তৌবীহুনা মহাকী মতেং-প্রাংবিরকপা 'মথংশিংনা জীহুনা তাহল্লে। লোয়ননা মানা চেংনা কনা থঙহন্দনা পুরক্লগা, অহলহুনা শিরকপা

পোশ্লোম মচাহু মপান্দা লিয়রে। হাংদোক্তুনা য়েংই। হেক উবদা য়াম্না ওক্না হায়রকই,

—"হৈ! মসিদি মমল য়াম্না য়াম্বা মুও ডাক্তবিনহে মুপী।"

মখোয় য়েংমিন্নে। য়ারী মুম্না তাজরিবী মমানা পরপ পরপ চঙগ্রপা মিংশেন চনবা কোটো অমা পুহনা থোরকই। নিংথরদা উংলগা হান্নরকই,

—"সে! 'সি মানত্রা য়েংউ।"

নিংথরনা মুম্না য়েংলগা হায়রকই,

—'অসিনিনে ইমা! মাগী মমায়দা থুংবা অচৌবা শমত্র, অহু ঐনা ফজনা য়েংলকপনি।"

অহল অনি অহু মুম্না য়েংনৈ। মমিং ঊরা চেনবগুম তৌই। অনিমকী অনিগুবনি—"অশেংবা ওইরম্লবদি মুংঙাইগ্রনিদা, মতম কুইনা উখিত্রবা ইনাওদো।" মচল মুপীনা শগুহনা ইরুজহল্লে। মথুং পায়হুনা চিংহুনা অমুক থোকমিন্নরক্লে। "য়োংগী মহুং পীনি হায়হু পীরো" হায়হুনা নিঙাই তৌহুনা লাকমিন্নে। "ঐথোয়' নিংথর লাকএ" হায়হুনা নোংলেন্দুম্নু হরাওনা চঙশিন্দুনা নিংথরবু কোল্লি। নিংথরনা মচলমুপীদা হায়,

—'ত্তু! য়েংউ! ইমানা পায়রিসি।"

চেনশিন্দুনা য়েংই। লাওরকই,

—:বা—! কৈজে হে! দাদা! মসিদি কমায়দৈ পুরকইনো?"

"ইমাদা হংউ'—নিংথরনা থুমই। মমাদগী লোয়গা পায়হুনা য়েংই। হরাওই। মথুংদ অমুক য়েংই, পোংতুদা অমুক য়েংই। মমানা মপাদা ওপ্না হায়রকই,

—"মোই বাবা! ইচা নিংথরসিবু করি মাইনা ঐথোয়গী 'নাক্ত খারক্লিবনো থজনেদা! পুন্সিসিদা কাওবা য়ারোইদবা ডাক্ত তৌরকইদা। করে! 'সিনা 'সি ওইরে। নিংথর! নঙনা খান্দ খিজকবা নমে অতুদি কংলত্রা?

"ফংলে ইমা !" নিংথরনা খুমই—"ইপাদস্থ পাও পীরে। ইপাং তোনখোয়স্থ লাকমিয়বনি ঐগা। ইপাগী নাক্তা লৈহৌরি।" মমানা হংই,

—"হৌজিক করি করি তৌগনি হায় নপানদি ?"

নিংথরনা খুমই,

—মখোয়গী তম্বা ইপানা অপাম্বা পোৎ লৈবা ইপা লাকখিগনি। অদুগা ইনেখোয়না লাক্কদবা মুমিংস্থ ইপানা হায়রখিগনি।

—ফরে ! ফরে ! নপা লাক্লগা মানা পাম্বদু লৈবদা ঐখোয়নস্থ অণম্বা মতেং পাংগনি। ঐখোয় লোইনমক শক থঙনবা চৎতবা য়াদে। অদু মোই বাবা ! ইচা নিংথরগী লমকোয়বগী রারী তাহনা অরাবা পোৎখাবা তারেদনা।

—ইচানা মায় পাক্ল হল্লকপসি ঐ য়াম্না মুংঙাইগ্রে। ঙা অচৌবা অমা লৈকখিগে। নখোয় রারী তৌনা তৌনা চাক থোংনবা হোংনরম্মু।

অইবগী থোকখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। খোঙথাং -১- ১৯৯৪
২। অতৃম্বা মৈগী চীঙ - ১৯৯৭
৩। খোঙথাং -২- ১৯৯৭
৪। খোঙথাং -৩- ২০০০